# সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাস



হন্দোকচবা ঃ

ব্রহ্মচারী যোগ চৈতন্য

..াকরণ শাস্ত্রী, শাঙ্কর বেদান্ত আচার্য

যোগ বেদান্ত একডেমি প্রেস, পঙ্লেল মণিপুর

# সংস্কৃত সাহিত্যৰ ইতিহাস

হন্দোকচবা ঃ
ব্ৰহ্মচাৰী যোগ চৈতন্য
পানিনি ব্যাকৰণ শাস্ত্ৰী,
শাঙ্কৰ বেদান্ত আচাৰ্য

হরি ওঁ

## য়াহৌদোক

মতম কয়ামুক্কী মমাংদগী মওঙ্জরক্লবা মগু ওসিদি মওকাওনহল্লা ফোংজরিবা লাইরিক "সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাস" কৌবা অসিগী "অধ্যায়-৫" ফাওবগী শরুক অসি মণিপুরী প্রজা মীয়ামগী ওইনা থমজরী। মসিদা বৈদিক সাহিত্যদগী হৌরগা 'প্রাচীন ভারতকী সংস্কৃতিনা' লোয়বা ফাওবদা অধ্যায় (তাঙ্কক) নিপাল লৈ। মসিগী মহুংদা অহানবা ফোংজরিবসিদা 'বৈদিক-কালদগী হৌরগা 'পুরাণ-কাল' ফাওবগী অধ্যায় মঙা থক্লুং ফোংজরী।

'সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাস' ভারতীয় সংস্কৃতিগী শক্লাকপা অমদি ইতিহাসিক প্রমাণ ওইবা গ্রন্থ অমনি। ভারতীয় প্রাচীন সংস্কৃতিগী থরায় ওইরিবা 'সংস্কৃত ভাষা' বৈদিক যুগতগী হৌরগা ওসিফাওবগী লাইরিকশিংদা ইতিহাসকা মরী লৈনবা প্রমাণিক ওইবা লাইরিক লৈত্রি, অদুগা মণিপুরী সমাজ ঐখোয় মরুওইনা মৈতৈ প্রজাশিং হিন্দু ধর্মগা নক্না মরী লৈনজরবসু মতমগা চুনরবা ইতিহাসগী মচাক য়াওবা অমত্তসু লৈত্রি, অয়াম্বনা ধর্মগী য়ারী লাইরিকশিং নত্রগা অধ্যাত্মিক ওইবা ডাক্তনি। মরম অসিদগী সংস্কৃত অমসুং ভারতীয় সংস্কৃতিবু নৈনজনিংবা, মরু ওইনা স্কুল-কালেজগী ছাত্রশিংগীদমক পিকচরবসু ইতিহাসিক

ওইবা লাইরিক অসি মীয়ামদা থরদা ওইরবনু কান্নবা পীগনি খন্দুনা ফোংজবনি।

সংস্কৃত সাহিত্য ভারতীয় সংস্কৃতিগী অমদি লোনশিংগী মমা অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অতুম ওইনা মসিদা স্নুপ্না ভাব, ধর্ম, অধ্যাত্মিক লাই-ত্তীনগী ব্রারী-ব্রতাই ডাক্লা ওইবসিনা, ডসিগী চাওখৎলবা যুগশিংগী মীশিং মরু ওইনা ছাত্র-শিংদা চমন্নবা পোকহল্লি, হৌজিককী মতমদা ইবা লাইরিকশিং অয়াম্বনা "কনানা করিগীদমক করম্বা মতমদা", হান্নবনচিংবা তর্ক সমালোচনা ওইবা পাম্মী। ভারতকী ইউনিবর্সিটিশিংদা অয়াম্বনা ভারতীয় কলচরগী রিছর্চ তৌনবা হেন্নাংলক্লি। মরম অসিনা অরোইবা শরুক্তা (ফোংদ্রিবা) কলা-সংস্কৃতিগী আ-লোচনাত্মক ওইবা অসি অথুবা মতমদা ফোংজরগনি।

'সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাস অসি ডাঃ দ্বারিকা প্রসাদ সকসেনানা ইবা 'সংস্কৃত-সাহিত্যক ইতিহাস' তগী মৈতল্বোন্দা হন্দোকচরনি অতুম ওইনা মসিদা লোংচুপলোমগী বিদ্বান কয়াগীমু মত পীহনা নৈন্নরী মরু ওইনা বিন্টরনিটজনা ইবা ভারতীয় সাহিত্যগী ইতিহাস; কীথ মহোদয়গী 'সংস্কৃত সাহিত্যকা ইতিহাস' (ইংগলিশ); মৈকডানলনা ইবা 'ইন্ডিয়া পোস্ট (অংগ্রেজী) রাধা মুকুদ মুখর্জীগী হিন্দু সভ্যতা' (অংগ্রেজী) চন্দ্রশেখর পাণ্ডেয়না ইবা 'সংস্কৃত সাহিত্যগী ভুমিকা' শ্রীবলদেব উপা-ধ্যায় 'সংস্কৃত সাহিত্য ইতিহাস' সত্য কেতু বিদ্যালঙ্কারগী

'ভারতীয় সংস্কৃতি অমসুং মনিগী বিকাস' নচিংবগী লাইরিক-শিংদগী লৌহুনা ইজবনি. মরম অসিনা মথক্কী অইবশিংগী মফমদা তৌবীমন ফোংদোকচরী।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোংবদা রাহৈনা. পুক্লিংনা অমসুং পাঙ্গলগী মতেং পাংবীরকখিবা পূন্নমকপু অফোংবগী মাগেদগী কৃতজ্ঞতা উচ্চরী লোয়ননা লাইরিক অসি নম্বদা খুদোংচাদবা কয়াবু মায়োক্লহুনা অরাবা শরুক য়াবীখিবা যোগ বেদান্ত একডেমি প্রেসকী স্টাফশিংবু হন্না-হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিদা বনান অমসুং অরাং-অপা খুদিং তাকপী· রকপা খুদিংবু হরাও-তরান্না ওকচরী।

করিগুম্বা লাইরিক মচাসিদগী ছাত্র-ছাত্রীশিংদা কান্নবা খজিক্তং ফংলগদি ইজবগী মায় পাক্লে হায়না খঞ্জগনি।

পূর্ণিমা ( য়াওশং ) — ব্রঃ যোগ চৈতন্য

লমতা, ২০।৩।২০০০ 

## হিরম পরেং

## অধ্যায় ১ঃ সংহিতা কাল

১ — বৈদিক সাহিত্যগী সংহিতা মখলশিং, মশাশিং অমসুং সমস্যাশিংগী মপুং ফানা বর্ণন তৌবগা লোয়নন' ( বিবরণ তালিকা ) তংককশিং খায়দোক্লা তাকউ। ১

২ — বেদশিংগী লেংবগী মতম লেপ্পদা বিন্টরনিটজনা খুদম ওইনা লৌখিবা মতুগী তেল্লপা ক্ষোংদোকউ। ১৩

৩ — ঋগ বেদ লেংবগী মতম অমসুং মথং-মনাও অমদি ইরিবা বিষয়গী মরমদা সমীক্ষা তৌ। ২৩

৪ — যজুর্বেদগী সংহিতাশিংগী মখলশিং অমসুং মসিগী বর্ণ্য (ইগদব হিরম) বিষয়গী মরমদা শন্দোক্লা ব্যাখ্যা তৌ। ৩১

৫ — অথর্ববেদগী রচনা কাল; বর্ণ্য বিষয় অমসুং রচনাগী মথং মনাওগী শন্দোক্লা ব্যাখ্যা তৌ। ৩৮

৬ — ঋগ-বেদ সংহিতাদা য়াওরিবা আখ্যান সাহিত্যগী স্বরূপ অমসুং কান্নবগী সমীক্ষা অমসুং সমালোচনা তৌ। ৪৪

## অধ্যায়-২
## ব্রাহ্মণ-কাল

৭ — ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী মরুওইবা সিদ্ধান্তশিং ফজনা নৈনহনা তাকউ অমসুং মতম করম্বদা করম্বা ব্রাহ্মণ লাইরিকশিং ইখিবা অমদি মথোয়গী নৈনগদবা হিরমশিংগী সমীক্ষা তৌ। ৫২

৮ — আরন্যকশিং অমসুং উপনিষদশিংগী মরমদ নিংথৌনা নৈনহনা মথোয়গী থবক থৌওংগী মখলশিং শন্দোক্লা তাকউ। ৬৪

৯ — মরু-মরু ওইবা উপনিষদশিংগী ইতিহাসকী মথং-মনাও তাক-পগা লোয়ননা মখোয়গী মরুওইবা সিদ্ধান্ত শন্দোক্না তাকউ। ৭৩

## অধ্যায়-৩

### সূত্র-কাল

১০ — সংস্কৃত-সাহিত্যগী মতুংদা সূত্র-সাহিত্যগী হৌরকখিবগী থিজিনবগা লোয়ননা সূত্র গ্রন্থশিং (বেদাঙ্গ) গী বিবরন পীয়ু অমসুং ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগা মরী লৈনবগী শন্দোক্না তাকউ। ৮৩

## অধ্যায়-৪

### মহাক্যাব্য কাল

১১ — রামায়নগী ইথিবগী মতম অমসুং হাপচিনবা শরুকী সমীক্ষা তৌ। ৯৪
১২ — মহাভারতকী রচনাগী মতম অমসুং মসিদা ইরিবা বিষয়গী মরমদা সমীক্ষা তৌ। ১০৪
১৩ — রামায়ন অমসুং মহাভারতকী রচনা-কাল অমসুং ইরিবা বিষয়শিংগী চাংদমনহনা সমীক্ষা তৌ। ১১৩

## অধ্যায়-৫

### পুরাণ-কাল

১৪ — ভারতকী প্রাচীন-সাহিত্যদা পুরাণশিংগী মফম করিনো ? মসিগী মপুং ফানা নৈনহনা তাকউ। ১২১



# অধ্যায় ১

## সংহিতা-কাল

ৱাহং ১— বৈদিক সাহিত্যগী সংহিতা মখলশিং, মশাশিং অমসুং সমস্যাশিংগী মপুং ফানা ৱর্ণন তৌগনা লোয়নবা (বিবরণ ফাদিংকা) তা ককশি, থাগদোক্লা তাকউ।

পাওখুম ঃ 'বেদ' ৱাহৈ অসি সংস্কৃত 'বিদ' ধাতুদগী লেপ্লনি। বিদ ধাতুগী অর্থদি আথাইক্না নত্রগা ধর্ম জ্ঞান হায়বনি মরম অসিনা কুহন, নাইটহল, ত্রিপাঠিকনচিংদগী মহৌশুম 'বেদ' কহিল্লে, সাহিত্য অমগী মমিং নত্তে, তৌইশুমসুং 'বেদ' হায়বসি মরি চা, লিশিং কয়াগী ঋষিশিংনা ফংলকপা জ্ঞান স্বরূপ ওইব, অমসুং (মৌখিক) চীনফম ওইনা চৎনরম্বা ৱাহৈনি। মসিগী বৈদিক সাহিত্য সংসারগী সাহিত্য পুম্নমক্কী অহোইবা অমসুং কয়াম্বা অমদি অরিবনি। সংসারগী সাহিত্য পুম্নমক্কী ভারতীয় সাহিত্যবু শুরুদগী অহোইবা ওইনা শিংথানবগী মরমদি - বৈদিক সাহিত্য অসিমক্নি। মসিনা ওসি ভারতকী সাহিত্যবু চাওখৎকচবা ফংলিবনি। আর্যশিংগী চাওথং খোঙথাং মখোয়গী চৎনবী অমসুং সমাজ, ধর্মগী থৌদনবা উপায়দি হায়রিবা বৈদিক অসিমক্ননি। ধর্মগী তাম্বকী ওইবা চাওখৎলকপা অমসুং

আর্য জাতিগী লৈরাংগী হৌরকফম ওইরিবা বৈদিক জ্ঞানগী সাহিত্য অমিনি। 'বেদ' হিন্দুশিংগীদমক্তদি বেদনা মতম অমদা তমখিবা অতোপ্পা ধর্ম চৎপা কাংবুশিংগীসু মশিনা থাজবা কাংলবা লীবা অমসুং মতিক মগুন লৈবনি। নোংচুপলোমগী বিদ্বান 'বিন্টরনিট্জনা' মশিগী মরমদা অসুম্না হায় –
"কনাগুম্বা মী অমুনা বৈদিক সাহিত্য খঙদ্রবদি মহাক ভারতকী সংস্কৃতি খঙবা ঙম্লোইদ্রে। মসিদসু মতুনা বৈদিক সাহিত্য খঙদবা মহাক অমুনা বৌদ্ধ সাহিত্যকুসু খঙবা ঙম্লোই মরমদি বৌদ্ধ সাহিত্য, বৈদিক সাহিত্যগী অনৌবা চাওখৎলকপগী মওংনি। মহাক্না অসিদসু লেপ্লমদ্রে অসুম্না হায়রী মহাক।" করিগুম্বা ঐখোয়না ঐখোয়গী (নোংচুপ লোমগী) সংস্কৃতিগী অহৌবগী ফিভমশিং খঙগে হায়রবদি অমসুং ইউরোপকী খুইদগী লৌরবা সভ্যতা খঙগে হায়রবদি ভারতগী মফমদা চংজবা তাবনি। বৈদিক সাহিত্য ইউরোপিয়ান জাতিগী খুইদগী লৌরবা সাহিত্য চেপ্রম্না থম্মী।"

## বিভাগ

বেদগী মরুওইবা মখল তনি লৈ — (১) সংহিতা (২) ব্রাহমন। মন্ত্রশিংগী অপুনবা শক্তমবু সংহিতা কৌই অমসুং ব্রাহমন গ্রন্থশিংদা সংহিতাগী অপুনবা মন্ত্রশিংগী পাকশন্না ব্যাখ্যা

থৌই অহুমওইনৱক ব্রাহমন গ্রন্থশিংগী অশেংবা প্যান্থমদি - যজ্ঞগী পাক-শঙ্গা ৱাখ্যা তৌবনি। হায়রিবা ব্রাহমন লাইরিকশিং-শিদা মখল অহুম থোক্লা থারি - (১) ব্রাহমন, (২) আরণ্যক (৩) উপনিষদ। ব্রাহমনগী মরমদা মথক্তদু হায়রকখরে মন্ত্রশি সাহিত্যশিংগী মন্ত্রগী অর্থ তৌবগা শোয়ন-শোয়নবা যজ্ঞগা মরমদা শন্দোক্লা তাকপনি. থৌইগুমখুং 'আরণ্যক' হায়রিবা অসিগদি যজ্ঞগী লুংগী ওইবা (আধ্যাত্মিক) শক্তম উৎলি। হায়খিবা আরণ্যক অসি 'অথাঙ্গা অরন্নদা তম্মী হায়বগীদমক আরণ্যক হায়না কৌখিবা ওইবগা য়াই। ব্রাহমন গ্রন্থ, য়ুম্বানব-শিংগী কায়বা সাহিত্যিক, অহুবু পুন্সি ময়াই চল্লবা (বানপ্রস্থ) শিংগী দমক্তদি 'আরন্যাক' হায়রিবা অসিনি। উপনিষদ হায়রিবা অসিদা মক্তওইনা 'ব্রহ্ম বিদ্যা' হায়বনি হায়বদি ঈশ্বরগী লমতাকপা লাইরিক্নি।

'মন্ত্র' কদায়বু কৌবগে হায়বদা — করিংদুদা দেবতা অমগী মতিক ময়াই শোনবদা অমসুং নিংশিংহনবদা শক্তি পীরিবা ৱাহৈ কাংলুপ অদুগী মমিং 'মন্ত্র' কৌই অমসুং অসিগুম্বা ময়াম পুনশিল্লগা শেম্বা লাইরিক অদুবু সংহিতা কৌই। সংহিতা অসি মখল মরি থোকই (১) ঋগবেদ সংহিতা। হায়রিবা সংহিতাশিং বেদব্যাস মুনিনা যজ্ঞগী কান্নগনবা থন্দুনা ইখিবনি। যজ্ঞ খুদিংদা ঋত্বিজ মরি লৈ (১) হোতা (২) অধ্বর্যু (৩) উদগাতা (৪) ব্রহ্মা। 'হোতো' গী ৎবক্তি যজ্ঞ তৌবা মতমদা করিগুম্বা লাই অমগী মতিক মগুন অর্থ চেনবা মন্ত্রগী

উচ্চারন তৌগনা লাইবু কৌবনি। 'হোতা' না শোননবা মন্ত্র খুদিংমক ঋগবেদ সংহিতাদা য়াওই। অনিশুবা 'অধ্বর্যু' গী থবক্তি যজ্ঞ পাংথোক্লবা পাদ্দে পুথোক্লনি। মাগী শোননগদবা মন্ত্রশিংদি যজুর্বেদ সংহিতাদা য়াওই। অহুমশুবা 'উদগাতা' মহাক্কী থবক্তি যজ্ঞদা শোননবা মন্ত্রশিংবু স্বর য়াওনা রাগনা শকপনি। 'উদগাতা' হায়বগী অর্থদু রাগনা শকপবু হায়নে। উদগাতানা শোননবা মন্ত্রশিং সামবেদ সংহিতাদা লে। মরিশুবনা 'ব্রহ্মা' মসিগী থবক্না যজ্ঞগী ফজনা ঙাকশেনবা। ব্রহ্মান যজ্ঞগী থবকশিং মপুং ফানা খেংলিরি মবমদি মতুদা অশোয় অরম য়াওদনা ফজনা পাংথোকহল্লি। করিগুম্বা যজ্ঞদা মন্ত্র উচ্চারন লানখিদুনা মতুদগী অপনবা থোরবদু কল্লনবা মহাক্না মঙ্গলগী মন্ত্র পোন্দুনা থোকহল্লি। মবম অসিনা মহাক্না শোননগদবা মন্ত্র খুদিং অথর্ব বেদদা য়াওরি। মতৌ অসুম যজ্ঞ হপ্পুইনা তৌবদা রিত্বিজশিংনা শোননবা মন্ত্রশিংবু সংহিতা মরি থোক্লা হায়দোকই। হায়রিবা সংহিতাশিংদা সূক্তশিং, পার্থনা অমসুং যজ্ঞগী নিয়ম তাকপা মন্ত্র ডাঙ্গনি। তহানবদা ঋষিশিংনা সংহিতা কয়া থোক্লা খায়দোক্লমী হৌজিক্কি মথক্তা হায়খিবা সংহিতা মরল মরি অসিমখক্তং ফংই। হায়রিবা সংহিতাশিংগী মশা মশাগী শাখা খায়দোকই, মশা মশাগী ব্রাহ্মন লৈ, আরন্যক অমসুং উপনিষদশিং লৈ।

— ✲ —

# ১ রিগ বেদ সংহিতা

মসিবু 'রিগ বেদ হায়না খঙনৈ। মসিনা খ্বাইদগী অরিবনি মবমনি অতোপ্পা সংহিতাশিংদা মসিগী মন্ত্র কয়ামুক য়াওই। মসনা চাওবাক্রা ১০২৮ সূক্ত য়াওরি। মসিগী লোন্দা-পুন্দা ইমান মাপ্পান্দ। মসিগী লোন য়েংলগা খঙবা ঙম্মী মতুংদি মনিপ্পাস অমখক্তনা ইবপ্পা নত্তে হায়বসি। তৌইশুমম্বুং কৃষি কয়মুক্রা অতেপ অতেপ্পা মতমদা ইবপ্পা ওইরমগনি হায়বাসু খঙবা ঙম্মী। রিগ বেদ সংহিতাগী শকক মথল অনি থোক্না খাইদোকই। (১) অষ্টক, অধ্যায় অমসুংগা বর্গ। (২) মনডল, অনুবাক অমসুং সূক্ত।

অহানবগী মথক্ত অসিনা অরিবনি অমসুং অনিশুবসিনা অহানবগী অকোনশীনি অদুগা ইতিহাসিক ওই অমসুং বিজ্ঞানগী মচাক য়াওই। অনিশুবা শকক অসিগী রিগ বেদ অপুনসি মন্দল ১০ থোক্না খায়দোকই। হায়রিবা মন্দলশিংদা মন্ত্র কলুপ "সূক্ত অহুম্মা কৌই, মসিগী মশিং ১০২৮নি। হায়রিবা সূক্তশিংগী মচেৎপু রিচা হায়না কৌই। রিগ বেদগী মন্ত্র মশিং চাওথোক্রা ১১০০০ নি মন্ত্রশিংসিদা ধার্মিক কবিতা গা লোয়ননা রারি মচা, পাওরৌ, "ঈশৈনচিংবা য়াম্না রাংলবা সাহিত্য য়াওরি।

মশাশিং (শাখাশিং)—"শৌনকনা ইরম্বা 'চরণ ব্যুহ' কৌবা অথোইবা গ্রন্থদা রি। বেদগী শাখা মচা ইবম্বা থেংনৈ; মখোয়শিংগী

মমিং মখংশিংনা অমুম্না পীরি (১) শাকল, (২) বাস্কল, (৩) আশ্বালায়ন, (৪) সাংখ্যায়ন, (৫) মান্ডুকায়ন। তৌইগুমম্মং হৌজিক্তি সুপ্পা অহানবা শাখা 'শাকল' অসিতমক ফংই। মকগুইবা সিদ্ধান্তদ মসিনি মতুদি বেদ সংহিতাগী মশাশিং অমুম্মীসু ব্রাহ্মন আরন্যক, উপনিষদ তোঙান্না লৈগনি।

তৌইগুমম্মং হৌজিক্লি বৈদিক সংহিতাগী অয়াম্বা শরুক মাংখ্রে। মরম অসিনা সংহিত অয়াম্বা ফংদবনা মথক্কী মওং মখং মনাও নাইখিদরে। হৌজিক্কী মতমদা ঐথোয়না থেংনরিবদি করিগুম্বা শাখা (সমপ্রদায় অমগী) অতোপ্পা ব্রাহ্মন আরন্যক, উপনিষদ অতোপ্পা সমপ্রদায়গী ওইরে। রিগ বেদ সংহিতাগী সুপ্পা শাখা অনিখক্তং ফংই ব্রাহ্মন (২), আরন্যক (২), উপনিষদ (২) ফংই, মখোয়গী মমিংদি — (১) ঐতরীয় ব্রাহ্মন অমসুং কৌষিতকী (২) ঐতরীয় আরন্যক অমদি কৌষিতকী আরন্যক, (৩) ঐতরীয় উপনিষদ অমসুং কৌষিতকী উপনিষদ। মসিগী অতোপ্পা অমনা অশ্বালায়নগী শ্রৌত সূত্র অমসু ফংই, মসিসু রিগ বেদ সংহিতাগীনি।

— ✱ —

# ২ য়জুর্বেদ-সংহিতা

সংহিতা অনিবুদু য়জুর্বেদ হায়নসু কৌই। মসিদা রাৱেংগী ৱাহৈ পরেংশিং অপুনবনি মসি য়জ্ঞ তৌব, মতমদা শিজন্নবা ঙাক্কনি। মরম অসিনা বেদ অসি যজ্ঞ অনুষঠান তৌবগা মরি লৈনবা ঙাক্কনি। মসি মখল অনি থোক্লা খাইদোই অমনা কৃষ্ণ য়জুর্বেদ অমসুং অনিশুবনা শুক্ল-য়জুর্বেদ কৌই। কৃষ্ণ য়জুর্বেদ বেদ ব্যাসদগী বৈশমপায়ন মুনি না বেদ অসিবু তমখি অমসুং বৈশমপায়ন দগী যাজ্ঞবল্ক্য মুনিনা তমখি. তৌইগুমসুং করিগুম্বা মরম অমদগী বৈশমপায়ন মুনি যাজ্ঞবল্ক্যদা শাওখিরম্মী অমসুং মহাক্লা তমখিবা মহৈপুদা অমুক হন্না পীরো হায়না হায়রম্মী। গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না য়াজ্ঞবল্ক্য মুনিনা মহাক্লা তমখিবা যজুষ খুদিংবু ওথোক্লনা পীরম্মী। মতম অদুদা বৈশমপায়নগী অতোপ্পা শিষ্যশিংনা নোংইন ওইনা শায়ওন্দুনা লৌখি। মতৌ অসুন্না অওববু নোংইন ওন্দুনা খুন্দুনা লৌখি হায়বদগী মসিবু কৃষ্ণ-যজুর্বেদ হায়না কৌখি। মনিগী তুংদা যাজ্ঞবল্ক্য মুনিনা সূমিং তগী আরাধনা তৌদুনা অনৌবা যজুষ অমুক পুথোকখি, মদুগী মমিংনা শুক্ল যজুর্বেদ কৌখি। হায়রিবা অনিসিদা খেংরিবা হায়বদু শুক্ল যজুর্বেদ দা ছন্দ গা লেয়নবা মন্ত্র অমসুং রারেংগী ওইবা বিনিয়োগ য়াওনা ইরম্মী।

অসুম্মা ৱারেং (গদ্য) অমসুং পদ্য যানশিন্নৱ মৱঙ্গা বেদ অসিবু য়জুর্বেদ হায়না খোনঙ্খিবনি। অদুগা যানশিন্নবা ৱাণ্ডদৱ অসিবুনা শুক্ল য়জুর্বেদ কৌই।

শুক্ল যজুর্বেদ সংহিতাগী মিং বাজসনেয়ি' সংহিতা' কৌই। অসুম্মা হায়নৈ মতুদি সুমিৎ না (বাজি) শগোলগী মওংদা শুক্ল ওইদুনা তন্বীখি হায়দুনা মসিগী মমিং 'বাজসনেয়ি সংহিতা' কৌখিবনি মসিদা অধ্যায় ৪০ লৈ। সংহিতা অসি অনিথোক্পা খাইদোকই — (১) মধ্যান্দিন শাখা-অরাং ভাবততা চৎনৈ অদুগা কন্ব শাখা না খা ভাবত তা শিঙ্কনৈ। সংহিতা অসিগী 'ব্রহ্মান্দ-শতপথ-ব্রাহ্মন' লৈ অমসুং 'আরন্যক' অমসু লৈ মদুগী মমিংনা 'বৃহদারন্যক' হায়না কৌই লোয়ননা মসিগী উপনিষদ অনিসু লৈ মসংদুনা ঈশোপনিষদ অমসুং বৃহদারন্যক' হায়না কৌই। মসিদা মকওইনা য়জ্ঞগী মৱমদা শন্দোক্লা তাকই।

কৃষ্ণ যজুর্বেদগী সংহিতা মখি থক কাই মথংনিংনা (১, তৈত্তরীয় -(২ মৈত্রায়িনী, - ৩ কাঠক অমসুং ৪ কঠ কপিষঠল অসুম্মা মমিং চৎলি। মসিগী খন্দ ৭ খোন্না খায়দোকই অদুবু অষ্টক নত্রগা কান্দ ওইন খায়দোকই।

কান্দ খুদিংদা অধ্যায় কয়া লৈ মদুবু প্রশ্ন নত্রগা প্রপাঠক অসুম্মা কৌই। মৈত্রায়িনী সংহিতা তৈত্তরীয় সংহিতাগা মান্নবপ তোই হুপ মথ' মনাওদা কবিগুম্বা খর বেদবগী ৱাতনি। অসুম্মা কাঠক সংহিতা অমসুং কঠ কপিষঠল সংহিতাদি হৌজিক কাণ্ডবদি মপুং ফান ফংদে। পতঞ্জলি মহর্ষিগী মহাভাষ্যদা কৃষ্ণ-যজুর্বেদ

মশা (শাখা) ১০১ নি তাকলি, তৌইগুম্বনুং শৌনকী 'চরন-ব্যুহ' কৌবদদি মুখা ৮৬ থক্লেনি ইরম্মী। অদুম ওইনা কৃষ্ণ য়জুর্বেদ গী শাখাশিংনা থুইদনা হেন্না মশিং য়াম্মী। মথক্তা তাকখিবা সংহিতা মরিগী শাখা মরি মরি ফংই। মদুদি তৈত্তরীয় সংহিতাগী তৈত্তরীয় শাখা মৈত্রায়িনী সংহিতাগী মৈত্রায়িনী শাখা হৌনিদ্রিংবনি।

কৃষ্ণ য়জুর্বেদ গী ব্রাহমন অমা লৈ মদুবু তৈত্তরীয় ব্রাহমন হায়না কৌই। অদুম্মা আরন্যক অমত্তু লৈ মদুবু তৈত্তরীয় আরন্যক কৌই অমসুং উপনিষদ অহুম লৈ, মখোয়গী মমিং মথংশিংনা তৈত্তরীয় মৈত্রায়িনী অমসুং কঠোপনিষদ কৌই। মসিগুম্বনা কৃষ্ণ য়জুর্বেদগা সূত্র গ্রন্থ নিপান থকম্ব ফংই, মখোয়শিংগী মমিংদি (১) আপস্তম্ব কল্প সূত্র, (২) বৌধায়ন শ্রৌত সূত্র, (৩) হিরন্য কেশী কল্প সূত্র, (৪) ভারদ্বাজ শ্রৌত সূত্র, (৫) মানব শ্রৌত সূত্র, (৬) মানব গৃহ্য সূত্র (৭) বরাহ গৃহ্য সূত্র অমসুং (৮) কাঠক গৃহ্য সূত্র।



# ৩ সামবেদ-সংহিতা

সহিংতা অসিদুম্ব 'সাম বেদ' অসুম্না খঙনৈ। বেদ অসি উদগাতাগী মমক্তা লেংবনি মদুদি মথক্তদু পনজগ্রে। মরম অসিনদি

সাম বেদদা রিচা মাক্রা ওইনা, তৌই অতুগা মসিগী মশিং ১৫৪৯ নি অমসুং অয়াম্বা রিচা রিগ বেদদগী লৌবনি। রিচা ৭৫ দি মশাগী ওই। অতৈদি রিগ বেদ্দা লোয়না য়াওই। মরম অসিনা সাম বেদবু স্বতন্ত্র ওইনা লৌদে। সাম অসিগী সংহিতা অনি খোক্রা খায়দোকই—(১) পূর্বার্চিক (২) উত্তরার্চিক। পূর্বার্চিক কী মৈ, ইন্দ্র, পবমান (সাম) অমসুং তারন্য নচিংবা মধী লৈনবা। ত্রিমশি দগী পর্ব মরি খোক্রা খায়দোকই। মখোয়গী মমিংশিংদি আগ্নেয় পর্ব, ঐন্দ্র পর্ব, পবমান পর্ব অমসুং আরন্যক পর্ব কৌই। অনিশুবা উত্তরার্চিক তা দশরাত্র সংবৎসর সত্য, প্রায়শ্চিত্ত, শুদ্র নচিবা য়জ্ঞ অনুষ্ঠান গী বিধি তাকই। ঈশৈ [সংগীত] চায়বসি সাম বেদদগী হৌদাকরাখিবনি। মসিগী রিচা খুদিংমু ছন্দ ছন্দসি, ছন্দসিকা অমুং কৌই।

সামবেদগী শাখা লিশিং লিশিং লৈ হায়না খাজনৈ তৌই-গুমসুং হৌজিক্কি সুপ্না শাখা অহুমতমক ফংই, (১) কৌথুম, (২) রানায়নীয়, (৩) জৈমিনীয়। কৌথুম শাখা অসি গুজরাত কী ব্রাহমনশিংনা শিজিন্নৈ, রানায়নীয় শাখা মহারাষ্ট্র প্রাদেশতা মমিং চংলি অমসুং জৈমিনীয় শাখাগী প্রচার দি কর্নাটক প্রান্ত গী ব্রাহমনশিংনা পায়। হায়রিবা শাখাশিংগী মখাপোম্না সাম-বেদগী সংহিতা অহুম লৈ মখোয়গী মমিংদি —(১) কৌথুম সংহিতা, (২) রানায়নীয় সংহিতা, (৩) জৈমিনীয় সংহিতা, নি। লোয়নবা সামবেদগী ব্রাহমন মশিংদু ফংই—(১) তাড্য ব্রাহমন, (২) ষড়বিংশ ব্রাহমন, (৩) সাম বিধান ব্রাহমন,

(৪) জৈমিনীয় ব্রাহ্মন। মসিদসু নত্তনা সামবেদগী আরন্য অনি অমসুং উপনিষদ অহুমসু কংই। মখোয়শিংহুগী ২রক্তা আরন্যকী ছান্দোগ্য অমসুং জৈমিনীয়নি অহুগা উপনিষদশিংগী মমিংনা মথং শিংন ছান্দোগ্য, কেন অমসুং জৈমিনীয় কৌট। মসিদসু নত্তনা সামবেদগী সূত্র গ্রন্থ তরেৎসু লৈ, মখোয়গী মমিং-শিং মখাদা পীরি —

(১) কৌথুম সংহিতা - (ক) মশক কল্প সূত্র, (খ) লাট্যায়ন শ্রৌত্র সূত্র, (গ) গোমিল গৃহ্য সূত্র;

(২) রানায়নীয় সংহিতা — (ঘ) দ্রাহ্যায়ন শ্রৌত্র সূত্র (ঙ) খদির গৃহ্য সূত্র।

(৩) জৈমিনীয় সংহিতা - (চ) জৈমিনি শ্রৌত্র সূত্র জৈমিনীয় গৃহ্য সূত্র।



# ৫ অথর্ব বেদ সংহিতা

সংহিতা অসিবুসু অথর্ব বেদগী মমিংনি। মসিদা যাওরিবা মন্ত্রশিং য়জ্ঞী নাত্তে। মসিদদি য়জ্ঞদগী পোকলকপা বিঘ্ন খুদিংমু ঙাকথোকপগীদমক ব্রহমানা নিমিত্ত ওইহুনা মন্ত্র পীরি, মখোয়শিংদুদি

ম্যাক্স মোল্লর, উইটনি নাইংবা মিথ্রশিং বর্ণন তৌই। সংহিতা অসিগী কান্দ ২০ লৈ, মহুদা ৩৪ না প্রপাঠক, ১১১ না অনুবাক অমসুং ৭৩১ না সুক্তশিংনি। মসিদা ৫৮৪৯ মন্ত্র য়াওরি মসিবু রিচা হায়না কৌই। মথক্কা হায়রিবা রিচা শিং অসিদগী চাওরাক্লা ১২০০ রিচাশিংদি ঋগ বেদদগী লৌবনি। সংহিতা অসিগী শরুক ৬ ক্তি গদ্য (ব্রাহ্মণ) গী শরুক্নি। মসিগী ১৪ শুবা কান্দ লুহোংবগী মরমদনি ১৮ শুবা কান্দ শ্রাদ্ধ গা মরি লৈনৈ। ২০ শুবা কান্দ সোমযজ্ঞগা মরি লৈনবা চাক্তনি। কান্দশিংনি অসি ঋগ বেদদগী লৌবা ওইরক্নি।

অথর্ব বেদ সংহিতাগী অয়ামবা শাখা মাপল ৯ ল হায়না থাজনৈ অদুবু হৌজিক মখোয়শিংদুগী মরক্তগী অনিখক্তমক ফংই। বেদ অসিগী তন্ত্রশিংদি নাগর ব্রাহমনশিংনি মখোয় হৌজিক ফাওবা লৈরি। মসিগী শাখা অনিগী মমিং মথংশিংদুনা পিপলাদ অমসুং শৌনক নি। পিপলাদ শাখাগী সংহিতা ডাঃ বুলহরনা কশ্মীরদ থীবদা শারদা মঠকী ময়েক্তা ইবা ফংলকখি। মসিগী খুৎনা ইবা মযেক্তী কোপী জর্মনীদা লৈ। ডাঃ রাথনা মসিগী লমায় খুদিং গী ফোটো লৌতুনা ফোংখিবনি। পতঞ্জলিগী মতমদা শাখা অসিগী সংহিতাগী প্রচার চৎবা থেংনৈ। মবমদি মহাক্ত মাগী মহাভাষ্যদা অথর্ববেদগী অহানবা মন্ত্র 'শন্নোদেবীর ভিষ্টয় আপোঃ অসুম্না ইরবা হায়রিবা অসি হৌজিকী চৎনরিবা শৌনক শাখা গী সংহিতাদ উবা ফংদে, তৌইগুমনসুং মন্ত্র অসি পিপলাদ শাখা গী অহানবমক্তদা পীরি। পিপলাদ শাখাগী অতোপ্পা লাইরিকশিং

ওয়াহা মাংখরে। মুণ্ডগা প্রশ্নোপনিষদ খক্তং কংলি। মসি নত্তবা অতৈপা ব্রাহ্মন নত্রগা আরন্যক অমত্তসু কংদে। অথর্ববেদকী অনিশুবা শৌনক শাখান খর হেন্না মসিং লৈ। শাখা অসিগী শৌনক সংহিতা অরিবা (প্রাচীন) নি সংহিতা অমসিং 'গোপথ ব্রাহ্মণ' কৌবা ব্রাহ্মন গ্রন্থ অমসু লৈ অমসুং মুণ্ডক. মাণ্ডুক্য কৌবা উপনিষদ অনিশু কংলি। মসিদসু নত্তনা শৌনক শাখা অসিগী লৃগী লাইরিক অনিশু ফংলি. মখোয়সি মমিংদি মথংশিনা বৈতান শ্রৌত্র সূত্র অমসুং কৌশিক গৃহ্য সূত্র নি।

ব্রহৎ ২ — বেদ শিংসী লেৎবগী মতম লেপ্লদা বির্ন্তবনিটজ না খুদম ওইনা লৌরিবা মতুগী তেলপ্পা কোংদোকউ।

পাওখুম — বিশ্ব সাহিত্যদা বেদনা খ্বাইদগী লীরবা সাহিত্য নি। হায়রিবা সাহিত্যসিদা চহি লাখ কয়াগী মমা মপা মীওইনা জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা। ইতিহাস অমসুং মথল খুদংগী শিন্নাগী ওইবা কংই। মরম অসিদগী ভারতবর্ষগী অয়াম্বা ধর্ম্ম চৎপশিংনা বেদবু অপৌরুষেয় হায়রদি মীনা ইবা লাইরিক্ঠা নত্তে হায়না থাজনৈ। মখোয়না অস্তূনা থাজনৈ মতুদি অকুব্বী মতিক লুব অমদি পাকশনবা জ্ঞান অসিবু মীনা শেংনা ইবা উপ্পা ওইবোক্তে হায়না। তৌইগুম্বসু ভারত মচা খবা অমসুং নোংচুপ লমগী বিদ্বানশিংনা বেদবু ময়ুংকান। নৈনদুনা মসি লেংবগী মতম লেপ্পবা হোৎনখি। হায়রিবা মতশিং লৌদুনা বিনটরনিটজনা' মহাক্কী লাইরিক 'ভারতীয় সাহিত্যগী ইতিহাস' কৌবা (ভাগ ১) খোনজিন্দুনা ইরম্মী। মরম অসিনা হায়রিবা

খোমজিনবগী মত অসি চহি চা কয়া থেম্নবতা নত্তনা চহি লিশিং লিশিং থেম্নবা ওই। হৌখিবমক্তি হায়রিবা খোমজিনবশিংগী মত কী মতুংইন্না ৱাখিল্লবা হয়রে। মতম মকন পুথোকপদা শুনা থেংকই। তৌইগুম্বগুং অশুমওইবগুমক বিদ্যাশিংগী মত কয়াদা মুখ্যা বিচার তৌরবদি বেদনা ওইবা য়াবা মতম পুথোকপা য়াগনি

(১) বেদ শিংগী মতম লেপ্পদা খাইদম্বা হায়বা থেবর মহোদয়না ইবা 'ভারতীয় সাহিত্যগী ইতিহাস' কোৎবা লাইরিক্তা হোৎনখি। মহাক্কী মত মতুংইন্না ভারতীয় সাহিত্য, সংসারগী অহৌবা লাইরিকশিংগী মরুংদা খাইনগী অরীবা লাইরিকনি। বেবর না হায়রিবা প্রমানশিংদি ভূগোলিক অমসুং ইতিহাসকা মরি লৈনবা ইরম্বনি। রিগ বেদগী থওবা ওমী মহুদি আর্য জাতি পঞ্জাবতা হৌখাৎলক্লে হায়না লাকুনা লৈখি। রামায়ন অমসুং মহাভারতগী খওবা ওমী মহুদি মতম অসিদা খা ভারতগী লোমনা শন্দোকখি। অহুমগী বৈদিক প্রকৃতি পূজানা উপনিষদকী ব্রহম বিদ্যা, (ঈশ্বর কননবা লম্বী) য়েংরকপদা মতম শাংনা চংখিরমগনি। লোয়ননা ঈশামশীহ শাক্লিডৈ চহি ৬০০ মমাং মেগস্থিনিসনা পৌরানিক অমসুং সাংস্কৃতিক সাহিত্যগী অধ্যয়ন তৌখিবা অহুম চহি চা কয়া চংলমগনি। মতৌ অসুম্না বেদগী নির্মান তৌবদা চহি লিশিং কয়া চংলমগনি হায়রবসি ওইথোকপা য়াই অমসুং বেদশিংগী হেন্না লীবা সাহিত্য জগত অসিদা অমত্তা ফংদ্রি। মরম অসিনা বৈদিক সাহিত্যনা খ্বাইদগী অরিবনি হায়বসি চুমই। মতৌ অসুম্না বেবরনা বেদগী অরেপ্পা চপ চাবা মতম শীঘ্রবস্থ বেদ সাহিত্য

পুম্নমক্তগী অরিবা সাহিত্য নি হায়রবাসিগা মিৎয়েং চংলম্মী।

(২) অতোপ্পা অ মিংলবা বিদ্বান জর্মনগী মৈকসমূলর মি, মহাক্কা ইশা 'প্রাচীন সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাস' তা পাইদগী অহানবদা মতম লেপ্পবা কপ্পা হোৎনখি। মহাক্কা হায় মত্তুদি বৌদ্ধ ধর্ম্ম হৌরবসি অতে অতোপ্পা অমা নত্তে হুপ্পা ব্রাহমন ধর্ম্মগী ওন্নথৈনবা (প্রতিক্রিয়া) অক্তুনি অমসুং হায়রিবা (বৌদ্ধ ধর্ম্ম) বৈদিক সাহিত্য মসিদা সংহিতা, ব্রাহমন আরণ্যক অমসুং উপনিষদ যাওরি পুম্নমকসিগী মপুং ফাবা শক্তম অমনি। মরম অসিনা মৈকসমূলরনা হায়বগী মতুংইন্না বৈদিক সাহিত্য ঈসামসিহগী চহি ৫০০ মমাংদা ইবা লোয়রে। মৈকসমূলরনা বৈদিক সাহিত্যবু মতম তাক্কক মরিদা থায়দোক্লম্মী — (১) ছন্দ কাল, (২) মন্ত্র কাল (৩) ব্রাহমন কাল, (৪) সূত্র কাল। হায়রিবা মতম মরিগী তাক্কক খুদিংগী চহি ২০০ গী মতম চংই, থাজরম্মী অদুগা সূত্র সাহিত্য নত্রগা বেদাঙ্গগী ইরম্বসি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী হৌবকপগা লোয়ন-লোয়ননা চাওখৎখিবা মাল্লি। ভগবান বুদ্ধগী নির্বান (শিহিব) ঈসামসিহ পোক্তিদৈ চহি ৪৮০ নি। মরম অসিনা মসিদগী চহি ২০০ মমাং সূত্র কাল মসিদগী চহি ২০০ মমাং ব্রাহমন কাল নি। মতৌ অসুম্না ব্রাহমন কালগী চহি ২০০ মমাংদনা ছন্দ কাল শিদ্ধ তৌখি।

মসিনা তাত্রিবদি ১২০০ দগী ১০০০ ইসামসিহ মমাং ফাওবা ছন্দ কাল, ১০০০ দগী ৮০০ ফাওবা মন্ত্র কাল, ৮০০ চহিদগী ৬০০ খৃষ্ট মমাং ফাওবদা ব্রাহমন কাল অমসুং ৫০০ দগী

৪০০ যাওবা সূত্র কাল ওইবা তারম্মী। মসিগী নিয়মগী মতুংইন্না মৈকসমূলরগী মত মতুংইন্না বেদগী নির্মান কাল (লংবগী মতম) অসি খৃষ্ট মমাং চহি ১২০০ দগী ১০০ মমাং ফাওবা ভাবনি।

মথংগী পীরিবা মতবী মতুংইন্না মৈকসমূলরনা মতম তাক্কশিংসিগী চহি ২২০ খেন্না ইরম্মী, মসি মতিক চাবা প্রামানদি যাওদে। ইম্মিরিবা তশোয়রবা অসিবু য়াহুনা মথাক মশানা মহাক্কী ভাষন অমদা অস্থুন্না ইরম্মী।

We cannot hope to fix a terminous qua — whether the Vedic hymns were composed 1000 or 1500 or 3000 years B.C., no power on earth will ever determine."

Gifford Lectures

অর্থ — "বেদশিংগী ইরম্মা মতম লেপ্পদা এদি খাপা লৈতে — বৈদিক মন্ত্র খাইদগী মমাং ১০০০ নত্রগা ১৫০০ নত্রে ২০০০ নত্রে ৩০০০ ইখিবস্ত্র ওইসনু, অদুবু মসিদা পৃথিবীগী করিংম্বা শক্তি অমত্তনা মসিগী চপ চাবা মতম পুথোকপা ওইথোক্কোই।"

অস্থুন্না হায়জরকনু মহাক্কী মতপু অয়াম্বনা যানৈ। থিংটনা দি মৈকসমূলরগী তিম্মি অসি চুমই হায়না যাই অমুং শ্রোতাবনা মহাক্না নৈনকবশিংদগী বেদগী মতম খৃষ্টনা পোক্কিদৈ মমাং চহি ১৫০০ নত্রগা ২০০০ দা লেপ্লম্মী। মহাক্কী মত অসিন্থু মৈকসমূলরনা পীবম্বা চহি অদুগা মান্নে।

(৩) বিদ্বান খরদি জ্যোতিষগী থিবগী মতুংইন্না বেদগী

মতম লেপ্লম্মী। জেকোবীনা বেদ পুন্নমক্তগী থৃইদগী অহিবা রিগ বেদগী রচনা কাল অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৩০০০ নি হায়রম্মী। মহাক্না হায়রিবা মত অসি জ্যোতিষগী মশিং থিবগী হিরম্না যুমফম ওইবনি হায়রিবসিমক্তা লুডবিগ মহোদয়মম্তু বৈদিক সাহিত্য গী মতম লেপখি। মহাক্কী নিয়মগী যুমফমদি সূর্যগ্রহন' ওইরম্মী। জ্যোতিষ সাহিত্য বিজ্ঞাগী মরম ঐখোয়না ব্রাহমন অমসুং সূত্র গ্রন্থশিংদা থেংনৈ. মরমদি লাইরিকশিংসিদা অমুক নক্ষত্রদা অমুক যজ্ঞ তৌগদবনি হায়না বিধান তৌরম্মী। বিদ্বান শিংনা বেদগী মতম লেপ্লদা চন্দ্র, সূর্য, নক্ষত্রনচিংবগী মতম অমসুং মখোয়গী মরী লৈনবা পুন্নমক হায়রিবা গ্রন্থশিংদগী নৈনতুনা ফংখিবনি। ভারতকী লোক মান্য তিলকনা খৃষ্টাব্দ ১৮৯৪ দা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী গণনা তৌবগী নিয়মদা ভারতীয় সাহিত্যগী হৌরকপগী মতম খৃষ্ট পোক্ত্রিদ্রৈ চহি ৬০০০ কী মমাংদা লেপ্লম্মী। তৌইগুম্বসুং জেকোবীনা ভারতীয় সাহিত্যগী হৌরকপদি খৃষ্ট মমাংদা ৪৫০০ য়ারম্মী। বৈদিক সভ্যতাগী মতম লেপ্লসি গৃহ্য সূত্রগী 'ধ্রুব দর্শন' গী মথাপোন্না লৌখিবনি। তৌইগুম্বসুং ঋগ বেদদা লুহোংবনচিংবা মতম লেপ্লদা "ধ্রুব দর্শন" গুম্না মতম লেপ্লগী রা চংনদে। সংহিতাশিংদি বৈদিক সভ্যতাগী মতুং কাইনদা লাকখিবনি। মরম অসিনা তিলকনা বেদগী সভ্যতা অসি খৃষ্ট মমাং চহি ৬০০০ কী খর মমাং-মতুংদনি তাকই, অদুবু জেকোবী নদি ৬০০০ মমাং থক্তং য়াই।

(৪) লুংপাকশিংদা (শিলা লেখ) ইরম্বশিংদগী ফংবা

প্রামানশিংগনি খৃষ্ট পোক্তিদৈ চহি ৫০০ লোয় মমাংদা ভারতীয় আর্য জাতি খা থংবা ভারত বিজয় তৌরে। তৌই-গুমদুং মৈকসমূলর মহোদয়না। হায়রমবর্দ খৃষ্ট মমাং চহি ৭০০ নত্রগা ৬০০ কাংবদদি খা ভারত কা। আর্যশিংনা বিজয় তৌবদগী ব্রাহমন ধর্ম্ম পাক-শন্না শন্দোক্লে প্রমান পদসিগী মহাক্লা ছত্রমান তৌখি মত্তুদি খৃ০ মমাং চহি ১২০০ নত্রগা ১৫০০ গী অদুবাইদা আর্য জাতি ভারত কী অরাং মায়কৈ অমসুং আফগানিস্তানগী মনাক খুন্দাবা তৌখি। মতম শাকুবাইদা বেদ ইখিবা ওইরম্বা য়াই। বুহলরনা হায়রম্লিবা অসি ওইথোকপা য়াবা বাকম নত্তে। অশেংবদি আর্য-বিজয় অমসুং ব্রাহমন ধর্ম্মগী অসিগুম্বা প্রচার অসিদা বৌদ্ধায়ন অমসুং আপস্তম্ব গুম্বা সম প্রদায় হিংবা ওইরবদি য়ামদ্রবদা, মসিদগী মতম শরুক অনি ডনথংপা তাবনি। বুহলরনা হায়রম্লিবা অসিগী মতমদি অরাং অমসুং খা অমেবিকাগী সভ্যতাগী মতমনি।

মরমদি অরাং অমসুং খা অমেবিকা শেম্বদ। চাওরাক্লা চহি ৪০০ রোম চংখি। মরম অসিদগী মহাক্লা চহি ৪০০ চংনা খা ভারতা ব্রাহমন ধর্ম্ম শন্দোকপগী মতম পীখিবনি। বুহলরগী মত অসিবু করকতুনা ওল্ডনবর্গনা অসুম্না হায়খী মতুদি অমেরিকাদা অরাং অমসুং খাদা সভ্যতা পুবকখিবদা য়াম্না চাওনা থেম্নবা লৈ। মরম অসিনা অমেবিকাদদি চাওথংখিবগী খোংজেল সুপ্না চহি ৪০০ রোমতমক চংখি অদুবু ভারতদি অরাং অমসুং খাগী চাওথং খোংথাং মতম য়াম্না চংখি। অতোপ্পা অমনা মহাকাব্য

শিংদগীমু মশি হায়বা ভম্মী মহুদি মকম অসিদা চহি চা কয়াদি লান পোয়হনা লৈখী। মরুম অসিশা বুহ্লরনা ভাক্লিবা মতম অসি চংনবা য়ারোই। অমুমত্তুবনা বেদবু শ্রুতি হায়না কৌই। মরম অসিনা বৈদিক সাহিত্য অইবা ওইনা ফংদ্রিবৈদগী হায়া মন্ত্র পুখোকখিরম্মী হায়বসি অহানবদা চীন্দা গুরু শিষ্যবু তম্বীরম্মী অমম্তুং গুরু শিষ্য চীনবা ওইনা উরাইহনা বেদ মন্ত্র পরমপর। ওইনা চংথরম্মী। মতৌ অসুম্না মৌখিক ওইনা মন্ত্রশিং চংথরম্বনা সংহিতা ইরকপদা চহি া কয়া চংলমগনি। অসি-শুমতুনা ব্রাহমন, আরন্যক, উপনিষদ কয়াগী চাওখৎলকপদা চহি চা কয়া চংখিরম্বা য়াই। মশিমদি য়েংনবা লৈতনা য়ানরবা রাফম অমনি মহুদি বৈদিক সাহিত্য চাওখৎপা হৌবদগী লোয়বা ফাওবা আর্য জাতিগী মীশিং সিনধু ভুরেন্দগী গঙ্গা তুরেন ফাওবা মংখোয়গী অধিকার ক্ষেত্র ওইরম্মী।

মরম অসিনা খা ভারত বিজয় তৌবদা শতাব্দি কয়া চংখিরম্বা য়াই। মতৌ অসুম্না বুহ্লরগী খা ভারত বিজয়গী রাফম্না য়ুমফম ওইহন। বেদগী খৃষ্ট মমাং ১২০০ দগী ১৫০০ হায়রম্লিবনি অরানবনি য়ুমফম য়াওদে, নিয়ম চুমদে।

(৫) খৃ° ১৯০৭ দা এশিয়া মাইনরগী শরুক অমা ওইবা বোগজকোই (Boghazkoi) কৌবা মফমদা ফংবা লৈংাক্কী মতুমশিংদগী খঙবা ঙমদে মহুদি হ্যাগে। বিংকলর কৌবা অংগ্রেজ বিদ্বাননা করিগুম্বা অনৌবা ঋরা খিজিনখি; মহুদগী বৈদিক সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মতম পুখোকপদা অনৌবা মঙাল

জ্ঞান থংই। বেগঙকোইনা ভৌদুনা য়েংবদা লৈবাক মতুমশিং (গোপ্নী) কংখি। হায়বিবা লৈবাক্কী গুলিশিংত্তুবু ইউটই,ইটকা রাজধানীদগী পুরক্লগা ছ্যেগো বিংকললন। য়েংখি মতুদা খৃ: ১৪০০ মমাংদা রাজা শাগৈগী মমুংদনবা সন্ধি তৌনবগী মতমদা রাজ্য পরিবারগী লাইশিংগা লোয়ননা মিত্র ইন্দ্র, বরুন, নাসত্যোনচিংবা বৈদিক দেবতাশিংগী মমিংসু সন্ধিগী হায়বিবা লৈবাক মতুমশিংতুদা হকুনা ইরম্বা থেংনৈ।

বিষয় অসিগী মেয়োল না পীবা মত মতুংইন্না মতম অতুগী (খৃ: ১৪০০ মমাং) ভারতীয় অমসুং ইরানী ভাষা (লোন) অমসুং ধর্মগী মিংযেংদা মাম্নবনী। অদুদগী আর্য জাতিনা চাওখংপা হেনগংলকখি। প্রমান ওইনা ঋগ বেদদগী মন্ত্র কযামুক হায়রিবা রাকম অসিদা প্রমান পাবা য়াই মখোয়গী ইরন। চহি খৃ: মমাং ১৫০০ ওইবনি য়াই। গিলস মহোদয়গী মত অসি যাই। তৌইগুমনং ওল্ডেনবর্গ গী মতত্তি মখুদি মথন্তা পীরিবা, লাইশিং অসি নোংচুপ প্রদেশকী কবিগুম্বা ধার্মিক শাখাগা মরি লৈনবনি, মখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিশিংসু হৌবক্কম ওইরম্মী, হায়রিবা ধর্ম অমসুং সংস্কৃতি ভারতীয় ধর্ম্ম সংস্কৃতিগা চপ মান্নে। মরম অসিনা বেদ য়াম্না শীন্নবা সাহিত্যনি হায়বা সিদ্ধ ওইদে। হায়রিব। লৈবাক্কী মতুমশিংদা লাইশিংগী মমিং হকুনা হাপ্পিবা অসিনা মরম ওইহনা বিন্টরনিটজ, না জেকোবী অমসুং হিলব্রান্ট গী মত য়াহনা অম্মা হায় মসিগা য়,ওহিবা লাইশিংগী মিংদি ভারতীয়নি, তথবু অতোপ্পা অতৈ রাশিং অয়েম্বা

কাবদবা ভারতনি অমসুং অসুম্না ইরম্মী মতুদি বোগজকোইনী মিথো মসি শতবা হেক্রে মতুদি বৈদিক দেবতাশিংবু পুজা তৌবা আর্য জাতি চাওরাক্লা চহি ২০০০ খৃ:পূ: মমাংদা অমাং নোংচুপ ভারতা খুদাবা হৌত্রে অমসুং হায়রিবা জাতি অসিমক্লা চাংশাক্লা ১৪০০ খৃ:পূ: মমাংদা নোংচুপকী লৈবাকশিংদসু লাক্লম্না খুন্দাখি। মধম অসিনা মথক। হায়রিবা লৈবাক মতুমশিংদগী বেদগী রচনা কাল চহি ১৩০০ খৃ:পূ: মমাংদনি হায়রবা ৱাকম চুমোই।

(৬) জে০ হরটন না অসুম্না হায় মতুদি রিগ বেদগী রচনা কাল চাওরাক্লা চহি ১৫০ খৃ:পূ: মমাংদা ইরাকী মমুংদা ইখিবনি। জী০ ছসিংগ গী বিচার য়েংলগদি হরটনা অসুম্না ইরম্মী মতুদি চাওরাক্লা চহি ১০০০ খৃ:পূ: মমাংদা ভারতীয়শিং আবমেনিয়া দগী অফগনিস্তান লোমদা লাক্লুনা লৈরগ। মথোয়না বিগ বেদ লেংবা মতম কাওবা লৈরবা মতুং য়াম্না কুইববগী তুংদা ভাবত লোমদা লাকখি। মতৌ অসুম্না রিগ বেদ ভারতসিদা ইখিরা নত্তে, ইরান লৈবাক্তা ইখিবনি। জ্ঞনহোফরগী পাওতাক ইম্না হরটননা যাবম্মী। রিগ বেদদা ইতুনা আরম্ব। কনিত পৃথুশ্রবা মপুং কানা সীথিয়ন বাক্লা কনিতকা মাম্নবগুম তৌই। হায়রিবা নিংথৌ কনিতকী মিং য়ুনানিগী হুংশিংদা। অমসুং পৈশ্বা ময়েকশিংদা হক্লুনা থম্নবা ফংই অমসুং নিংথৌ অসি চহি ২০০ খৃ:পূ: মমাংদা লৈরম্মী। হায়রিবা মিংসি লৌহুনা হরটন অসুম্না হায় মতুদি চহি ২০০ খৃ:পূ: মমাং কাওবা রিগ বেদ সংহিতা গী খোমজিন্দুনা লেংত্রি। মতৌ অসুম্না বিদ্বান অসিনা রিগ বেদগী

অশিগুম্বা অরেম্বা মতম পুথোকখিবা অসিনা য়াম্না অনৌবা মত অমগী থুদম্লি। ঋগ বেদবু খ্বাইদগী অনৌবা মতম লেপ্পগী পুথোকখিবা অসিগী মরমদি ঋগ বেদ অমসুং অবেস্তা। লোন অনিসি য়াম্না নক্লে তৌইগুমম্বুং অবেস্তা ছ্যাযাগী তাশেংবা নিয়ম লৈতে, মরমদি লোন কয়ামুক্তি য়াম্না থুনা মাংখি নত্রগা ওনখি অতোপ্পা অমনা করিগুম্বা লোন থরদি অওনবা পুয়রুপদা মতম শাংনা চংই।

মতৌ অনুম্বা মথক্তা পীখিবা মতপু প্রমান ওইনা লৌহ্না বিন্টরনিটজনা উরম্মী ভূ-গর্ভ-বিদ্যা অমসুং জ্যোতিষ মশিং থিবগী নিয়মদা বেদগী মতম লেপ্পখিবা অসি প্রমান ওইবা য়ারোই, মরমদি বেদ মন্ত্রগী মরমদা অমসুং অর্থদা হিদ্বানশিংগী মত য়াম্না হেন্নৈ। বেদ মন্ত্রগী অর্থশিংদা বিদ্বান খুদিংগী মত মাপ্পত্রিবাওবা মতম অহু ফাওবদা জ্যোতিষগী করিগুম্বা অথ লৌরগা বৈদিক সাহিত্যগী মতম লেপ্পা হায়বসি শোয়দনা নোক্লিংবা পোক্কনি। অতোপ্পা অমনা ঐতিহাসিক বিচার অরেপ্পা অমত্তা য়াওদে। বোগজকোইগী শুলিশিংদা মিংশিং হক্লনা য়াওরম্বা অমসুং বেদ অমসুং অবেস্তা অনিগী লোন মান্নবা অমদি মথোয়গী সভ্যতা সমতা ওইবদগী বেদগী মতম লেপ্পদা বিদ্বানশিংদা মত য়াম্না থেম্নবা লৈ। মরম অসিনা হায়রিবা প্রমান শিংসিদগী বেদগী হৌরকপগী অরেপ্পা মতম পুথোকপা য়ারোই। মরম অসিদগী সাক্ষী প্রমান মায় পাক্নবদা অন্তর " সাক্ষী হায়বদি ভারতীয় সাহিত্য অমসুং ইতিহাসতা কংবা প্রমান

শিংদা মধা পোল্লা বেদগী মতম পুখোকপা তাবনি। হিরম অসিদা মহাবীর অমসুং থংনবা জৈন বৌদ্ধ সাহিত্যশিংদা বৈদিক সাহিত্য গী মতম পুখোকপা চাওনা মতেং পী; মসিদি শেংলবা রাকমি মতুংদি জৈন অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম অসিদগীদি বৈদিক সাহিত্যনা অরিবা সাহিত্যনি।

অতুগা মৈকমমূলরগী হায়রম্বা অসিবু লৌরগা বৈদিক সাহিত্য গী হৌংকপগী মতম চহি ১২০০ নত্রগা ১৫০০ খৃঃ মমাং লৌবা তারগদুং অসুং চাওবা বৈদিক বাঙময় অসিগী অরেপ্পা মতম পুখোকপা ওইথোকলোই। মরমদি অসুক তেল্লবা মতম অসিদা পাক চাওরবা অমদি মতিক লৈরবা সাহিত্যবু থেম্বা ওইথোক্তে, মতুম ওংনমক অনুমান তৌবা য়াবদি মসিগী মতম চাওরাক্লা চহি ২১০০ নত্রগা ২০০০ খৃঃ মমাংদগী অহুং অরোইবা চহি ৪১০ নত্রগা ১০০ খৃঃ মমাং ফাওবদা লেপ্পবা য়াব তাবনি। মসি হায় হায়বতুনসু ঐরোপগী বুদ্ধিমানী মসিদা ওইজে মতুংদি বৈদিক সাহিত্যগী করিগুম্বা অরেপ্পা মতম সিমা য়াদবা অমত্তুং মসিবু য়াম্না অরিবা নত্রগা খ্রাইদগী অনৌবা মত পীবা হায়রবসি নোক্লনিভাই ওইবা অপংবা থোদো ওইগনি।

মাহং (৩) রিগ বেদগী লেংবগী মতম মথং-মনাও অমসুং ইরিবা বিষয়গী মরমদা সমীক্ষা তৌ।

পাওখুম ঃ— বেদ মরিগী মধ্যদা রিগ বেদনা খাইদগী হেন্না লীরবা সাহিত্যনি থাজনৈ। মসিগী মন্ত্রশিংদা করিগুম্বা থাজবা য়াবা প্রমান মচাক অমত্তা ফংদে হায়রবদি রিগ বেদগী

লেংখিবগী অতম্মনচিংলা ফংবা ঙমখিদে। অহুম ওইনবক থিবানশিংনা অমিগী রচনা কাল লেপবা হোৎনখি। মেকসমূলরনা রিগ বেদগী লোনগী সাহিত্যগা চাংদমদুনা অহুম্মা অনুমান তৌখী মহুদি রিগ বেদ লেংখিবা মতম চহি ১২০০ নত্রগা ১৫০০ খৃ. মমাং ওইরমগনি হায়না হায়খিবা মতম অসিদু মেকডোনল অমসুং কীথ মখোয় অনিনা য়াখী। জেকোবীনা জ্যোতিষকী মশিং থীবগী মতুংইন্না রিগ বেদগী রচনা কাল ৩০০০ খৃ. মমাং অমসুং লোকমান্যতিলকনা ভারতীয় সভ্যতাগী হৌরকপগী মতম চহি ৬০০০ খৃ. মমাং থাজবগা লোয়ননা রিগ বেদগী ইকুৎ কুইদনা ইংবনী থাইজে। তৌইগুমসুং বিনটরনিটজ মহোদয়না মথক্তা পীখিবা মত শুদ্দিংবু আলোচনা তৌদুনা রিগ বেদগী মতম চহি ২৫০০ খৃ. মমাংদা ইখিবনি হায়না মত পীখি। মথক্তা তাকখিবা বিদ্বানশিংগী মত মতুংইন্না মসি চুম্বা য়াবক্নি মহুদি রিগ বেদ ১২০০ নত্রগা ১৫০০ খৃ. মমাংদনি শোয়দনা লৈরমগনি। লোয়ন-লোয়ননা অতোপ্পা বেদ অহুম য়জু, সাম, অথর্ব বেদদগী রিগ বেদনা অরিবা বেদনি। মসিগী মরমদি বেদ অসিগী ভাষা অতোপ্পা বেদ অহুমগী ভাষাগী বিভক্তি অমসুং ক্রিয়ানচিংবগী মিংয়েংদা হেন্না অরিবা ভাষা ওই, অনিগুবনা নোংচুপলোমগী বিদ্বানশিংগী মত মতুংইন্না রিগ বেদ করিগুম্বা অকক্নবা মতম অমদা ইখিবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা মতমদা তোঙান তোঙানবা বেদ অসিগী শরুকশিং শেমখিবনি, অমসুং মতুংদা মপুংফানা খোমজিন্নবা তুংদা মসিগী মমিং রিগ বেদ হায়না কৌখিবনি।

লোন্থুপকী বিদ্বানশিংগী মত মতুংইন্না বসিষ্ঠ, গৃৎসমদ প্রচিনবা ঋষি মুনিশিংবু মগ-বেদকী অইবা অমনি খল্লে, মখোয় অপোংবদি বেদগী নির্মাতা নত্তে, তৌরিঙুমন্নুং তশেংনা বেদকী অইবা (নির্মাতা) ওইবা মতমদা লৈরম্বা ঋষি মুনিশিংবু বেদ অসিগী অইবা (দ্রষ্টা) অমত্তম লৌখিবনি।

ঋগ বেদ অসিদা সুপ্না তিনশিনবদা সূক্ত ১০২৮ নি হায়রিবশিংবু মণ্ডল ক্রমা খায়দোকই। অনিশুবা মণ্ডলদগী তরেৎশুবা মণ্ডল ফাওবা অতৈ মণ্ডলশিংদগী অমত্তম্বনি। মখোয়গী অইবশিংদি মন্ত্রশিংনা গৃৎসমদ, বিশ্বামিত্র, বামদেব, অত্রি, ভারদ্বাজ অমসুং বসিষ্ঠনি। মসিবু অষ্টক হায়না অমুক খায়দোকই। নিপানশুবা মণ্ডলগী সূক্তশিংবু কন্ব বংশ অমসুং অংগিরাগী গোত্র শিংগী ঋষিশিংনা শেমখিবনি। অহানবা মাপনশুবা, অমসুং তরাশুবা মণ্ডলগী রচনা খাইদগী বোম্না শেমখিবনি। হায়রিবা মণ্ডলশিংগী সূক্ত শিংগী তোঙান তোঙানবা ঋষিশিং লৈ মখোয়গী মমিংদি অনুক্রমনিকা দা ফংঙি। হায়রিবা ঋষিশিংগী মমিংদা খরনা মুপানি খরনা মুশীসু য়াওবি মতুংদি — পুরুরবা ইন্দ্র, উর্বশী, শচী, বৃষাকপি, পৌলোমী, যমী, যম অসিনচিংবনি। অমুম্না খায়দোক্লা তাকপগী অর্থ মসি নত্তে মতুংদি অনিশুবা মণ্ডলদগী তারেৎশুবা মণ্ডল ফাওবদা য়াওরিবশিংবু অরিবা ওাক্রনি অমুগা অহানবা অমসুং তরাশুবনচিংবদা য়াওরিবা সূক্তশিং অরিবা অমত্তা য়াওদে হায়বা নত্তে। হায়রিবা বিভাজন অসিসি সুপ্না মসিং য়াম্মন খিবদগী তৌদবা য়াদহনা তৌখিবনি।

মাপনশুবা মণ্ডলগী শৃক্তশিংদা ইমান-মান্নবা উট। মখোয়গী লোনদা 'সোম' হায়না কৌই। সোম হায়বনি করিগুম্বা অপিকপা চান্না অমগী মশিংনি. মশিংবু শূত্নুনা মথল অমগী যু শেম্মী অদুগা যজ্ঞ তৌই লোয়রগা মহুবু (সোম) থকই। "ইরান লৈবাকী লাই-শিংসু সোমগী মতৌ গুম মথল অমগী যু শুংহনা যজ্ঞ তৌই। লোয়রগা থকই মহুগী মমিং "হোম" হায়না মখোয়না কৌই। মখোয়গী ধর্মগী লাইরিক অবেস্তা কৌবা অসি ইথিং ঃন্নুনা হায়রিবা 'হোম' অসিবু থক্লগা য়াম্না হরাও মখোই কানৈ। ঋগ-বেদ অমসুং অবেস্তা অনিসিদা সোম হায়রিবা রাহৈগী অর্থ-থা (চন্দ্র) নত্রগা করিগুম্বা উরি অমগী মমিং ওইনা শিজিন্নে। মরম অসিনা এথোয়না খণ্ডবা ঙম্মে মহুদি মাপনশুবা মণ্ডল অসি ইথিবা মতমদি ইন্দোইরানীগী মতমদা ইবা পুম্মোই, লোইয়ে হায়বসিনি অদুগা মণ্ডল অসি য়াম্না কোন্না ইথিবনি থাজনৈ। হায়বিনা খুদম অসিনসু ঋগ বেদগী খাইদগী অরিবা লাইরিক হায়বসিনি। ভুগোলিক অমসুং সংস্কৃতিক ফিভমশিংগী মত মতুংইন্নসু ঋগ-বেদ খাইদগী অরিবা লাইরিক হায়বনি সিদ্ধ ওই। ঋগ-বেদ লেংবা মতম অসি, মসিদা ইরিবা মওং মতৌ য়েংলগা খণ্ডবা ঙম্মী মরমদি আর্য জাতি মতম অদুদা পঞ্জাব থক্তদা লৈরম্মা। মরমদি পঞ্জাবতা চেল্লীবা তুরেল মচাগী মরম মরুওইনা ইবা থেংনৈ। যমুনা তুরেলনা স্নপা অহুমলক, গঙ্গা তুরেল অমুথক বর্ণন তৌরম্মী। থম্বাল কৌবা লৈ অসি তুংগী সাহিত্যদা য়াম্না মরুওইবা লৈ ওইরবসু মসিদা করিগুম্বা মফম অমত্তদা

থোকনদে। কৌনচিংবা মহৈ মরোংশিংগী বর্ণন তৌবদা কৌ য়াওদে অমসুং বঙ্গালগী কৈথীসু মসিনা ইবা থোকনদে। অসুম্না বর্ণন তৌবসিনা ঐথোয়না মসি লৌগা লৈবী মতুংদি ঋগ-বেদ মতমদা পাঞ্জাব লৈরম্বা আর্য জাতি লৈরম্মী।

ঋগ-বেদগী আর্যশিংগী মকুওইবা শিনথম শা মন য়োকপনি। মখোয়গী খুঙ্গদগী মকুওইবা শাদি-মন (গবিচ্চ) ওইরম্মী। লানচিংবসু হায়রিবা মনগী মরম থক্তদা শোক্করম্মী। মতম অতুদা লৌউ-শিংউবগী থবক মপুংফানা চাওখৎপা ওইদ্রি। মন হাংপা থিংবা মপুং ফানা ইবা থেংনদে, তৌইগুমসুং 'অঘন্যা' হাইহে থেংনৈ, মসিগী অর্থদি মন হাংকদবা হায়বনি। মসিনা তাকপদি করিংগুম্বা মকুওইবা থীৎমশিংদদা মন হাংলম্মী। ললোন ইথিক তৌবশিংদা দোকাই শাবা, কোন শাবা অসিনচিংবা বর্ণন তৌবা ঋগ-বেদদা থেংনৈ।

ঋগ-বেদগী মতমদা বর্ণ ব্যবস্থা লৈত্রি। সুপ্পা মন্ত্র অমথক্তংদা বর্ণ মরিমঙ্কী ইবা থেংনৈ। মন্ত্র অসি মতক্তা হাপচিনবনি। থলী। অতুম ওইনমক ঋগ বেদদা বর্ণ ব্যবস্থাগী মরু-ওইনখিবা মাল্লি। অতু ওইতুনসু মতম অতুদদি চাবা-থকপা অমাং অশেং থায়ত্রি। ঋগ বেদদা চৎনবী থন্না ইবা থেংনৈ মতুংদি নিংথৌশিংগী যজ্ঞ তৌবা মতমদা পুরোহিত মফম অতুদা লৈত্তুনা যজ্ঞ পাংথোকই। অতুবু পুরোহিত মশাগী যজ্ঞ তৌজবসু য়াওই। ঋগ-বেদদা মতৈ-মনাও অনিমক যজ্ঞ অনুষ্ঠান তৌবগী বর্ণন থংই, তৌইগুমসুং মনুনা তুংদা মুপী শিংবু যজ্ঞ তৌবা য়াদে হায়খি। ঋগ-বেদদা

পাৎমগী মঙ্গলে মহুদি মতমন্থুগী আর্য জাতিশিংদা শরনোইবী চিঙ্গা অহুক হল্লা লৈরমদে, খৃঃ মমাং চহি ১০০০ দগী ৫০০ খৃঃ মমাং ফাওবগী মতুংদা খাজনরঙ্গা অহুগা তাংদরমদা। ঋগ-বেদদা পুনর-জন্ম (মপোক অমা) গী মরমদা করিগুম্বা ইবা থেংনদে। মতম অহুগী আর্য-জাতি হিংলিবা পুন্সি অসিনা মাইদগী মরু ওইরম্মী। মখোয়না পুন্সি অসিদা হুংঙাইনা লৈবগা লোয়নননা হরাও-মুডাইনা লৈবনা অথোইবনি খল্লম্মী। সংসার থাদোকপা, পুন্সি অসিগী পেন্জবা, সাধু-বৃত্তি অমস্তুং নিরাশা ওইবা পুন্সিগা মরি লৈনবা মর্মন ঋগ-বেদ মতমগী আর্য শিংদা থেংনদে।

মসিমদি চিংনকম লৈতে মহুদি ঋগ-বেদগী মরুওইনা অমা ওইরিবদি মসিগী ধর্ম্মগা মরী লৈনবশিনি। অহুবু আর্য-লোক মথল-মথা হৈনবী পাম্বা ওইরম্মী, মথল মথা য়াম্বা ওসিনস্তু মসিগী মগুন হৈনগং হুনবনি, অহুমওইনমক মফম খুদিংদা ধার্মিকতা ওইবনা মরুওই। মরম অসিদগীনি ঋগ-বেদগী বর্ণ্য বিষয়শিংদা লাইশিংগী মরমদা মরুওইনা ইবা থেংনৈ, তৌইগুম্বসুং মসিদসু অরাংবা সাহিত্য য়াওবা উই। ঋগ বেদদা মরুওইনা লাইশিংবু শিংথাবা য়াহৈনা য়াম্মী। য়াস্ক রিষিনা ঋগ-বেদগী লাইশিংগী মরমদা শরক অহুম থোক্লা থাম্নদোক্লম্মী। (১) পৃথিবী স্থান, (২) অন্তরিক্ষ-স্থান, (৩) দ্যু-স্থান। হায়রিবা পৃথিবী স্থানগী লাইশিংদা মৈ (অগ্নি) না অথোইবা লাইনি, অন্তরিক্ষ-স্থানদা ইন্দ্র অথোইবা লাইনি। দ্যু-স্থানগী লাইশিংদনা সৌর দেবতা-শিংনা মরুওই, হায়রিবা লাইশিং পুরানশিংদা য়াওবা লাইশিংগা

ঙুলখোম্ব থেৱৈ।

পুরাণশিংদা ব্রহমা, বিষ্ণু অমসুং মহেশনা মরুওইবা লাইনি। ঋগ বেদতদা ইন্দ্র অমসুং সূর্যসিং (সূর্য) না অখোইবা লাইনি। প্রকৃতিগী শক্তিশিংগী প্রভাবতগী মখোয়বু আর্যশিংনা দেবতা ওইনা খাজখিবনি অসিদসু নত্তনা অতোম্বা লাইশিংসু লৈরম্মী অদুবু মসি প্রকৃতিগা মরি লৈনবা উদে অদুম ওইনবক মতম অদুদা লৈরম্বসু থত্তে। হায়রিবা লাইশিংদি মরুত, ইন্দ্র বিষ্ণু, অদিতি, পূষন, অশ্বিনী কুমার, রুদ্র, প্রর্জন্য মিত্র, সবিতা, বিবস্বত নাচিংবা লাইনি।

ঋগ-বেদগী বিষ্ণুগা পুরাণশিংগী বিষ্ণুগা পুমখেন থেৱৈ। মিত্রগী অবেস্থা কৌবা ইরান ধর্মগী লাইরিক্তদি মিংথ হায়না কৌই। ওইরগা য়াবা অমনা মিত্র, পূষন বিষ্ণু নাচিংবা মিংশিং চুমিংকী মিং ওইরগা য়াই। মসিদসু নত্তনা কবিগুপ্তা লাই থরসু লৈরম্মী মখোয়গী হৌরকফমদি ভাব নত্রগা পুক্রিংদগী পোকই; মহুদি প্রজাপতি, শ্রদ্ধা অমসুং মৃত্যু। মসিগী মথক্তসু ঋগ-বেদদা অপিকপা লাইশিংগীসু বর্নন তৌবা থেংৱৈ মহুদি রিভু, অপ্সরা, অমসুং গন্ধর্বগী ম্রিংদা থত্নৈ অমসুং ভুত-প্রেতকা মরি লৈনবগুম তৌই। ঋগ বেদদা দাস নত্রগা দস্যু কৌবসিগীসু বর্নন থেংনৈ মখোয় হায়া মকম অসিদা লৈরম্বা আদি-বাসীশিংবু রাক্ষস নত্রগা পিশাচ কৌরম্মী। ঋগ-বেদদা অসুর হায়বা হিংচাবগী য়াহে ওইনা শিজিন্নবা অমসু থেংৱৈ। অহানবদা 'অসুর' হায়বা য়াহেগী মাংহন তাকহনবা শক্তি অমা ওইনা শিজিন্নরমদে,

থৌইদ্রেমসুং মসিবুস্নু অতোপ্পা লাইশিংগী জাতি অমগুম য়াম্না শক্তি চেনবা লাইনি লৌনরম্মী ঋগ-বেদ অমসুং অবেস্তদা 'অসুর' শব্দগী বলবান অমসুং শক্তি চেনবা লাইগী মমিং ওইনা লৌনরম্মী। ঋগ বেদদা লৈখিদ্রবা ইপা-ইপুশিংবুসু লাইশিংগী শিংদা বর্নন তৌরম্মী। ইপা ইম্বাবুসু লাই ওইনা লৌই। মতৌ অসুম্না লাইশিংগী প্রার্থনা তৌবদা ঋগ-বেদদা পুমথন-থম্না য়াওরি, হায়রিবা প্রার্থনা সিদা য়াম্না কন্তবা অয়াংবা থাকী কবিতা সাহিত্য য়াওরি।

ঋগ-বেদদা অনিশুবা মথলগী সাহিত্য ফংই. মখোয়শিংগী মরক্তা রাবীগী ওইবা সূক্তশিং, বেদান্তগী মন্ত্রশিং, জুরায় নচিংবা শাস্ত্রগী সূক্তশিং, দান, স্তুতি অমসুং যজ্ঞ গী মতমদা হংনবা পাওখোঙ অমদি খুন্দা লৈবশিংগী জনা-অয়েক্কী সূক্তনচিংবসু য়াওবা থোংনৈ।

ঋগ-বেদদা ফংলিবা ছন্দ অসিমক মতুং চাওখৎলকপা মওংদা অতৈ বৈদিক সাহিত্যদা ফংবা উই। হায়রিবা ছন্দ শিংসি ঋগ বেদদা মপুং ফানা চাওখৎত্রি। কবিগুম্না ছন্দ থরদি মতুংদা ইবা কাব্যশিংদা শুকথেং-থেংনদবা য়াওই। সুপ্না গায়ত্রী ছন্দ অমসুং অনুষ্টুপ অনি অসিনা নম্না শিজিন্নৈ। গায়ত্রী ছন্দদি অনুষ্টুপ ছন্দদগীসু হেন্না শিজিন্নবা উই অদুগা পংক্তি মহাপংক্তি, জগতী ত্রিষ্টুপ ছন্দশিংদি য়াম্না তাংনা শিজন্নৈ। মতৌ অসুম্না ঋগ বেদগী হায়রিবা ছন্দশিংদা মন্ত্রশিং অমসুং গীতনচিংবগী মওংদা ধার্মিক অমসুং ধর্ম্মগী নত্তবা কবিতাগী মওংদা য়াম্না ফজবা উই হায়রিবশিংগী মওংদা অয়াম্বদি হৌজিক্কি ইকং-ফংথিদ্রে।

তৌইগুমম্লুং ঙসি ঋংলিবা থর অসিনা ঋগ বেদগী মহুত্তা ঙসিগু সংসার শিনবা থুংনা লৈরি।

**ব্রাহ্মং (৪) — য়জুর্বেদগী সংহিতাশিংগী মথক্লশিং অমসুং মসিগী বর্ন্য (ইগদবা হিরম) বিষয়গী অরমদা শব্দোক্কা ব্যাখ্যা তৌ।**

**পাওখুম ঃ** অহুম্না হায়নবা লৈ মহুদি যজ্ঞ ক্রিয়া নিংথৌনা চংথবা য়ানবা বেদ ব্যাসনা ঋগ-যজুঃ, সাম অথর্ব-সংহিতাগী সংকলন (লেংশিনবা) তৌখিবনী। বৈদিক যজ্ঞনচিংবদা হোতা, অধ্বর্যু উদগাতা অমসুং ব্রহমা অহুম্না ঋত্বিক মরি থোক্কা থায়দোক্লম্মী, মরম অসিনা 'হোতা' গা মরি লৈনবা দরকার ওইবশিংগী মপুং ঋগ বেদনা, উদগতাগী সাম সংহিতা, ব্রহ্মাগী দমক অথর্ব সংহিতা অমসুং অধ্বর্যুগী য়জুঃ সংহিতা অহুম্না থায়দোক্লনা শেমখী। যজ্ঞদা অধ্বর্যুগী থবক্তি করিগুম্বা লাইগী মরি লৈনবা মন্ত্র থীবা অমসুং যজ্ঞগী বিধিশিং পাংথোকপনি। মরম অসিনা য়জু সংহিতা অধ্বর্যুগী হৌরককমনি। মরুওইনা বেদ অসি যজ্ঞানুষ্ঠান তৌনবগীদমক্তনি হায়না লৌনৈ। বেদ অসি শরুক অনিথোক্কা অমুক থায়দোকই (১) কৃষ্ণ-য়জুর্বেদ, (২) শুক্ল-য়জুর্বেদ। কৃষ্ণ য়জুর্বেদদা মন্ত্রশিং অমসুং বিনিয়োগ পুন্না য়াওই, তৌইগুমম্লুং শুক্ল-য়জুর্বেদদা স্নুপ্না যজ্ঞগা মরি লৈনবা মন্ত্র খক্তা য়াওই। পতঞ্জলি মহাভাষ্যদা য়জুর্বেদগী ১০১ শাখাশিং (মশাশিং) য়াওবা থেংনৈ। অদুবু শৌনক ঋষিনা মহাকী 'চরন ব্যুহ' কোৱদা স্নুপ্না ৮৬ থক্তমক বিবরন পীরম্মী।

যজুর্বেদকী অতুক খাম্বা মশাশিং ওইখোকপা মাবকী মরমদা ভৌ-গোলিক ক্রম (মথং মনাও) মতুংইন্না বেদ অসিগী ব্যক্তিশিং ওইবা অমসুং প্রদেশকী ওইবা মরমদগী মখোয়গী মসি তাবা শোয়নবনি অমসুং যজ্ঞ অনুষ্ঠানগী বিষয়শিংদা অমদা অমগা মত মান্নদবদা মাগী মাগী বর্গ বিষয়শিংদা তোঙান তোঙানবা শাখাশিং লৈবা তাবনি।

তৌইগুমসুং হৌজিক্তি কৃষ্ণ যজুর্বেদকী অমসুং শুক্ল যজুর্বেদ অনিগী মুপা শাখা অনিথক্ত কংই। কৃষ্ণ-যজুর্বেদকী শাখা মরিগী মমিং — তৈত্তিরীয় সংহিতা শাখা, মৈত্রায়িনী সংহিতা শাখা, কাঠক সংহিতা অমসুং কাঠ কপিষ্ঠল সংহিতা শাখানি। মখোয়গী মরক্তা তৈত্তরীয় শাখানা খ্বাইদগী মরুওইনা মনিং চংলি। মসি 'আপস্তম্ব সংহিতা' হু হায়নৈ। মসিদা খণ্ড তরেৎ লৈ মতুং শতুক নত্রগা কাণ্ড হায়না খায়দোকই। কাণ্ড খুদিংদা অধ্যায় থকা লৈ মখোয়হুবু পশ নত্রগা প্রপাঠক কৌই। মৈত্রা-য়িনী অমসুং কাঠক সংহিতা অনিসি তৈত্তরীয় সংহিতাগা মান্নবপ তৌই। মুপা মখোয়গী মথং-মনাও খেন্নবতনি। কাঠ কপিষ্ঠল শাখাগী সংহিতাগী খুংই লাইরিক্তি শরুক খরতমক কংই। হায়রিবা কৃষ্ণ যজুর্বেদগী তৈত্তরীয় ব্রাহ্মন, তৈত্তরীয় উপনিষদ, মৈত্রায়িনী উপনিষদ, কাঠ উপনিষদ অমসুং তৈত্তরীয় আরন্যকনি। শুক্ল-যজুর্বেদগী শাখা অনি কংই — (১) কাম্ব, (২) মাধ্যন্দিন। কাম্ব শাখা খা ভারতা হেন্না প্রচার তৌই। মসিগী মরুওইবা সংহিতা ৬মা লৈ, মসিবু 'বাজসনেয়ি সংহিতা'

হায়না মমিং চৎলি। সংহিতাসিদা পাওতাক, লুমিংনা। বাজি (শগোল) গী রূপ লৌহনা পীখিবনি, মরম অসিনা সংহিতা অসিবু 'বাজসনেয়ি' থোনখিবনি শুক্ল যজুর্বেদকী হায়রিবা সংহিতা অসিনা খাইদগী মমিং চৎলি। মসিগী বৃহদারণ্যক, ঈশা-উপনিষদ অমসুং শতপথ ব্রাহ্মনসু খাইদগী হেন্না পাম্বৈ।

যজুর্বেদকী বর্ন্য-বিষয়গী জ্ঞান অমত্তা ফাইরবা 'বাজসনেয়ি সংহিতা' গী অধ্যয়ন তৌরগা খঙবা ঙম্মী। মরমদি অসিনি মচুদি সংহিতা অসি যজুর্বেদ পুম্বগী মীহুৎনি। সংহিতা অসিদা অধ্যায় ৪০ লৈ, অদুগা সংহিতা পুম্বা যজ্ঞগা মরী লৈনবা ক্রিয়া অমসুং বিধি ওাক্তনি। অধ্যায় ৪০ গী মনুংদা অহানবা অধ্যায় ২৫ দা আর্যশিংগী অচৌ-অচৌবা যজ্ঞগী মরিক চুম্মা য়াওরি। অহানবা অমসুং অনিশুবা অধ্যায়দা দর্শ পৌর্ণমাস্য যজ্ঞ, পিতৃ যজ্ঞ অমসুং পিণ্ড যজ্ঞনচিংবগী পার্থনাগা মরী লৈনবা মন্ত্র য়াওই। অহুম শুবা অধ্যায়দা নোংমগী .তৌগদবা অগ্নি হোত্র চাতুর্মাস্যাদিক, অগ্নিহোত্র, ঋতু যজ্ঞনচিংব গী বর্নন তৌই। মরিশুবদগী নিপানশুবা অধ্যায় ফাওবা সোময়জ্ঞ, পশু যজ্ঞ অমসুং বাজপেয়ি যজ্ঞনচিংবগী বিধিশিং তাকই। বাজপেয়ি যজ্ঞ শক্তি হেগৎহল্লনবগী দমকনি অদুগা মসিগী মরী লৈনবা ক্ষেত্রি মচাশিং ওইবনা যজ্ঞ অসিগী বর্নন তৌবদা দোলাইগী শগোল খৌবা অমসুং য়ু থকপনচিংবগী বর্ননসু কংই। হায়রিবা অধ্যায়শিংদা রাজসুয় যজ্ঞগী বিধান তৌবসু য়াওই মসিবু অয়াম্বা হিন্দুগী লাইরিকশিংদা পাকশন্না য়াওরী। যজ্ঞ অসি লাম্নীশিং লাল যাত্রা তৌবগী

খুদম্মি। মসিগী মন্নুংদা উৎসব, সম্মেলন, জুরার নচিংবগী বর্নন য়াওই।

মাপনশুবা অমসুং তরাশুবা অধ্যায়শিংদা যজ্ঞসিগা মরী লৈনবা লাইশিংগী প্রার্থনা তৌই। তরামাথোইদগী তরানিপান-শুবা অধ্যায় ফাওবদা অগ্নি-চয়ন (মৈহৌবা) গা মরী লৈনবা প্রার্থনাশিংনি। তারামাপলদগী কুনমাথোইশুবা অধ্যায় ফাওবদা প্রসিদ্ধ 'সৌত্রা মনি যজ্ঞ'গী বিধান তৌরী। সৌত্রামন্ত্যাঃ সুরাং পিবন্ত' মন্ত্রগী মতুংইন্না মসি য়ু থকপা মীওইশিংগী মরু 'ওইবা যজ্ঞ মথংনি। কুননিথোইশুবদগী কুনমঙাশুবা অধ্যায় ফাওবা আর্যশিংগী মহান যজ্ঞ অশ্বমেধ যজ্ঞগী বর্নন য়াওই। যজ্ঞ অসি শুপ্পা চক্রবর্তী রাজাখক্তনা পাংথোকই। কুনতরুকগী কুন্থ্রামঙাশুবা ফাওবা, অধ্যায় পুন্নমক 'খিল' হায়না কৌই, হায়রিবশিংদা পবিশিষ্ট ওইনা মথল করাগী যজ্ঞগা বিধান তৌরি। তশেংবদি হায়ন্নিবা 'খিল' অসি কুন্থ্রামাপনশুবা অধ্যায় ফাওবা য়াওরী। কুন্থ্রাশুবা অধ্যায় অসি য়াম্না নৌনা উই, মরমদি প্রার্থনা মন্ত্র নত্তবা পুরুষ-মেধদা বলি পীবা য়াবা মীপা ১৮৪ নি হায়না মশিং পীরি। লেমহৌবা খিলশিংদা পুরুষমেধ, সর্বমেধ, অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়া অমসুং প্রবগ্য কৌবা সংস্কার অমগী বিধি মন্ত্র পীরি। হায়রিবা বাজসনেয়ি সংহিতাগী নিফুশুবা অধ্যায় অসি মমিং লৈরবা 'ঈশা-উপনিষদনি, মসি অন্নোয়বদা হাপচিনখিবা শরুক ওইরম্বা য়াবতা নত্তনা সংহিতা অসিবু অন্নোয়বা শরুক্তা হাপচিনখিবনি থল্লী। মসিগী মরমদি

কৃষ্ণ-যজুর্বেদা সংহিতাগী মন্ত্রশিং বাজসনেয়ি সংহিতাগী মমাং শরুক্কী মন্ত্রশিংগা ৱান্না মাইয়ে। মতুং শরুক্তি মায়দে। মতৌ অসুম্না যজ্ঞগী মথল কয়াগী বিধিশিং অমসুং মখোয়গী মুংগী ওইবা (অধ্যাত্মিক) তত্ত্বগী বিবেচন তৌবদা ঋগ-বেদগী রচনা তৌখিবনি। মসিগী মরুওইবা বিষয়দি যজ্ঞ নি। মসিদা অদিক-অদিকপা ঋচাশিং অমসুং ৱারেং (গদ্য) গী পিক্ল-পিক্লবা ৱাকাশিং য়াওই। তৌইগুমসুং ৱারেং (গদ্য) শরুক অসিদা করি-করগুম্বদা সংগীত অমসুং কাব্যগী শরুক য়াওরকখি।

যজুর্বেদগী ঋচাশিং অয়াম্বা ঋগ-বেদদগী লৌবনি। মসিদা করিগুম্বা অহোংবা য়াওরিবশিংতুদি মখোয়গী যজ্ঞানুষ্ঠান পাংথোকপদা খুদোং চানবনি অদুম ওইনা ঋগ-বেদগী মন্ত্র পুম্না মপুংফানা য়াওবা য়জুর্বেদদা তাংনা থোকই। অয়াম্বনা ঋগ-বেদগী মন্ত্রশিংগী চরন থক্তুং ফংই, হায়রিবা অসি ঋগ-বেদগী মরী লৈনবা মফমদা মতুদগী লৌথোক্লগা হাপচিনবা মাল্লো। অদুগা মখোয়শিংতুবু যজ্ঞনচিংবা সংস্কারশিংগা চাননবা শেমখী। মসিগী যজ্ঞগা মরী লৈনবা মন্ত্রশিংতুদি — 'অগ্নেয় স্বাহা', 'ইন্দ্রায় স্বাহা' অমসুং বিঘ্ন, হিংসা নত্রগা সম্মোহন মন্ত্র; মতুদি — 'ওষধে জয়স্ব' নচিংবা পিক্ল-পিক্লবা ৱাক্যশিংদা শেম্মী। য়জুর্বেদদা ঋগ বেদগী মতৌগুম লাইশিংবু কৌরগা য়াম্না চাওনা শাংনা স্তুতিনচিংবা তৌই। মসিদা উ অনি তক্কুরগা থোকহনবা মৈ (অরনি) গী বিধিসু তাকই। অরনিগী ৱা অনিবু অগ্নি (মৈ) বু মচা অমসুং ৱা অনিবুনা মমা মপা শক্লনা কৌই অমসুং

মসিদা শুক্লরুবা অমদি উর্বশী অনিগী পুৎশিনবগী বর্ণনসু তৌবা থেংনৈ। করি-করিগুম্বদা অথর্ববেদগা মান্নবা বিঘ্নকারিশিংগী অভিশাপনচিংবগী বর্ণনসু থেংনৈ। লোয়নবা য়াম্না শেংবা পাওখোং খরসু ফংই। করিবু ওইরবসু, মসিদা চিংননিংঙাই ওইদে মচুদি য়জুর্বেদগী সংস্কার অমসুং যজ্ঞগী পান্দমদি লাইশিংগী শেংবা পূজা তৌবা নত্তে, তৌইগুমসুং হায়রিবা লাইশিংবু প্রাভাব পীরগা য়জমানশিংগী অনিংবা থুংননবা য়াহনবনি। লাইশিংবু হয়াগুনবগী-দমক মখোয়গী মমিং তোঙান তোঙাম্না কৌরগনী। অতুম্না মমিং য়াম্না থোনবসিনা তুংদা বিষ্ণু-সহস্র নাম, নচিংবগী রচনা তৌখীবনি। তৈত্তরীয় অমসুং বাজসনেয়ি সহিংতাদা অসিগুম্বা মফম কয়া য়াওরি, মচুদা লাইশিংগী মমিং কয়া থোনবা থেংনৈ। বাজ-সনেয়ি সংহিতাগী কুনতরুকশুবা অধ্যায়দা শতরুদ্রীয় হায়বদি রুদ্রগী মমিং চামা কৌবা প্রার্থনা তৌই।

য়জুর্বেদগী প্রার্থনা মন্ত্র পুম্নমক য়াম্না মতিক মগুণ লৈবা ঙাক্তনি। মখোয়শিংগী মরক্তা 'ওঁ ভূর্ভুব স্বঃ' নচিংবা মন্ত্র য়াম্না চংলি, হায়রিবা মন্ত্র অসি ব্রাহ্মণ গ্রন্থ, উপনিষদশিং অমসুং তৌজিকী হিন্দী লাইরিকশিং অমদি অন্য সাহিত্যদা মহত্ব চাওনা শক্লি। মন্ত্রসিগী অর্থ পৃথিবী, অন্তরিক্ষ, অমসুং দ্যুলোক নি। হায়রিবা মন্ত্রশিংদগী ভারতীয় তন্ত্র সাহিত্য পোকখিবনি, তন্ত্র সাহিত্যসা ওঁ হ্রীং হ্রুং নচিংবা ময়েকশিংগী প্রার্থনা তৌনৈ। 'ওঁ' মন্ত্র শব্দনা শ্রীগনেশ য়জুর্বেদদগী হৌখীবনি। অসিগুম্বা মওংগী য়াহৈ অমগী মন্ত্র মতুংদা লাকপা সমুদায়শিংনা অথুপ্পা

অর্থ অমদা শিজিন্নরকই। 'ওঁ' শব্দগী ঙাহনখোক ওইরিবা 'প্রণব' হায়বা মতুং য়াম্না কোম্না শিজিন্নরকখী। হায়রিবা 'ওঁ' শব্দ অসি উপনিষদশিংদা 'ব্রহ্ম' গী অর্থ ওইনা লৌনরকখী। য়জুর্বেদগী নির্মান (শেমখিবা) অসি মরুওইনা ধর্মগী মিৎয়েংদা হন্নগা তৌখীবনি। তৌইগুমন্নুং মসিদসু অনাংবা থাক্কী সহিত্য য়াওরি। বেদ অসি তুংদা হুখীবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং অমসুং উপনিষদশিংগী হৌরকফম্নী।

মথক্তা পীজখিবা বিবরন শিংদগী খঙবা ঙম্মে মতুদি য়জ্ঞশিংদা অধবর্যুনা শান্তি ওইনা হৌবা ঋচাশিং পাঠ তৌদুনা যজ্ঞ-বিধি পাংথোক্লিবা অসি য়জুর্বেদদা লোয়না য়াওরি। হায়রিবা রিচা খুদিংমকপু 'য়জুংযি' কৌই। মথোয়শিংসিদা সুপ্পা যজ্ঞগী মরমদা তাকপদা নত্তনা, নিয়ম অমসুং উপনিয়ম্মচিংবা চংবা য়াবা পোৎচংশিং অমদি বাদ-বিবাদ কী বর্ননসু তৌরী। মতৌ অসুম্না যজ্ঞদা চংবা পোৎচংশিং পুম্নমক্কী সংগ্রহ তৌই। য়জুর্বেদগী মরুওইবা পাওতাক্তি পুরোহিতশিংবু শিক্ষা পীবনি। মসিগী অয়াম্বা শরুক অমসুং য়াম্না মরুওইবা শরুকশিংদা হায়রেংগী ওই ১ (গদ্যাত্মক) সিদ্ধান্ত অমসুং প্রার্থনাগী মওংদা য়াওই। মখোয়শিংতুদি অগ্নি, প্রাকাশ, ষণ, কোল লিক, শা হাৎপা, পৃথিবীনচিংবগী যজ্ঞগী মন্ত্র য়াওরি। মতৌ অসুম্না ধর্মগী ইতিহাস খঙনিংবশিংগী দমক য়জুর্বেদ য়াম্না মরুওইবা অমনি। মসিমনি চুম্নবনি মতুদি মসিগী শরুক খরদি য়াম্না লুমনবা অমসুং ময়েক কয়া শেংদে, অতুবু য়জুর্বেদ খঙদনা ঐখোয়না ব্রাহ্মণ অমসুং উপনিষদশিং

থগুবা থক ওইখোক্লোই।

য়াহং ৫ — অথর্ববেদগী রচনা-কাল: বর্ণ্য বিষয় অমসুং রচনাগী মখল-মমাওগী শন্দোক্না ব্যাখ্যা তৌ।

পাওখুম : ভারতীয় জনশ্রুতিশিংদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমে, মতুংদি অথর্ববেদকী অহানবগী বেদশিং মসুংদা চংলমদে। 'বেদত্রয়ী' গী মিংদা মীনাংদা খঙনরবগী মখোয় অহুমদি ঋগ-যজু অমসুং সাম বেদনি ঋগযজুসাম লক্ষনম অমসুং আন্বীক্ষিকী দণ্ডনীতিশ্চ তাস্মত।" মচিংবা য়াহৈনা ফোংদোকপসিনা 'বেদত্রয়ী' গী মসুংদা অথর্ববেদ য়াওরমদে। অথর্ববেদবু বেদ অহুমগী মসুং চন্দবগী মরমদি অসিনি মসিগী মরুওইবা বিষয় — মারন মোহন অমসুং অভিশাপনচিংবা অসি ফত্তবা অমদি তুকংচনবা অমা ওইবনা কাননবনি থম্মবননি। মসিগী বৌদ্ধ অমসুং জৈনীশিংনা মসিবু তুকংচনা য়েংদে, তৌইগুমসুং স্মৃতিশিংদদি অথর্ববেদগী পাওতাক চংপশিংবু ফত্তী পীনরম্মী। মরম অসিদগী মতুং মতম শাংনা হিন্দুশিংনা বেদ অসিবু তুকংচনা য়েংলম্মী অমসুং ওসিসু বেদ অসিবু অতোপ্পা বেদ অহুমদা থম্না মিংয়েং অমু থম্মজি। অশেংবা রাজি মসিনি মতুংদি বেদগী মরুওইবা পাওতাক মতম চুমদা সদাচরন ওইবননি। ইতিহাস, পুরাণনচিংবগীসু ধর্ম অমসুং সমাজদা অফবা লমচং-শাজং শেংদোক্নবা পাওতাক য়াওরনা, ওসি ফাওবা মখোয়বু শ্রদ্ধা নৈনৈ অমসুং পাম্মে। তৌইগুমসুং অথর্ববেদগী মারন অমসুং সম্মোহনচিংবা মন্ত্রশী মখোয়দা থোয়দোক্না শ্রদ্ধা নৈনরমদে। হায়রিবা ওসি গৃহ্যসূত্রগী রাজী

মচা অমদগী লোইনা খঙবা ঙমে।

রাগী মচা অসিদা পোকপদা শ্লাইরবা অঙাংশু বেদ অহুমগী অমসুং বীরগাথা তাবগী বর্ণন তৌবা থেংনৈ, তৌইগুমসুং অথর্ববেদগী ক্রিয়াশিংগী মিংনা য়াওই। অহুম ওইনমক কৃষ্ণ-যজুর্বেদ ব্রাহ্মণ অমসুং উপনিষদশিং "সামাপি ক্লমষ জোআনি অথর্বাঙ্গিরসো সুষম" হায়রগা অথর্ববেদগী বেদ অহুমগা মান্না ইরম্মী। মরম অসিনা মসিবু বেদ অহুমদগী অমৌবনি হায়বসি অচুম্বা ওইরোই অমসুং মসিদা চিংনবা লৈতেমছুদি অথর্ববেদগী মন্ত্র কয়ামুক্তি মোহন নত্রগ। মারনগী মন্ত্রশিং ঋগ বেদগী যজ্ঞগী মন্ত্রগী মতমগা মান্নবা য়াওই। অহুম ওইনমক মসিগী অর্থ অথর্ব-বেদ ঋগ-বেদদগী অনৌবা নত্তে হায়বা য়ারোই। অথর্ববেদগী অবোইবা মন্ত্র ঋগ-বেদগী অবোইবা মন্ত্রগা রেংনবদা নৌই অমসুং মসিগী মন্ত্র খরদি চহি চা কয়া খেন্নবা উই। অচুম্বদি মসিনি মছুদি ঋগ-বেদগী মতৌগুম অথর্ববেদগীসু অয়েম্বা তিথিনচিংবা ওইথোক্তে। বেদ অনিসিগী রচনা কাল চহি চা কয়া খেন্নবা উই। হিরম অসিদা ওল্ডেনবর্গকী মত মতুং ইন্না অথর্ববেদগী মারন, মোহন মন্ত্রশিং অহানবদা রারেং (গদ্য) ওইনা লৈবম্মী অমসুং হায়রিবা পুম্নমক্কি ঋগ বেদগী যজ্ঞ মন্ত্রশিংগী মরমদা হৌবনি। তৌইগুমসুং রাগী অসি অচুম্বা ওইনা উদে, মরমদি অনিসিগী অরোইবা শরুক য়াম্না খেন্নে। হিংচাবাশিংগী অকি-অকিবা রাগীশিং অমসুং সম্মোহন, মখল কয়াগী অশাম্বা থুংহন-বনচিংবগী বর্ণন ঋগ বেদগী 'যজ্ঞ সম্বন্ধী' প্রার্থনা মন্ত্রশিংদগী

মায়দে। তৌগুমন্নুং মসিমদি ওইরম্বা য়াই মহুদি অথর্ববেদগী মন্ত্র খরদি ঋগ-বেদগী মন্ত্রগা মতম মান্নবা নত্রগা মসিগী মমাংগী ওইরম্লু য়াই। নত্রগা মসি তুংদা খোমজিনবা ওইরম্লু য়াই। অদুম ওইনা অথর্ববেদ পুম্বদি ঋগ বেদগীদি অরোবা নত্তে, ক্রমশংরদি অনৌবনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা বেদ অহুমগী মন্নুং চনবা য়ানরগীদমক যজুর্গী মন্ত্র খরা, খরনা সূত্র অমন্নুং খরনা যজুর্বেদগী ব্রাহ্মণগী মওংদা অধ্যায় খরা য়াওহন্দুনা শেমখিবনি। মতুংদা বেদ চতুষ্টয়ী হায়না খণ্ডনরকখী।

অথর্ববেদগী অর্থদি — অথর্ববেদগী বেদ হায়বদি জাদু মন্ত্রগী বেদ হায়বনি অহুমদি ওইবদা অথর্বনগী চপ চাবা অর্থ 'অগ্নি পুরোহিত' (Fire Priest) হায়কী মীশিং অমুম্না অগ্নি পূজা তৌরম্মী। অহানবদা অথর্ববেদ অসিবু 'অথর্বাঙ্গিরস' হায়বদি অথর্বত্ত নত্রগা অংগিরসকী মিংদা কৌরম্মী। অংগিরস হিবিস্থ অরিবা অগ্নি পুরোহিত অমনি। হায়রিবা বাহৈ অনি অসি মথল অনিগী জাদুগী অর্থ ওইনা শীজিন্নৈ। 'অথর্বন' শব্দগী অর্থদি অশেংবা জাদু অদুগা মীশিংবু হুণ্ডাইবা পীবা হায়বনি, 'অংগিরস' গী অর্থনা শেংদবা জাদু হায়বদি অরাবা পীবা হায়বনি। অথর্বন বেদ অসিদা মীশিংগী অনা-অয়েক কোকহনবা ক্রিয়া করা চংনরম্মী। মতৌ অমুম্না অংগিরস হায়রিবা অসিদা য়েক্কবা অমসুং অতোপ্পা মীদা শীনবা নত্রগা শাপনচিংবা শিজন্নরম্মী। মতৌ অমুম্না 'অথর্ব-অঙ্গিরস' শব্দদা মথল অনিমক য়াওরম্মী। তুংদা হায়রিবা অসিবু অথর্ববেদ হায়না কৌনখী। বেদ অসিদা

সুক্ত ৭৩১ খক লৈ, সূক্তশিংসিদা মন্ত্র ৬০০০ থকল্লি। মসিদা কাণ্ড ২০,৩৪ প্রপাঠক অমসুং ১১১ অনুবাক লৈ। মসিগী শরুক ৬ ভি ব্রা:রং (গদ্য) দা ইরম্মী মসি শাখা ৯ থোক্লা খায়দোকই; তৌইগুমসুং হৌজিক্তি শাখা অনিখক্তং ফংই, মখুদি পিপ্পলাদ অমসুং শৌনক শাখা হায়না খঙনৈ। পিপ্পলাদ শাখাগী মখুংদা প্রশ্নোপনিষদ নত্তনা অতোপ্পা লাইরিক অমত্তা ফংদে। অদুবু শৌনক শাখাগী সংহিতাদা, গোপথ ব্রাহ্মণ, মুণ্ডক উপনিষদ অমসুং বৈতান সূত্র, কৌশিক গৃহ্য সূত্র ফংই। অথর্ববেদগী শৌনক শাখা খক হেন্না মসিং চংলি। বেদ অসিগী চাওরক্পা ১/৭ শরুক ঋগ-বেদদগী লৌবনি। মসিগী ছন্দগী মথং-মনাওসু ঋগ-বেদগা চপ মান্নে তৌইগুমসুং ভাষাদি খান্নেশেংনা তুংদা ইবা মাল্লী। মসিদা সাধরন মীনা শিঙিমবা লোন য়াম্না থেংনৈ। মসিদসু নত্তনা, মসিদা ঋগ-বেদগী মতুংগী ভুগোলিকসু বর্নন তৌবা উই। মসিদা কৈগী মাসু য়াওরি অমসুং বর্ন মরি লোয়ননা পৃথিবীদা ব্রাহ্মণশিংনা পুরোহিত ওইবা অমদি মথোয়গী মঙন শিংথাবা থেংনৈ। ব্রাহ্মণশিংবু পৃথিবীগী লাইনি হায়। তশেংনা বেদ অসি ব্রাহ্মণশিংনা থোমজিন্দনা লেংবা ওইরম্বা য়াই।

বেদ অসিগী ইগদবা বিষয় ঋগ-বেদদগী পুমতো-তোংবা লৈ। ঋগ-বেদদা লাইশিং থুরুম্বা, সংস্কার অমসুং যজ্ঞ মন্ত্রশিংনা মপুং ওই, অদুগা অথর্ববেদদি মীয়াম্বা থাজনবা, জাদু-টোনা নচিংবা মরুওই। বেদ অসিদা মশিংনাইদনা লাইশিং ভুত, প্রেত, পিশাচ, হিংচাবা অসিনচিংবা অমসুং ইন্দ্রজালগী বিশ্বাস তৌমবা

উই। ধর্ম্মগী হৌরকপগী মওং খঙনবগীদমক অথর্ববেদ তমদবা য়াদবা অমনি। মসিগী বর্ন্য বিষয়শিংগী প্রভাব জাতি খুদিংদা উবা ফংই। মসি মীয়ামদা তাশ্লিবা প্রাভাব অসি তশেংনা বেদ অসিদগী ওইখিবা নত্রবসু অহুবু অহানবগী মতমগী প্রজাশিংদা অসিগুম্বা হিচাবদা থাজবনা য়াহম্মী। করিগুম্বা ঋগ বেদগী মিৎয়েং ধর্ম্ম অমসুং পারমার্থিক ওইরবদি অথর্ববেদ তশেংনা অচম্বা মীওইশিংগী অমদি সংসারিকনি। মসিগী 'ভেষজ সূক্ত' কৌবদা অনাবা অমসুং লাইশিংবু কৌবনচিংবা থেংনৈ। চায়বিবা সূক্তশিংদা হিংচাবশিংগী বর্নন তৌবসু থেংনৈ, মরমদি হিংচাবশিং অসিনা অনা-অয়েক থোকহনবনি থাজনৈ। মতম তহুদা প্রজাশিংনা ভুত পিশাচ চংবা হায়বসি যাগা তোয়না থোকপা রাকম্নি। মশিংদা মসিগুম্বা থাজবা য়াম্না লৈবম্মী। মরম অসিনা মসি কোকহম্নবগীদমক মন্ত্র শেম্বা অহুম ভেষজ সূক্ত শিংদা য়াওই। মমাংঙৈগী নাপী-শিংবীগী (জড়ী বুটী) মরমদা ইবা থেংনৈ। ঈশিংনা লাইনা কোকহম্নবা হিদাকশিংদা অথোইবা ওইনা লৌরম্মী। মৈস্থ হিংচাবা অমদি ভুত পিশাচ অমসুং অনাবা কোক্লবা অমনি লৈবনম্মী। হায়বিবা অসিগা মবী লৈননা সম্মোহন মন্ত্র অমসুং সংস্কাবনচিবগী বর্নন তৌরি। হায়রিবা অসিনা মরম ওইহুনা কৌশিকী সূত্রশিং শেমখিবনি। মসিদা লাইনা মথলশিং অমসুং লায়য়েংনবা পাম্বৈ অমদি হৌরকপগী মবম নৈনবা য়াওই। লাইনাশিংদা অরুম লাইহৌনা থাজদগী অচৌবা লাইনানি। মবমদি লাইহৌগী অরাবা অয়াম্বা মীশিংনা

খঙনৈ। "ভুকস্মন" হায়বদি লাইহৌ নত্রগা নিংথৌ খঙনবা রাহৈ অসিবু শীশাচ অমগুম লৌনকস্সী। মন্ত্র থরদি রোগে (অনাবা) অসি অভোম্বগী মীনা খাজিনবনচিংবা তৌরম্মী খুদম ওইনা :- লোক্কী লায়না অহিবু মীতুদগী লৌথোক্লগা অভোম্বা গী অমগা খাজিনবনচিংবগী বর্নন থেংনৈ। অতোপ্পা অমনা 'আয়ুষ্য সুত্র' দা হকচাংশনা শমুবা অমসুং পুন্সী হুংশাংনা লৈনবা প্রার্থনা তৌই। য়ুমগী উংসব. কুম্মৈ, লু-কোকপা, লুপুন থাংবগী মতমনচিংবা লেপ্পা অসি মন্ত্রশিংনা পাংথোক্কন্সী। পুন্সি হুংশাংনা লৈনবগী 'শরদ: শতম' অসিনচিংবা মন্ত্র কয়া ইবা থেংনৈ। ওরাতরেংগুব অধ্যায়দা মন্ত্র অমসু অসু্‌া শোনবসু থেংনৈ। লোয়ননা করিগুম্বা হকচাং থাকথোক্লবা (রক্ষাকবচ) গী বর্নন তৌবসু থেংনৈ। অহুমগুবা পৌষ্টিক সুত্রশিংদা মঙ্গল কামনাগী অমসুং ফজরবা রাঙাং থেংনৈ। মসিদা চেকপল লাংথোং, তুকানদার, পুরোহিতনচিংবশিংগী দমক কাম্নবা গী। হায়রিবা হুক্তশিংদা 'ঋষভারোন, ভমস্তুং লৌউ-শিংউগী মন্ত্র য়াওই। মরিগুবা 'মৃগার সুক্তাদা' অনা-অয়েক ফনবা লাইশিংগী পার্থনা অমদি প্রায়শ্চিত্তনচিংবা মন্ত্র য়াওরি। মসিদসু নুপা মাম্নবা খুম্নাই অমসু ১রূপ মপাং ওইবগী ভাবনা হেঁদোক্লবা সুক্তসু থেংনৈ মতুঙ্গি :- 'দমপতি সুক্ত' অমসুং 'কৌশিক সুক্ত' দা অহানবদা মতৈ মনাও অমত্তা ওইনা থম্নবা বর্নন তৌবা থেংনৈ। মতৌ অসিগুম্না কৌশিক সুক্তদা মখল কয়াগী প্রেম-বিবাহ অমসুং বশিকরনগা ঃরিলং.বা উপচার থিংনিনচিংবা বর্নন তৌই। মসিদা নত্তনা

'অভিচার সূক্ত, প্রত্যাভিচার, সূক্ত,' রাজকর্ম সূক্ত, ব্রহ্মণ পূজা মন্ত্র, যজ্ঞ মন্ত্র, শিবগী সংস্কার (অন্ত্যেষ্টি), পিতৃ পূজা দার্শনিক বিচার খরসু অথর্বেদ তৌবা ফংগনি। বেদ অসিদা জাদু-টোনাগী ফজ-ফজরবা গীত খন্না য়াওই, মসিনা ফজরবা গীত কাব্য ওইবগী ময়েক লাববা খুদম নি লোয়নবা গীতশিং অসিদা রীতি কয়া য়াওরি। মতুনা হৌজিকসু অরাং অমেরিকাগী লৈবাকশিং, অফ্রিকাগী হবশিসিং, মলায়া অমসুং মঙ্গোল লৈবাকী মীশিং, প্রাচীন য়ূনানিশিং, রোমন অমসুং হৌজিক্কী ইয়ুরোপকী লোমীশিংনা শিজিন্নরী। মখোয়শিংদা খরদি নোংচুপকী ঈশৈ (বর্ষা গীত) সু য়াওই।

মতৌ অসুম্না অথর্ববেদগী খ্বাইদগী মরুওইবিবদি মসিনা বৈদিক আর্য জাতিগী মমাংগী থাজনরম্বা পুরোহিতকী ধর্ম কথাদা চংনরম্বা অসিনি। লোয়নবা আত্মা, ভূত, প্রেত, হিংচাবানচিংবগী মরমদা থাজনরম্বা অসিগীসু জ্ঞান ফংই অমসুং জাদু-টোনা নচিংবগী জ্ঞান ফংই, হায়রবদি মতম অদুগী অয়াম্বা প্রজাশিংগী চংনবী অমা ওইরম্বগী রা ফংই। মরম অসিনা মতম অদুগী ধর্ম চেনবা প্রজাশিংগী বিশ্বাস কী ইতিহাস থণ্ডনবা অথর্ববেদ তম্বগী তঙাইফদবা ওইহল্লি।

রাহং ৬ঃ ঋগ-বেদ সংহিতাদা য়াওদ্রবা আখ্যান-সাহিত্যগী স্বরূপ অমসুং প্রায়োজনগী সমীক্ষা অমসুং সমালোচনা তৌ।

পাওখুম ঃ ঋগ বেদ বিশ্বগী সাহিত্য পুম্নমক্কী খ্বাইদগী

লীরবা অমদি কাব্যবা অমনি। মসিদা খুঙ্গংগী হেক্না লাইগী প্রার্থনা য়াওই মসিনা অয়াংবা সাহিত্য কাব্য কাময়গী। ঋগ বেদগী লাইগী প্রার্থনা রুপী সাহিত্য য়াম্না য়াংবা সাহিত্যনি। মসিদা মন্ত্রনা অনিশুবা মথংগী সাহিত্যগী দর্শনসু কংই, মন্ত্রগী মচুংদা যজ্ঞ অমসুং প্রার্থনা মন্ত্রনচিংবগা সরুক অমসুং দর্শনগী ওইবা বিচার মন্ত্রসু য়াওই। অনিশুবা মথং অসিদা আখ্যান সাহিত্যসু কংই। ঋগ বেদগী অসিগুম্বা সাহিত্যদগী মচুং নাটক, বীরগাথা কাব্য, ইতিহাস অমসুং পুরানচিংবা অতোপ্পা সাহিত্য মথংগী সৃষ্টি ওইরকখি। হায়রিবা আখ্যান সাহিত্য পুম্বা অয়াম্বনা কথোপকথন (Dialogue) গী মওংদা কংই। অদুমক্কি ওইরগা ঋগ বেদগী মন্ত্র পুম্নমক ছন্দদা ইবনি।

হিরম অসিদা ওল্ডনবর্গকী মত মতুংইন্না সমপূর্ন ভারতীয় বীর-গাথা কাব্যগী অরিবা সাহিত্যদা গদ্য পদ্য (য়ারেং-শৈরেং) খক্তনি। কথোপকথন পদ্যদা ইরম্মী অদুগা থোদোকশিংনা গদ্য য়ারেং ওইনা ইরম্মী। তৌইগুমসুং মতমগী খোঙচৎতা চীনবা ওইনা তৌবদগী ছন্দদা ইবা কথোপকথন খক্তং মৌখিক ওইনা চৎনহনা লৈবনা মসিগী গদ্য ভাগ পুম্মাং মাংখি। মতুংদা ইবা সাহিত্যদা, ব্রাহ্মণ গ্রন্থ অমসুং বীরগাথা কাব্যদগী কথনোপথন গদ্য হাপচিল্লুনা মপুং কাহনখীবা ওইরমগনি। ওল্ডনবর্গনা মাগী সিদ্ধান্তগী কীরেপ্তা আইরিশ অমসুং স্কেনডেনেবিয়াগী কাব্যশিংদগী খুদম পীরম্মী অদুগা ভারতীয় ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং, উপনিষদশিং, বীরগাথা কাব্যশিং, বৌদ্ধ সাহিত্য, কথা-সাহিত্য, নাটক অমসুং চম্পুনচিংবা গদ্য-পদ্যগী মতং

পুম্নমকপু প্রমান ওইরগা শ্বগ-বেদকুসু মসিগী থাইদগী অমীবা মওং হায়বদি গদ্য-পদ্যগী মওংদা থম্নবা হোৎন্নগনি। মহাক্কী সিদ্ধান্ত অসিগী মতুং মতম শাংনা চৎনবগী। তৌইগুমদ্রুং মতম থবা লৈবগা মহাক্কী সিদ্ধান্ত পুম্নমক্না যান্নবা ওইরকখিদে অমসুং মহাক্না হাযবা পদ্য বিকাস শ্বগ বেদনি হাযনন্না য়ানবকখিদে।

মৈক্কসমুলব অমসুং লেহৌনা শ্বগ বেদগী ছন্দদা ইবা 'কথনোপকথন আখ্যান সাহিত্য' অসিবু নাটক সাহিত্যগী হৌরককম্নি হায। হন্নটেলনচিংবা বিদ্বানশিংনা মসিকাওবা ইবগী মতুদি রাবি শনানবগী মওং (সংবাদ) মতম অচুগী ধার্মিক শক্তম উৎমনবগীদমক ইখিবনি হায়বগী। মসিদ নাটকী ওইবা থৌওং অমুক হাপচিন্নবদি মসি নাটক হাযবত্তু মপুং ফানা ওইবে। বিন্টবলিটজ না হাযবগী মতুংইন্নদি শ্বগ বেদগী ছন্দদা ইবা কথনোপ-কথন সুপ্না নাটকশিংদদা নত্তে, মসি বীবগাথা কাব্যশিংগী হৌবকফম্নি মবমদি, মসিগী শৈলী অনিগী খুদম যাওই অতুগা ওন্ডনবগ না হান্নবা মতুং ইন্না হাযখিবা সংবাদ কেবল ছন্দ থক্তদা নত্তে. তৌইগুমসুং মসিগা লোয়ন। মসিগী ভুমিকা নত্রগা ব্রাহৌদোক অমসুং কথানবসু গদ্য শোযদনা ওইরমগনি, মসি চীনফা (মৌখিক) ওইনা চৎনবদগী মাংখিবা ওইবমগনি হায, মতৌ অসুম্না হাযখিবা আখ্যান অসিমক নাটক অমসুং বীব কাব্য-অন্নিগী হৌরকফম ওইগনি। মসিদসু নত্তন হাযখিবা আখ্যানশিংগী পান্দম ভাবত কী প্রাচীন সংস্কৃতি, সংস্কার, ধর্ম, ইতিহাস, সামাজিক জীবন, নীতি নিয়মনচিংবগী প্রচার তৌনবগীদমক্তনি হায়বসি তুংদা ইবা

আখ্যানশিংদগী খণ্ডবা ওম্মী।

ঋগ-বেদকী তরাশুবা মণ্ডলগী ৯৫শুবা মন্ত্রদা পুরূরবা অমসুং উর্বশী অপসরাগী য়ারী শানবা য়াওই মসি অথাওবা আখ্যান অমনি। মসিদা রিচা ১৮ খক য়াওই। উর্বশী অপসরা চহি মরী চুপ্পা পুরূরবাগা লৈমিন্নরবা তুংদা শাপকী কারনদগী মাং-খিরম্মী। কন্না থীরবা তুংদা মহাক্কী সখিশিংগা লোয়ননা পুম্নী অমদা লৈরম্মী, মতুংদা পুরূরবানা অমুক হন্না চংননবা হায়রম্মী। অদুবু উর্বশীনা মহাক্কী মতম লোয়খরে হায়বা খোংদোক্লম্মী অদুগা চংখিরম্মী। হায়রিবা সংবাদ অসি তুংগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদসু য়াওই, অদুবু মসিদা খন্না চাওথোকহন্দুনা অসুম্না ইরম্মী হায়বদি উর্বশীনা পুরূরবাগী যুপী ওইখ্রিবা মন্নাংদা য়াহং অহুমথক হংলম্মী. য়াহং অহুমগী মথুংদা য়াহং অসিমসু য়াওই মতুংদি উর্বশীনা করিগুম্বদসু পুরূরবাবু মফি য়াওদনা উবা য়াদবা। করিগুম্বা মফি য়াওদবা উরবদি উর্বশী হনখীবা হায়না শর্ত থম্মী। অসোং-মদনা গনধর্বশিং উর্বশীবু অমুক হল্লকপা পাম্মী। মখোয়না উর্বশী শঙ্গোলদা পুনবা অমসুং মচাগুম্না মুংশিনা য়োকচবা য়াওগী মচা অনি চরান্দুনা পুরম্মী। মখোয়বু উদবদা উর্বশীনা নিংথো পুরূরবাদা হাংম্মী। অসুম্না হায়বতুংদা খণ্ডহৌ হৌগংলম্মী মতম অতুংদা গনধর্বশিংনা মৈশান ভালহনবদা নিংথোগী মশাদা কী য়াওদনা হৌগংলকপা উরম্মী। মতুংনা উর্বশী নিংথো থাদোক্লগা চংখিরম্মী। পাং অমগী মপান্দা অমুক উনবা মতমদা নিংথৌনা উর্বশীদা হায়জদুনা থেল্লম্মী অদুবু উর্বশীন. য়াদনা গনধর্ব লোক্তা. হনখী।

অয়োয়বদা সিংথৌ চৌখ্রন্নী ওন্থহনা শিবা পাজন্নী। মহুন্না উর্বশীনা হিংথোবু থানজিন্নুনা হায়রকই মহুদি মুপীগী প্রেম হায়বসি লোয়নবাইম্বা প্রেম নত্তে। অমুম্মা মখোয় অনিগী মতুংদা অমুক হন্না উমখিদ্রা নত্রগা উনখিদরবা হায়রবনচিংবা ঋগ বেদ, শতপথ ব্রাহ্মণ চিংবা লাইরিকশিংদা অমত্তা থেংনখিদ্রে। অদুবু মতুং রাম্না কায়নখংদা হায়রিবা ৱারী অসি কাঠক সংহিতা. হরিবংশ পুরান. কথাসরিত সাগর. কালিদাস কৃত বিক্রমোর্বশী নাটক নচিংবদা অমুক থাওয়রকখি।

ঋগ-বেদগী তরাশুবা মণ্ডলগী তরাশুবা মন্ত্রদা য়ম-য়মীগী সংবাদ (ৱারী) য়াম্না মজবা অমা উবা ফংই। অদুবু ৱারী অসিসু মপুং ফাদে। য়মীনা মহাক্কী মবুং য়মদা মাগা লুহোংনবা হায়রম্মী, অদুবু য়মনা লাইশিংগী নিয়ম থুগাইহনা মাবু লৌবা য়ারম্মদে। তশেংনা অসিগুম্বা নাটকী ওইবা মওংদা ইবা ৱারী যাম্না কৈ অমতুং পুক্রিংহনিঙাই ওই। মসিদা কাব্য কলাগী অরাংবা নিয়ম য়াওই অদুবু মসিসু মপুং ফাদে। তুংদা ইবা লাইরিকশিংদসু মসিগী অমুক হন্না কোংনবা হোৎনখিদরে। অদুবু মসিনাময়েক লানা তাক্লে মহুদি মতম অদুদা আর্য জাতিগী সভ্যতাদা লাজং লীচংকী অৱাংবা থাক্তা য়োরে হায়বসি মহুদি মচন-মপুন্না লৌন-লৈনবা য়াদে থঙনরক্কে। ঋগ-বেদগী তরাশুবা মণ্ডলগী য়াঙ্খ-শুবা সূক্তদা অমসুং সূর্যাগী লুহোংবগী ৱারী য়াওই। সূক্ত অসি 'সূর্যাসূক্ত' হায়না থঙৈ। মসিদা ঋচা ৪৬ য়াওই অদুবু ঋচাশিং মখী লৈনদবগুম্ব তৌই। সোমাগা সূর্যাগা প্রজাপত্য রীতিদা

অশ্বিনী কুমার অনিবু লুহোংবী। ঋগ বেদকী ম্নারী মচাসিদা য়াওরীবা মন্ত্র পূম্নমক লুহোং-খোঙদোং চংনবীগী নারোল ওইনা তৌই। হায়রিবা মন্ত্র অসি গৃহ্য সূত্রশিংদা য়াওই অমসুং মন্ত্র অসিমক ঙসিসু লুহোংবনচিংবগী মতমদা বর-কন্যা অনিবা শোল্লুনা তাহল্লী। ম্নারী অসিদা য়াওরিবা মন্ত্রশিংদা মন্ত্র খরদি জাদু টোনাগা মরীসু লৈনৈ। হায়রিবা ম্নারীসিদা বিজান খরগী মত মতুংইন্না লুহোংবগী ম্নারী অসি বৈষ্ণবশিংবু নোরুবা ওইনা উৎখিবনি অহুবু মিনটরনিটজন। হায়রিবা অসি য়াখিদে। ম্নারী (সমবাদ) অসিদা মন্ত্র খরদি সম্মোহন বিদ্যা অমসুং অথর্বগীত য়াওরী।

ঋগ বেদকী তরাশুবা মণ্ডলগী ৪৬ শুবা সূক্তদা বৃষাকপি কৌবা আখ্যান অমা য়াওরী। অদুবু মসি ময়েক কয়া শেংদে। মঙাশুবা মণ্ডলগী সূক্ত কয়াযুক্তা শ্যাবাশ্ব কৌবা আখ্যান য়াওরী। শ্যাবাশ্ব রাজা রথবীতিগী মচানুপীগা লুংশিনৈ, অদুবু মহারানীনা কন্যাবু অতোপ্পা' অকাওবা কবি অমদা থাজবা পাম্নী। অরোইবদা শ্যাবাশ্ব মশামক অকাওবা কবি ওইরগা মচানুপীবু লৌখি। মসিগী ম্নারীসিদা শ্যাবাশ্বগী হায়দোরকপা রাৎে শিংদা কাব্যগী ফজরবা মওং য়াওই। অসিগুম্না পোলোমি কৌবা আখ্যান অমসু তরাশুবা মণ্ডলদা য়াওরী। হায়রীবা আখ্যানশিং অসিকসু নত্তনা ঋগ-বেদদা সম্বাদ মচা-মচা খরসু য়াওই মসিবু ঐখোয় অচোয়বা মপুং ফাদবা আখ্যান কৌবা য়াই। মসিগী বিবয়দি, সমাজগী চংনবী অমসুং ঈশ্বরগী লম্বী খীবা অসিনি। মখোয়শিংগী মরক্তা সোম প্রকরন অমসুং ঘৃত প্রকরন য়াম্না ফজৈ।

লোম প্রকরনদি তশেংনা ফাগী ওইব। কদ্বিতা মণ্ডলদি অহুগা মসিবু ঐখোয় খুন্দগী ঈশৈ অমনি লৌবা য়াই। মসি রিগ-বেদকী মাপমণ্ডবা মণ্ডলগী ১১২ শুবা সূক্তদা য়াওই। অতোপ্পা স্তুত প্রকরনগী মথুংদ জুরার শান্নবা অমগী ঈশৈনি। মসি পারগা থণ্ডবা ওন্নী মতুংদি জুরার শান্নবনা মতৌ করম্না হুম পানবা অমগী অমাংবা অমম্থুং কায়হনবা। রাশীশিংসিদা মশা মথন্তা শোন্নজবা অমগী মওংদা ইরী। মসি রিগ-বেদগী তরাণ্ডবা মণ্ডলগী ৩৪ শুবা সূক্তদা য়াওই। মসি য়াম্না হুংশিবা রারী মচানি মতুংদি জুরারী জুরার শান্নবা তোক্লগে হায়না কয়ারক রাশকই অহুবু জুরারগী হৈনবীদগী নাম্থোকপা ওমমদে। মহাক স্তুতীগী অরুক ওম্না জুরার সভাদা চক্লনা য়ুম্নীগুম্না জুরার শান্নবদা নেল্লম্মী। মশিগী নণ্ডনা মহাক্কা মহাকী স্থুপীবু জুরারদা থদোক্লগা মহাকী হুংশিন্নরবা স্থুপীবু অতোপ্পা স্থুপানা মমাংমক্তদা নণ্ডবা চংথবা মসি উরগা মহাক থাঙমদবা অরাবা ফাওরম্মী। মহাকী মনেমম্থু মহাকপু তুক্কনা য়েংলম্মী। শেনজাও পাইবনা মহাকপু লন শিংবা ওমদবদগী পুন্দুনা থম্লম্মী. অহুবু মহাক হৈনবীনা থাঙবা ,ওমমদে মরমদি "স্বভাকো দুরতিক্রম" অহুম্না হায়বা পিক্ল-পিক্লবা অচোয়বা রারী মাচশিং অমিনা মতম অহুগী সমাজগী লমচৎ-শাজৎ নীংথিনা থণ্ডবা ওন্মী।

অমিদা নণ্ডনা রিগ-বেদদা চাওরাক্লা মন্ত্র ৪০ হু, দানগী মহিমা শকপা য়াওরী। মসিবু ওন্তনবর্গনা মশি মীয়ামগী সেবা ওইনা লৌদে ওম্না ব্রহ্মনশিংগী মশাগী ওইজবা থীবনি হায়রম্মী।

মরমদি মসিদা সমাজ কল্যান ভাবনা য়াওবা উদে। ত্রৌই-গুমসুং বিনটর্নিটজ মহোদোয়নদি রিগ-বেদগী ১০২৮ সুক্তশিংদা সুপ্না হায়রিবা সুক্ত ৪০ খক্তবু ঐখোয়গী কয়িগুম্বা বর্গ খরগীতা ওইবনি হায়রমসি ওইথোকপা য়াগ্লোই। মসিগী স্তুতিশিংদা নত্তনা পাওয়ৌ-পাওখোঙগী মন্ত্রসু কংই। মখোয়গী অর্থ ঙসিকাওবদা খঙবা ঙমদ্রি। হায়রিবা পাংখোঙ অসি রিগ-বেদগী অহানবা মওসগী তরাতরুকশুবা মন্ত্র অমসুং তরাশুবা মণ্ডলগী তরানিপান-শুবা মন্ত্রদা য়াওই।

মথক্তা পীরীবা অসিদগী ঐখোয়না হায়বা ঙম্মে মহুদি রিগ বেদ-সমাজিক অমসুং আধ্যাত্মিক বিষয়গী কন্নবা কাব্য অমনি, ত্রৌইগুমসুং মসিগী অয়াম্বা শরুক কংখিগ্রে। লোয়মনা মসিগী য়ারী আখ্যান, সংবাদচিংবা মপুং ফাদে। মরম অসিনা খঙ্গল মহুদি যজ্ঞ অমসুং প্রার্থনাগী মন্ত্রশিং খক্তংবু চেকিলয়া খরমনি। অতে সাহিত্য লোয়না মাংগ্রে। অদুম ওইনা মখোয়গী চিংথহোবা শরুক খরা অথর্ববেদদা ফংই মরমদি লোন অমসুং শৈলী অনি অসি য়াম্না মাইয়ে। "অদুম ওইচুনহু রিগ বেদগী আখ্যান খরদি য়াম্না য়াংবা কাব্য মখলনি অমসুং মসিনা মতম অদুগী সমাজগী ফিভম অমদি রীতি খঙবা ঙম্মী।

অধ্যায়—২

# ব্রাহ্মণ-কাল

ৱাহং ঃ- ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী মরুওইবা সিদ্ধান্তশিংঅ হজনা টাকনুবা তাকউ অমসুং মতম করম্দা করম্না ব্রাহ্মণ লাই-রিকশিং ইখিবা অমদি মথোয়গী নৈনগদবা ফিরমশিংগী মরীক্ষা তৌ ?

পাউখুম ঃ- সংস্কৃত সাহিত্যদা মতমগী মথং-মথাওগী ক্রম মতুং-ইন্না সাহিত্য গ্রন্থগী মতুংদা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংনা মথং অনিশুবা ওইরম্মী। সাহিত্যগী ওইবা মহাও অশিংবা কজবা অমত্তা য়াও-দে। যজুর্বেদকী মতৌশুম মশিংদা ফজবা মহাও অমত্তা য়াওদে। তৌইশুমমসুং মশিংদা চিংনমিডাই ওইদবা বাকমদি তুংদা লাকপা ৱাংখী অমসুং অধ্যাত্মিক সাহিত্য থংনমবগী অমত্তা ডাইরবা লাইরিক্কি। ধর্ম বিজ্ঞান থংনবগীদমক্তি লাইরিক অসি নৈনদবা য়াদবা অমনি। ঈশ্বর প্রার্থনা অমসুং লাইশিংগী মরম থংহন-বদা যজুর্বেদকী কারণশুম যজ্ঞ অমসুং পুরোহিত সাহিত্যদা ব্রাহ্মণ গ্রন্থ য়াম্না চাওবা থোঁদাং লৌই।

'ব্রাহ্মণ' হায়বগী অর্থ যজ্ঞগী ক্রিয়া মওং মমা পাংথোক-পদা মতুগী আচার্যগী মত [illegible] টিকা-নচিংবনী ওই। ব্রাহ্মণ গ্রন্থগী অপুনবা ওইনা যজ্ঞ-বিজ্ঞানদা বিদ্বান পুরোহিতশিংনা

তৌরম্বা ব্যাখ্যা সংহিতা অদুবু খংনৈ। অদুবু মসিদা পৃথিবীনা খঙনরবা অমসুং মরাংকৈগী মিংচৎ ফংলবা অসিনচিংবগা মরী লৈনবনি অমসুং যজ্ঞগী কার্য্য য়াওনবা অতোপ্পা ৱারীশিংসু য়াওই। অদুবু মসিদা য়াওরীবা ৱারী পুন্নমক্তা যজ্ঞগী থৌরম য়াওই। যজ্ঞগী মত পীনবদা মখল কয়াগী মত-মতান্তর অমসুং মিংচৎ (খ্যাতি) পুখোকনৈ। ব্রাহ্মণ গ্রন্থগী মরুওইবা বিষয় যজ্ঞগী মখল মখা ক্রিয়াশিং অমসুং মখোয়গী বিধি তাকপনা ওই। 'হায়রিবা লাই-রিকশিংদা যজ্ঞ ক্রিয়াশিংগী য়াম্না অথুপ্পা অর্থসু মকম কয়াদা খেৎনৈ অমসুং মখোয়গী মন্ত্র অসি প্রার্থনা নত্রগা ধ্যানগী অর্থ ওইনসু শিজিন্নৈ। মকম কয়াদা বেদগী মখল কয়াগী মন্ত্রশিংবু দর্শনগী অর্থ ওইনা লৌবসু য়াওই। বৈদিক কালগী বিদ্বানশিংগী অমগা-অমগা খেন্নবা অসি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা করিগুম্বা কাঙবু অম্বু মখোয়না অয়াবা মত পী। অতোপ্পা অমদনা মায়োক্তা লৈ। অসিগুম্বা মত অয়া-য়াম্বগী ৱাফমশিংনা গ্রন্থ অসিগী মরুওইবা বিষয়নি। মকম কয়াদা অদুম্না ইরম্মী মতুদি যজ্ঞগী মকম অমসুং সুবিধাগা মরী লৈনবা যজ্ঞ-ক্রিয়াশিংগী রীতি নীতিদা খেন্নবশিংদা বিচার তৌবা খেৎনৈ। মসিদা করম-করম্বা যজ্ঞনা মপোক অসিদ। অমসুং তয়েংমোক্তী মপোক্তা করম করম্বা কান্নবা (সুবিধা) যজমানবু ফংই, হায়বনচিংবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থদা য়াওই মতৌ অদুম্বা ব্রাহ্মণ গ্রন্থ অসিগুম্বা মখলগা লাইরিক্কি মতুং যজ্ঞ-বিধান অমদুং মশিগা বলগী মপুং ফানা শিন্নপন তৌর। মসিদা দক্ষিণা পীবগী কান্নবা (ফল) গীসু ইরী।

ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী বিকাশ য়েংবদগী থঙবা ওন্মী মতুদি করি-গুম্বা মতম অমদা মসি ঐখোয়না ফংলিবা গ্রন্থশিংদা অতোপ্পা গ্রন্থশিংগী লৌরকখিবগী ৱা য়াওই হায়রিবা লাইরিকশিংদু উসিদি ফংখিদ্রে। অতুম ওইনা ঙসি ফংলিবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী মশিং হঙবা নত্তে। বৈদিক সংহিতা মরীমক মখোয়-মখোয়গী ব্রাহ্মণ লৈ অমমত্তং মখোয়গী রচনা শাখা কয়া ওইরকপগা লোয়ননা ব্রাহ্মণশিং ইরকখি। কৃষ্ণ যজুর্বেদগী সংহিতা খক্তগী মন্ত্রদা নত্তনা যজ্ঞগী ক্রিয়াশিং অর্থ অমসুং মখোয়গী শিজন্নবিবা অইবা মতশিং অমসুং ব্যাখ্যানচিংবসু য়াওই। যজুর্বেদ সংহিতাগী হায়রিবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা ব্রাহ্মণ গ্রন্থ হৌরকখিবগী রাবী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মে। কৃষ্ণ যজুর্বেদগী অসিগুম্বা মফমশিংদা যজ্ঞ ক্রিয়াগী বি-ধিশিং অমসুং মখোয়গী মরী লৈনবা কোংদোকপা অমদি মখোয়গী মরী সীধা বেদগা মরি লৈনবনি, মসি ব্রাহ্মণ গ্রন্থ-শিংগী হৌরকখিবগী কোংদোকই। মখোয় অহানবদা লাইরিক ওইনা অতুগী মতুংদা মখল কয়াগী শাখাশিং ওইরকখি। মরম অসিদগী হায়রিবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থগী মশিং য়াম্না হেনগৎলকখি। অতুগা মসিদা চিংননিঙাই রাফম ওইদে মতুদি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং অসি বৈদিক সাহিত্যগী অরোইবা তাঙকৈ। মতম অতুগী গ্রন্থ খরদি য়াম্না পাক শন্না ইবনা ব্রাহ্মণ হায়না খঙনরম্মী। মখোয়গী বিষয় য়েংলবদি অশেংবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থ নত্তে। বর্গ অসিগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থ কয়ামুক্তি সামবেদগা মরী লৈনৈ মসি বাগজাল নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে। অথর্ব বেদগী গোপথ ব্রাহ্মণসু অসিগুম্বা

মখলগী অমুখনি। গোপথ ব্রাহ্মণদি বৈদিক সাহিত্য পুরমক্তগী ইকোন কোনবা গ্রন্থনি। মুমা য়েংগুরবদি অথর্ববেদ মমাংদা করিগুম্বা ব্রাহ্মণ লাইরিক অমত্তা লৈরম্মে. তুং-লাইনথংদা বে কৌষণ ব্রাহ্মণ মাওদনা খাওবদা য়ারম্মী. মতম অমুদা গোপথ ব্রাহ্মণ ইখিবনি।

১) ঋগবেদগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থ ঃ- মথক্তা হায়খিবা মকওইবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং পারগা বিচার তৌবদি থওবা ওন্নী মখাদি ঋগ বেদগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থ অনি ফংই। ঋগ বেদগী অহানবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থ ঐতরেয় ব্রাহ্মণনি। মসিদা অধ্যায় ৪০ নি মসিবু পংচক ৮ থোক্না খায়দোকই। হায়রিবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থগী অইবা মহিদাস ঐতরেয়নি হায়নৈ। ওশেংবদি মহাক্ন মসিগী চেমজিনবা অমনি। মাসগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থদা সোম-যজ্ঞগী মরমদা য়াম্না পাক-শন্না বর্ণন তৌরি। মসিদগী মতুংদা অগ্নিহোত্র অমসুং রাজসূয় যজ্ঞগী বর্ণনসু য়াওই। মসিগী অধ্যায়দি বিধান থরগী 'মত মতুং'ইনা কোম্না মসিদা হাপচিনখিবনি। ঋগ-বেদগী অনিশুবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থ 'কৌশিতকি'নি। মসিবু 'সাংখ্যায়ন ব্রাহ্মণ' হায়রগসু খঙনৈ। মসিগী 'ঐতরীয় ব্রাহ্মণ'গা য়াম্না মরী লৈনৈ। মসিদা অধ্যায় ৩০ লৈ। মসিগী অহানবা অধ্যায় ৬ ফাওবা অন্ন যজ্ঞগী বর্ণন তৌই অতুগা ৩০ ফাওবদা 'ঐতরীয়-ব্রাহ্মণ'গা মান্নবগুম তৌই, হায়রিবসিদা সোম-যজ্ঞগী মরমদা মকওইনা নৈনবা উই। তৌই-শুমসুং ব্রাহ্মণ অনি 'ঐতরেয়'গী মতুংদা ইবা মাল্লী অমসুং কনা-গুম্বা মী অমনা ইবা মাল্লী।

(২) সাম-বেদগী ব্রাহ্মণ ঃ- সাম বেদগী ব্রাহ্মণ মরিথক কংই। মখোয়শিংগী মনুংদা অহানবা 'তান্ড্য মহাব্রাহ্মণ'নি মসিদা অধ্যায় ২৫ লৈ অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা মসিবু 'পঞ্চ বিংশ ব্রাহ্মণ' হায়নসু কৌই। ব্রাহ্মণ অসি খ্বায়দগী লী রবা ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা অমনি। মসিদা য়ারী থরদি য়াইদগী লীরবা য়ারীশিংনি। মসিগী অচৌবা মরুওইবা শরুক 'শুদ্ধি'গী মরী লৈনবনি। মসিদা 'ব্রাত্য স্তোম' কী ক্রিয়াশিংগী মরমদা হৈরী মসিগী মতুংইন্না ব্রাত্যোং (ভ্রষ্ট) শিংবু শেংদোকপগী অমসুং মখোয়বু আর্য নত্রগা ব্রাহ্মণ জাতিদা হিলহল্লি। অনিশুবনা "ষড বিংশ ব্রাহ্মণ" কৌই, মসি 'তাণ্ড্য ব্রাহ্মণগী পাকথাক চাওখোকহনবনি। 'ষড বিংশ ব্রাহ্মণ'গী অরোইবা শরুক 'অদ্ভুত' হায়না খঙনৈ, মসিদা ইন্দ্রজাল (ম্যাজিক) অমসুং অংকপ থোদোকশিংগী বর্নন তৌই। সামবেদগী মরিশুবা ব্রাহ্মণ 'জৈমনীয় ব্রাহ্মণ' অসি তাণ্ড্য ব্রাহ্মণদগী হেন্না অরীবা লাইরিক্নি। ব্রাহ্মণ অসি আখ্যান অমসুং ধর্ম্ম অনিমক্কী ইতিহাস খংননবগী য়াম্না মরুওইবা লাইরিক্নি। তৌইগুমসুং মসিগী মপুংফাদবা অমদি মরী লৈনদবা খুৎহৈ লাই-রিকী কাপীশিং। মসিনা সমপাদন তৌবদা ওইখোক্লে।

(৩) যজুর্বেদগী ব্রাহ্মণ ঃ- কৃষ্ণ যজুর্বেদগী 'তৈত্তিরীয়গী ব্রাহ্মণ' তশেংবদি তৈত্তিরীয় সংহিতাগী তুংদা হৈবা চাওখোকপা শরুক্নি; মরমদি কৃষ্ণ যজুর্বেদ সংহিতাদা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং য়াওহনবা অসি হৌরবনি। মথৌ অদুনা তৈত্তিরীয় ব্রাহ্মণ হায়রিবা তৈত্তিরীয় সংহিতাগী অরোইবা শরুক অমনি। ব্রাহ্মণ অসিদা 'পুরুষ মেধ'গী

বর্ণন তৌরি অহুগা মসি সংহিতাদা বর্ণন হৌবা থেংনে। মরম অসিনা মসি চুমবা র.কল্লি মহুনি ব্রাহ্মণ অসি য়াম্না মতুং কোম্না ইখিবনী। শুক্ল যজুর্বেদগী মরুওইবা অমদি মমিং লৈবা 'শত পথ ব্রাহ্মণ'নি. মসিদা অধ্যায় ১০০ লৈ। ব্রাহ্মণ অসি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদগী খ্বায়দগী মমিং চংপা অমসুং মগী অরুওইবা বিষয় কোংদোকপগীদমক মরুওইবনি। 'বাজসনেয়ি সংহিতা'গী মতোংদা 'শত পথ ব্রাহ্মণ' অসিদসু কাণ্ড অমসুং মাধ্যান্দিন কৌবা শাখা অনি লৈ। মাধ্যান্দিন শাখাগী মসুংদা য়াওবা ব্রাহ্মণ অসিগী অধ্যায় ১০০ কাণ্ড ১৪ থোক্না খায়দোকই। ব্রাহ্মণ অসিগী মতুংগী কাণ্ড ৯ বাজসনেয়ি সংহিতাগী অহানবা শরুক ১৮ গী মথং মনাও ভাষ্য য়াওই। লেমহৌবা কাণ্ড মঙা অরীবা লাইরিক্কি মথায়গী মসুংদা অমদগী মঙা ফাওবনা অমুক নক্রুবা ওইরমগনি। কাণ্ডশিং অসিদা যাজ্ঞবলক্যগী অইবশিংদা আচার্যগী কম ওইনা তৌই মহাক্কী মতনা চিংনবা অমসুং অমগা অমগা য়েনবদা মস্নাম্না য়ানবা ওই। কাণ্ড ১৪ গী মতুংদা মহাকপু 'শতপথ ব্রাহ্মণ'গী অইবা অমা ওইখি। অদুবু অগ্নি-চয়নগী বর্নন তৌবা কাণ্ড ৬ তগী ৯ কাওবদা যজ্ঞবলক্যগী করিগুম্বা মমিং-মথা অমত্তা থেংনদে। মফম অসিদা মহাক্কী মহুত্তা অতোপ্পা শাণ্ডিল্য কৌবা অমনা আচার্য ওইনা ইবা থেংনৈ। হায়রিবা শাণ্ডিল্য আচার্য তরাণুবা কাণ্ডদা রহস্যগী মচান চংপা (প্রবক্তা) ওইনা লৈই। কাণ্ড ১১ দগী ১৪ ফাওবা উপনয়ন (লুগুন খাংবা) স্বাধ্যায়

অমসুং সংস্কার (অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া)নচিংবা বিষয়শিংগী মরমদা ইরম্বী হায়রিবা অসি সাধারন গ্রন্থশিংগী বিষয় ওইনা লৌনরে। কাণ্ড ১৬ দা অশ্বমেধ, পুরুষমেধ, সর্বমেধনচিংবগী বর্ণন তৌরী। কাণ্ড ১৪ গুবদা সন্যাস (প্রবগ্য) লৌবগী ক্রিয়াগী মরমদা ইরী। ব্রাহ্মণ অসিগী অরোয়বা শরুক্তা 'বৃহদারণ্যক উপনিষদ' কৌবা য়াম্না লাইরবা অমসুং মশিং চংলবা উপনিষদনি হাওই।

অথর্ববেদগী ব্রাহ্মণ ঃ- অথর্ববেদগী সুপ্পা 'গোপথ ব্রাহ্মণ' অমখক্তং লৈ, মসিগী বর্ণন মথাংদসু লৈনরে। হায়রিবা অসি অথর্ববেদগী লৈ হায়বা খঙহনবা অমসুং বেদ অহুমগী মায়বা থাক্তা থম্নবগী ওইনা ইখিবা লাইরিক্নি। মরমদি অতৈ বেদ অহুমগী মশাগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থ লৈজরম্মী। মরম অসিনা অথর্ব-বেদগী হিংহুনা লৈনবা অমদি মযাম্না অতৈ বেদশুম মশিং চংনবা বেদ অসিগী চংপা কাবুনা 'গোপথ ব্রাহ্মণ' কৌবা ব্রাহ্মণ অসি লেংখিবনী। ব্রাহ্মণ অসি অতৈ ব্রাহ্মণশিংদগী য়াম্না নৌবা অমদি মতিক মগুন য়াংপা অমনি।

মথক্তা লৈনখীবা বেদগী মথল কয়াগী ব্রাহ্মণশিংদা মথোয়গী অচৌবা থেম্নবা লৈ। ঋগ-বেদগী ব্রাহ্মণ যজ্ঞ-ক্রিয়াশিংগী মরী লৈনবা বিষয়শিংদা খরা হেন্না নৈনৈ মসি 'হোতা' গা মরী লৈনৈ। 'হোতা' অসিনা ঋগ-বেদ মন্ত্র অমসুং সূক্তশিংগী যজ্ঞ তৌবা মতমদা হৌনা শোন্নী; সাম বেদগী ব্রাহ্মণ মরুওইনা 'উদগাতা' গী দমক শেমখিবনি। অমুম্না যজুর্বেদগী ব্রাহ্মণগী পান্দম্না 'অধ্বর্যু' গী থবকশিং তাকপা অসিনি। তৌইগুমসুং মশা-মশাগী তত্ত্ব

তাকপনদি ব্রাহ্মণশিং অম্বাম্বনা মাইৗ। হায়রীবা ব্রাহ্মণশিং ইু-বদা চহি চা কয়া চংখি। সামবেদগী 'বংশ-ব্রাহ্মণ'দা পীরিবা বংশ বৃক্ষ কৌবদা গুরু ৫০গী মিং পীরি। মরম অসিনা গুরু শিংগী মতম য়েংলগা চহি লিশং অমগী হন্থবগী রাকম লৈরোই। বিদ্বান খরদি মখোয়গী ইতিহাসিক ওইবদা য়ানিংদবা কোংদো-কই। মতুদি য়ামা ওইথোক্কবা অমনি, মরমদি বৈদিক সাহিত্যদা মখোয়গী মমিং কয়ারুক্ক য়াক্কা লাকই। অদুগুবা অমনা মথক্তা হায়খিবা গুরুশিং পুরাণশিংগসু মরী লৈনবগুম তৌই। অহুমগুবনা মথং-মনাওসু কায়দনা থমই। লোয়ননা, বেদগী মতৌগুম, উপ-নিষদ, অমসুং আরণ্যকশিংসু পাঠনচিংবা তৌবদা ধার্মিক শ্রদ্ধাগা লোয়নন্না তৌই। মরম অসিনা চিংনিঙাই ওইদে। যজ্ঞ ক্রি-য়াশিংগী চাওখংলকপা অসি মতম শাংনা চংলপা য়াই অমসুং মসিসু ওইরম্বা য়াই মতুদি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং বৌদ্ধ সাহিত্যশিংগী অরীবা ওইগনি, মরমদি মখোয়গী লাইরিকশিংদা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী চাওখৎপগী মমি তাই, অদুগা মসিগী বিরোধ বৌদ্ধ ধর্ম্মনা কয়া তৌখি। মতৌ-অসুম্না ব্রাহ্মণ সাহিত্যশিংগী বিকাশকী মতম খৃ: মমাং চহি ১০০০ দগী ৬০০ ফাওবগী চাওরাক্লা শতাব্দী ৮ লোম হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই।

বৈদিক সাহিত্যশিংগী মতৌগুম ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগীসু অরেম্বা মতম হায়বসি য়াম্না রানা থোকই। রাকম অসিদা চিংনবা লৈ-ত্রবা রাকম অমদি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং লেংবা মতমদা সংহিতা পুম্ন-ক্কী সংকলন পুমলোই লৈায়গ্রে। মসিদা নত্তনা, মসি য়াম্না

লীখ্রবা অঙ্গনি হায়রক্নি থাজনে। তুম্না যজুর্বেদ থক্তা নত্তে অথর্ববেদকী মহত্বপূর্ণ শরুকশু যজুর্বেদগী মন্ত্র ওইনা তৌরকী অমসুং সাম বেদকী চাংদে ওইবা মন্ত্রশু ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদগী থাদ্না হাপ্না ইল্ল-বনি। বিন্টরনিট্জনা অসুম্না হায় মহুদি মসিশু ওইহৌরকপা যাই মহুদি অথর্ববেদ সংহিতাশিং অমসুং যজ্ঞানুষ্ঠানগী ওইবা সংহি-তাশিংগী সংকলন অমসুং ব্রাহ্মণ সাহিত্যশিংসিগী লেংবগী মতম-দা মায়কৈশু যাই। অসুম্না হায়বনে মহুদি বেদ ব্যাসনা মহাক্কী শিষ্যশিংগী মতেংনা ঋগবেদ সংহিতাকী সমপাদন তৌখিবনি। হায়রিবা ব্যাস মহাভারতকী মতমনি, মরম অদুনা ব্রাহ্মণ কাণ্ডগী যজ্ঞ ক্রিয়ানচিংবা হায়রদগী চংনরবা ওইরমগনি। মবমদি ব্রাহ্মণ শিংগী বংশাবলীগী অহানবা আচার্য অমসুং জনমেজয়গী পুরো-হিত 'তুরকাবষেয়' মহাভারতকী অরোইবদা যাওই। অদুম ওইনা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী নির্মাণ-কাল অমসুং মখোয়গী ক্রিয়াগী কাল অনিনি যায়না খেন্নরমগনে। মসিমদি কাওরোইদবনি মহুদি হায়রিবা বংশাবলী ইবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং লেংবগী মতম মতুংদা বংশাবলীদা যাওবা খ্বাইদগী অরোইবগী আচার্যগী মিংভৌতিক ওইবা মিংয়েংদা মহাক শোয়নবা লৈরমফম খোকই। অদুবু মসিদা তিংনবা লৈত্রবা রাক্মদি ব্রাহ্মণ থবগী শরুক থরদি যায়না অরীবা ওইরমগনি হায়বদি সংহিতাশিংগী অরীবা ওইব-শুম রিচাশিং ইবা হৌবা মতম অমসুং মখোয়গী ক্রিয়া-গী মওংদা যজ্ঞনচিংবা পাংথোকপা হৌবা মতমদা মহুগী অনু-ষ্ঠানচিংবগী মত খেন্নবনচিংবা মতমশুদগী হৌরকখিবা ওইরম্বা যাই।

হৌরিবা মতম বেদশিমক ব্রাহ্মণশিংগী মরুওইবা থিবক অমনি। ব্রাহ্মণ
ব্রাহ্মণশিংবু বেদ অমসুং যজ্ঞগী ব্যাখ্যা তৌবগী শক্তি পীরদুনা হায়বা
লৌরিবা অমনি। ওইথোকপা মতুং মতুংদ 'ব্রাহ্মণবেদ' নাইবদু
ওহীবা অমা হৌরমখি। লোইনা তৌরিবা ব্রাহ্মণশিংগীদা
অহুমবা ব্রাহ্মণ পুস্তকশিংগী মরমদা ইবা ফংবনি। অদুগা মতম
তুংদনা মখোয় শিং সংখিরমখে।

ব্রাহ্মণ কালদা লাককপগ আর্যবেদগী দপ্ত শিনদু কুরুদেশতু
পাকখোকরককখি মতম অমদা যজ্ঞ ক্রিয়া তৌবা মফম
কুরু, পঞ্চালমচিংবা ফিলাশিংদা শন্দোককখি। হৌরিক্তি
যজ্ঞশিংগী ধর্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্র ওল্লকখ্রে। মফংগী চমশিংগী পাকশানবা
মোংপ কক্ত গঙ্গা-যমুনা অমসুং লো চুপ্পা সরস্বতী অমসুং মনাক্কা
লৈবা দৃষদ্বতী তুরেলশিংনা কোনবা লমশিং য়ৌরকখি। পঞ্চাল
প্রদেশ থংনবা মক্তা গঙ্গা যমুনাগী মরক্তা লৈরম্মী। দিল্লীদগী মথুরা
যাওবগী প্রদেশ মতম শাংনা ব্রাহ্মণ বর্ত হায়না খঙনরম্মী।
হায়রিবা লমদিদা ব্রাহ্মণ সংস্কৃতিগী অমম ওইখি অমসুং মসিদু
আর্যনত্রগা হিন্দু সংস্কৃতি হায়রগনু খঙনৈ। মতম অসি য়ৌরক-
পদা ঋগ বেদ কালদা চংনরম্বা ধার্মিক মওং পুমওম ওনখি।
লাইশিংদি ঋগ বেদকালগী ওাক্তনি। লাইশিং মখা মরম্পোম
লেপচবা মন্ত্রে মখোয়না যজ্ঞ ক্রিয়াদগী মখোয়গী শক্তি ফংলম্মী।
মতম অসিদা বিষ্ণু, রুদ্র অমসুং শিব অমিনাচিংবগী পূজা কম্বা
তৌনরকখি। অদুম্বা লাইশিং ঋগ-বেদগী মতমদা লাইশিংনা থোই-
দোক্না মরুওইরকখি। মতুংদগু নত্তনা মতম অসিদা প্রজাপতিবু খ্বাইগী
মরুওইবা লাই অমা ওইনা লৌনরকখি। হায়রিবা প্রজাপতি দেবতাশিং

অমসুং অসুর অনিমকী মপানি লৌরকখি। লোয়নন। দেবাসুর সংগ্রামগীসু কয়ায়ক হুমা লোকখিবগী বগ ম ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা থেংনৈ। ঋগ-বেদদা অসুর অসি লাইগী কাংসুগা চল্লমী ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা লাকপা মতমদা মখোয় অসুর-দৈত্য। হায়বদি হিংচাবা কাংলুপ্তা চনখি। হৌজিক্তি যজ্ঞ করিগুম্বা জপাম্বা থুংনবগীদমক্তা ভৌবা নত্তরে তোইঙ্গমসুং মখে যগী গুজাই কদায়বা থবক অমা ওইরে, হায়বদি মী থুদিংগী ভৌদব। য়াদব। থবক অমা ওইরে। অঙনবা মতমদা যজ্ঞ লাইশিংগী পেমবা ওইনা পাংথোক্লমী অমসুং যজ্ঞদা লাইশিংদা মরু ওইনা লৈরম্মী অদুবু ব্রাহ্মণ কালদগি যজ্ঞ অমসুং লাইশিং ইয়েং-য়েংননা লৈ অমসুং হুজবুনা হেমা লুনা খম্মকখি। মসিদসু নত্তনা যজ্ঞমকপু প্রজাপতি হায়নবা হৌরকখি।

শম্মপা হায়রবদা হায়রিবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা যজ্ঞ অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা মরু ওইনা লৌবগী বর্নন থৌরি। মসিদা ব্রাহ্মণশিংগী মখোই তাকপা মতুংদি ব্রাহ্মণশিংগী থবক্তি যজ্ঞগী ক্রিয়া পাংথোকপা নত্রগা পাংথোকহনবা, লমচৎ-শাজৎ ফজনা, মিংচং তানগা অমসুং প্রজাশিংবু হুজ তৌরগা কাম্মবা ফংহনবা অসনি। মসিদা যজমানশিংনা তৌগদবা নিয়মশিং তাকপসু থেংনৈ। মতুংদি যজমান ব্রাহ্মণশিংবু আদর তৌগদবনি অমসুং মখোয়দা দক্ষিণা পিগদবনি। ব্রাহ্মণশিংবু করিগুম্বদসু হাংলোইদবনি অদুগা মখোয়বু ওৎপী নৈবীয়োইদবনি। নিংথৌশিং কাওবা ব্রাহ্মণশিংগী মরন মথুম শোকপা য়ারমদে অমসুং যজ্ঞগী দক্ষিণা ওইনা মশাগী লৈবাক পুম্বা ব্রাহ্মণশিংদা পীথোক্লম্মী। নিংথৌ ব্রাহ্মণশিংবু

অন্নবা, পীরবদি লাইবী তেম্বাক থংলম্মী। দুশিংব ব্রাহ্মণ
গ্রন্থশিংদা মসিমক্তু ইরম্মী মহুদি করিগুম্বা পোৎ, অমা, খুইক্তে কাঙ্গুম্বা
তৌবা য্যাম্মুদে, অহুৎ ব্রাহ্মণশিংদি চৌবা হায়রম্মী। খুদম ওইনা
যজ্ঞ অথৌবা পোৎশিং অমস্তুং প্রশংশি মচেৎশা কাক্তিবী মাংনবা
ওই অহুগা ব্রাহ্মণশিংগীদি মহু কারনা ওইরম্মী। হায়রিবা লাই-
রিরশিংদা ব্রাহ্মণশিংবু পৃথিবীগী লাই ওইনা লাইশিংগী থাক্ত
থম্মী। মসিদগী নত্তে ব্রাহ্মণ শিবি কথাদি মহাক্কী তপস্যানা
লাইগী থাক্তা কববি, অমস্তুং যজ্ঞানুষ্ঠান তৌবদগী লাইগী মথোক
ইন্দ্র কাওব মহাক্কী কর সিংহাসন থক্থক লিকখী। মতৌ অসুমা
ব্রাহ্মণ-গ্রন্থশিংদা ব্রাহ্মণশিংগী মহিমা বর্ণন তৌবনা মক ওইরম্মী।
অহুৎদি ওইরগা মানগী গ্রন্থশিংদা ইরিবা বিষয় অসি শরুক অনিদা
খায়দোক্না য়াই [১] বিধী, [২] অর্থবাদ। বিধীগী অর্থদি
নিয়ম নগা সিদ্ধান্ত হায়বনি অমস্তু অর্থবাদগী অর্থদি মথোয়গী
ব্যাখ্যা তৌবনি। মতৌ অসুমা অহুম্নবদা গ্রন্থশিংদা যজ্ঞানুষ্ঠান
খুদিংগী বিধি নিয়ম তাকই অমুগী মতুংদা মন্ত্রগী বংশকক্কদবা
মন্ত্রশিংগী ব্যাখ্যা অমস্তুং যজ্ঞানুষ্ঠান ক্রিয়াগী অর্থ তাকই,
মহুদি শতপথ ব্রাহ্মণগী অহানবদা দর্শপূর্ণমাসক তৌবা যাগক
লোৌগী বর্ণন তৌই, অহুগা তুংদা মন্ত্রগী ব্যাখ্যা তৌরম্মী অমস্তুং
ঋষিশিংগী মন্ত্রশিংসু তাকই-মরমদি মীশিংগী অচাম্বা তৌরগা যজ্ঞ
প্রতিজ্ঞা তৌগদবনি, হায়চিংবা। লোয়নবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা
শব্দশিংগী ব্যাখ্যাগা লোয়নবা ইতিহাস, যজ্ঞগী সংকেতকী ওইবা
অর্থ অমস্তুং শব্দশিংগী হৌরকফম তাকপনচিংবা কই। মসিদসু

মতলা, শর্মগী থবক থৌদোক্কী বর্ণনগা লোয়ননা হরি কয়াগুম্ লাওই। মখোয়শিং অহুনা মতম অহগী সামাজিক জীবন মখোয়গী শাক্তং লৌচং অমসুং সংযম নিয়ম ফজবগী বিবরন ময়েক লানা য়াওই, পুরুরবা অমসুং উর্বশীগী ৱারী, প্রলয় কথা, শুনঃ শেফগী ৱারীমচা, বাককী আখ্যান অমসুং সৃষ্টি হৌবগী ৱারী কয়া ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা য়াওই মসিনা। ইতিহাস অমসুং পুরানশিংগী হৌরককম য়ুম্ফমনি।

ত্তেলপা, ব্রাহ্মণ-গ্রন্থশিংদা মখাদা পীরিবা বিষয়শিং বর্ণন তৌই।

১] প্রার্থনা অমসুং জাহ্-মন্ত্র।

২] বেদগা মরী লৈনবা অশেংবা গ্যানগী বিবেচন।

৩] সৃষ্টি শেম্বগী ৱারীশিং অমসুং মসিগী শন্দোকপা ব্যাখ্যা।

৪] সৃষ্টী শেম্বগী মরী লৈনবা সিদ্ধান্ত অমসুং মহুগী ব্যাখ্যা।

৫] অতোপ অতোপ্পা ৱারীশিং, মহুদা যজ্ঞগী মহিমা তাকপা।

৬] শকগী হৌরককম তাকপা অমসুং শকশিংগী ইতিহাস।

৭] থুম্বংগী ৱারীশিং, মহুনা মংমহগী মাজগী মথি তাবা।

য়াহং ৮ ঃ— আরন্যকশিং অমসুং উপনিষদশিংগী মরমদা নিংথীনা নৈনদুনা মখোয়গী থবক থৌওংগী মচল-শিং শন্দোক্না তাকউ।

পাউথুম ঃ— সাধারন ওইনা অসুম্না থাজনৈ মহাদি ব্রাহ্মণ কালদা লুপা যজ্ঞগা মরী লৈনবা অকংবা (শুষক) ব্রাহ্মণ

থেৱা, অদুগা মহুদি দার্শনিকশিংনা মখোয়গী বিচার ৎহায় তৌরম্মী। অমসুং সম্প্রদায় শিংথংলম্মী। অদুবু যজুর্বেদকী সংহিতাশিংদা দার্শনিকপু নোকপগী. তৌইত্তমসুং মশি-দু মখোয়গী মপুক্কিংদা চরিঙগুম্বা অদিবা অমদি নৈ হায়বনিদা চিংনবা লৈতরে।

মনি চুম্বা থানি মহুদি দার্শনিকশিংনা যজ্ঞ পুরোহিতশিংগা যত মায়দে অমসুং যজ্ঞ পুরোহিতশিংনা 'দেৱতা' নত্রগা 'অথবু'গী ধর্মোয়দা ইন্দ্রনা লাইশিংগী মকোক অমা ওইবদা টিনকম লৈতে। মখোয়না ইন্দ্র নত্রগা লাইশিংদা কংখিবা যজ্ঞ পুম্নমকপু অরেম্বা কায়দবনি হায়না লাওখোকপা ওইথোকতে, মরমদি হায়রিবা যজ্ঞ অসিনা মখোয়গীদি কমত্তা ওইরবা জীবিকাগী সাধন অমনি। মখোয়গা যত মতুং ইন্না হায়রিবা দার্শনিকশিং অসি ইনাক-কৈনাক খুনবশিংগী রাখলগী পোকখিবনি. মহুদি মখোয় অতনবা মীনি অমসুং যজ্ঞ ক্রিয়ানচিংবদা পুক্কি চংলম্মদে. মপানথোংগী ওইবা কারবাংশিংবু মখোয়না করম্বদা তৌবা খবচ চমনি থম্মী অমসুং পুরোহিতশিংদা পীবা অচৌবা দক্ষিণা মখোয়না য়াম্না য়ানিংলমদে।

মথক্তা নৈনখিবা থম্মা অশিদগী ঐখোয়না থৎবা ওয়ে মহুদি উপানিষদশিং মতমদুগী ইনাক-কৈনাক খুনবা নিংথৌশিং অমদি লৌশিং লৈবা মীওইশিংদা দার্শনিক সাহিত্য থম্ম হেন্না থম্মী লৈনে। কৌষিতকী ব্রাহ্মণ রাজা প্রতর্দনগী রায়ী অমা কংই, মহাক্না নিংথৌনা মাগী পুরোহিতশিংদা যজ্ঞ-বিধানগী মরমদা বিচার তৌনবা হায়জম্মী। মতৌ অমুম্না 'শতপথ ব্রাহ্মণ'দা বিদেহ-রাজ জনক মহারাজকী, বর্ণনা তৌরী, মহাক্না করামক হন্না জনক

মহারাজগী জ,নগী অচৌপা শৌনক অমসুং ময়েংনা মহাকী পাউখুম পীরা ওমখিবে। নোংমা শৌনক মহারাজনা অগ্নি-হোত্রগী মরমদা শ্বেতকেতু অমসুং সোমশুষ্মগা য়াহং হংবদা, হায়রিবা মখোয় অনি হায়বদি অরাবো থাকী হাক্রন (স্নাতক) পাউখুম অমত্তা পীবা ঙমখিদে। নিংথৌ চংশ্রবা তুংদা মখোয় অনি হা তায়বগী অমসুং হায়নরগী মতুংদি মসি অচৌপনি মতুংদি নিংথৌ জনকন ঐখোয় অনিবু পাউখুম পীবা ঙমহনখিদরে। হৌজিক্তি ঐখোয়না মাবু ব্রহ্মোদয়দা শাস্ত্রার্থ তৌনবা বার্তন তৌগনবনি। যাজ্ঞবল্ক্যন মখোয় অনিগী বাবু য়ানিংদে অমসুং মহাক্কা রাজা জনককা মনাক্তা অ,ন ওম্বা চংলমী য়জমান অর্যভূষনসু মৈতৌ অসিগুম্বা মহাকী পুরোহিত 'শৌল্যবান' বু জ্ঞানগী শিক্ষা পীখি। উপনিষদশিংদদি নিংথৌশা নত্তনা সুদ্রা কয়াসু দার্শনিক বিচারগী ব্যাখ্যা তৌবা যাওবা থেংনৈ। বৃহদারণ্যক উপনিষদতা বচক্নুগী মচানুপীগার্গী যাজ্ঞবল্ক্যগা বাদ-বিবাদ তৌবা থেংনৈ, মরুদা গার্গীনা হায় লৈরুং অমদা তেনজৈ অনি থম্লগা শোয়দনা। পাল্লংদবা অমগুম ঐনা নত্তোনদা নওগী মায়োক্তা হাইং অনি হংগে মতুংগী পাওখুম পীযু উপনিষদ অসিমক্তদা যাজ্ঞবল্কানা মাগী মুপী মৈত্রেয়াবু অধ্যাত্ম বিদ্যা তম্বীহনা মহুগী অথুম্বা থওহল্লম্মী।

রৈক অমসুং অমুথনগী কথাশিংদগীসু মরেক শেংনা থঙবা ওম্বী মতুংদি যজ্ঞ পুরোহিতশিংনা দার্শনিক বিচার অতোপ্পা মীদগী তমখি হায়বসি। উপনিষদশিংদগী থঙবা ওম্বী মতুংদি নিংথৌ

মচাশিংনা ব্রাহ্মণ পুরোহিতশিংদা দক্ষিণা অমসুং অসুম পীরম্মি। কৃত্যকাম অমসুং অযাবাশিংগী বাপ্নীশিং মশিংনা থম্ব ওই। মায়োক্নবা শাস্ত্রগী খুন্দর। অদু মতুংদা মশক অমা ব্রাহ্মণ পুরোহিতশিং মশাগী মীওইবীদগে, তৌইশুবসু স্মৃতি কায়না হান্দুরিবা ব্রাহ্মণ জাতি অদুক হৌরা লেব অতীববগী নিয়ম চংখবা ওই।

উপনিষদকী অধ্যয়ন তৌবগী মতমদা মহৈ নিংথৌশিং ধর্ম অমসুং দার্শনিক বিচার মপুং ফাবা লৈরম্লা। ব্রাহ্মণশিংগা মখোয়গী জ্ঞান অমা লাক্লমী, খুদম ওইনা শ্বেতকেতুগী মপা ব্রাহ্মণ গৌতমনা নিংথৌ প্রবাহনগী মফমদা চত্লগা ব্রাহ্মণবিদ্যা তমখিবগী খুদম লৈ। মতৌ অদুগুম্না উদ্দালক অরুনি অহানবদা ব্রাহ্মণ মখায়া দার্শনিক জ্ঞান পীরম্মী, মতুংদা মহাক কৌরক্লম্না হায়রিবা ঋষিগুম্বা ঐনা মখোয়বু শেমহনবা ওইমোই, মরম অদুনা মহাক্না রাজা অশ্বপতি ( কৈকেয় ) গী মফমদা মখোয়বু থারম্মী। মসিনা তাকপদি ব্রাহ্মণ জাতি মতম খুদং কাওবদা মহাক্কী লৈতবা যজ্ঞগী বিধানশিংদা থীজিনহনা লৈরম্মী, অম-রোমদনা নিংথৌ মচাশিং অমসুং অতোপ্পা জাতিগী মীশিং উপ-নিষদকী পরাবিদ্যা ( ব্রহ্ম বিদ্যাগী ময়মদা ) থীজিল্লমী। মখোয়শিংগী মরক্তা থবনা গৃহস্থ থবনা সন্যাসী ধর্ম চংনবা হৌরকখি। হায়রিবা সন্যাসীশিং অরাম্বনা ব্রাহ্মণ বর্ণগী তোঙানবনি মখোয়গী মরক্তা অচৌবা সম্প্রদায় অনি হৌখৎলকখি মখোয়শিংদি বৌদ্ধ অমসুং জৈন হায়বা থক্তনরকখি। মখোয়না ব্রাহ্মণশিংগী যজ্ঞগা মরী লৈনবা বিধানকী খোঞ্চৎ নীকহনখি।

বেদাঙ্গুনী মিংদা আরন্যক অমসুং উপনিষদশিং মশা কয়া কংই, মখোয় অযাম্বদি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংনা অংান্নি। ঐতরেয় ব্রাহ্মণগা মরী লৈনৈ। মসিগুম্না, কৌষিতকী উপনিষদ, মহা-নারায়ন উপনিষদ অমসুং কৌষিতকী আরন্যক ঋগ-বেদকী কৌষিতকী ব্রাহ্মণগী শরুক্নি মসিগী অরোইবা শরুক তৈত্তীরীয় উপনিষদনি। শুক্ল যজুর্বেদকী শতপথ ব্রাহ্মণগী ১৪ শুবা কাণ্ড, অহানবা শরুক অহুমবু আরন্যক কোই অমসুং হায়রীবা কাব্য অসিগী অরোইবা শরুক খাইদগী চাওবা অমদি মরু ওইবা 'বৃহদারন্যক' উপনিষদ হায়না মসিং চংলি। ছান্দোক্য উপনিষদকী অহৌবা শরুক আরন্যক অমদি অমসুং উপনিষদ অসিমক সাম-বেদকী তানড্য ব্রাহ্মণগী শরুক্নি। মতৌ অমুম্না জৈমি-নীয় উপনিষদসু সামবেদকী জৈমনীয় ব্রাহ্মণগী শরুক অমদি কেন-উপনিষদসু মসিগী শরুক্নি মসিবু তাবলকার উপনিষদ' হায়নসু কৌনৈ।

তৈত্তরীয়-উপনিষদকা মতুংদা হাপচিনবা মহানারায়ন উপনিষদ নত্তনা অতৈ উপনিষদ খাইদগী লীববা থাক্তনি উপনিষদশিংনি মখোয়গী মমিং মসিনি ঐতরীয়, কৌষিতকী, তৈত্তিরীয়া, বৃহদারন্যক, ছান্দোক্য কেন নত্রগা তবলকার কঠ, শ্বেতাশ্বতর, ঈশা, মুণ্ডক, প্রশ্ন, মৈত্রায়নী অমসুং মাণ্ডুক্য। হায়রিবা অরিবা উপনিষদ ১৪গী অহানবা ৬ অসি খাইদগী লীববা অমনি নেম-হৌরিবা ৮ অসিনা মতুংগানি। মখোয়শিং অয়াম্বনা দার্শনিকতি ওইদনা ধার্মিক অমসুং পুরাণশিং অমদি তন্ত্রশিংগা মরী লৈনৈ। মখোয়গী মতুংগী উপনিষদ ১০৮ লৈ, হায়রিবা উপনিষদশিং

অসি মোক্ষ [মুক্তি] কৎলবা মশুক তাকপনি। মসিনা ঋগ-বেদকী ১০, শুক্ল যজুর্বেদকী ১৯ কৃষ্ণ যজুর্বেদকী ৩২, সাম বেদকী ১৬, অথর্ব বেদকী ৩১ উপনিষদশিংনি। মখোয়দগী অমুক মতুংদা হায়বা 'মুক্তিকোপনিষদ' কৌবা অমসু লৈ। অদুবা অমসুং শেংলবা মাংখিদ্রবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগা মরী অদুম্বা ওইনি মখোয়গী শকক অমদি। মরম অসিনা মখোয় ব্রহ্ম (গদ্য) শৈরেংদা ইখিনি। মথক্তে দীখিবা অদুবা উপনিষদশিংদা। কেন-উপনিষদকী শকক তংথোকপা পদ্য শৈলী অসি পুম্নমক্কী ইনৌ লৌবনি। মক ওইবা উপনিষদশিংগী শরুক ভাগশিংস্তু গ্রহণ। অমসুং আরণ্যকশিংগী মতুং থরু লৈরুপ, হৌখিবনি। মতৌ অসুম্বা ঐতরীয়, বৃহদারণ্যক-নচিংবা উপনিষদ ১৪ দি ব্রাহ্মণশিংগা মরম চপ মান্নে অমসুং য়াম্না চরীব উপনিষদশিং ন। বেদান্ত সিদ্ধান্ত পুরুষক হ্রস্বা উপনিষদশিংদ ময়েক শেংনা অমদি অংকোবগী মওংদা য়াওরী। তৌইগু স্তুং মখোয়শিংগী মরক্তা উপনিষদ কয়ামুক্তি বৌদ্ধ ধর্ম লাক্লুগুও মমাংগিনি। অহুম ওইনা উপনিষদশিং অসি আরণ্যকশিংগা শরুক নত্তে। অহুবু মখোয় অসিগুম্বা বেদ অমগী শাখাশিংগা মরী লৈনৈ। মচৎদি — কঠ বল্লগা উপনিষদকী কৃষ্ণ যজুর্বেদগী কাঠগুম্বা শাখা অমগী মরী লৈনৈ অমসুং মহানারায়ন অমসুং শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ অসিনসু মরী লৈন মথন্তি মচু তৈত্তরীয় আরণ্যকগী অথোইবা শরুকনি। মায়া তেনবা অহুগা মক ওইবা ঈশা উপনিষদ বাজসনেয় সংহিতাগী অরোইবা শরুকনি অমসুং মসি শুক্ল যজুর্বেদকা মরী লৈনৈ। মুণ্ডক অমসুং

প্রশ্নোপনিষদ অথর্ববেদগীনি। মখোয়শিদা মাণ্ডূক্য অমসুং য়োগগী
সিদ্ধান্তগী বর্ণন তৌরী। কৃষ্ণ যজুর্বেদগী মৈত্রায়ণী উপনিষদ
বুদ্ধগী তুংদা ইনি। মসি য়াবেং (গদ্য) থকুনি অদুগা ভাষা
শৈলী য়েংলগদি মসি সংস্কৃতকী কাব্য সাহিত্যগা নক্লে। অথর্ব-
বেদগী মাণ্ডূক্য উপনিষদসু হায়রিবা মতম অনিনি। জগদগুরু
আদি শঙ্করাচার্য্যনা মহাকী ব্রহ্ম সূত্র ভাষ্যদা মরু ওইবা
উপনিষদ ১২ গী ব্যাখ্যা তৌখি। মহদা মৈত্রায়নী অমসুং
মাণ্ডূক্য অনিসি য়াওদে। অদুবু অনি অসিসু অরীবা উপনিষদনি।
মতৌ অসুম্না মথক্কী উপনিষদ ১৪ অসিমক প্রাচীন ভারতকী
দার্শনিক সাহিত্যগী হৌরককনি। তুংদা ইবা উপনিষদ ২০০ গী
বেদগা মরী লৈনৈ হায়, অদুবু মখোয় অয়াম্বনা দার্শনিক বিচার
নত্তে সুপ্পা ধার্মিক বিচারনা মরু ওই।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না আরণ্যকশিং অমসুং উপনিষদশিংগী
মায়দবা বিচার অসুম্না নৈনবা য়াই মহুৎশি আরণ্যকশিংদা ব্রাহ্মণ
গ্রন্থশিংগা বিষয়গী মমল ই, অদুগা উপনিষদশিংদা স্বতন্ত্র
বিচারনা মরু ওই। আরণ্যকশিংদা যজ্ঞগী ক্রিয়া নত্রগা মসিগী
অনুষ্ঠান তৌবগী বিধিগী য়াম্না অবুপ্পা মওংদা লৈরি। তৌ-
ইগুমসুং উপনিষদশিংদা প্রতীক, রূপক, অমসুং পাওখোংশিংনা
ব্রহ্ম, আত্মা, জীব অমসুং পোকপা শিবগী দার্শনিক বিচার
কোংদোক্লি। অসুম্না আরণ্যক গ্রন্থশি যজ্ঞ তৌব ব্রাহ্মণশিংগী
স্বার্থ বুদ্ধিবু য়োকপনি, মসিদা দার্শনিক বিচার থরা লাকচবুবসু
তৌইগুমসুং উপনিষদশিংদা কয়িগুম্বা অকক্কবা মতম অমা নত্রগা

ঋষি অমত্তুগী মকোক্তগী থোকখিবা সিদ্ধান্ত নত্তে। মসিদি মতম শাংনা অমসুং বিচার হৈবা কয়াগী মথোয়গী কনবা মকোকনী থোকখিবা দার্শনিক বিচারনি অদুবু য়াম্না লুনা মরম্না মসিদু মীপুং খুদিং খঙবদা. য়াই, অদুম ওইনমক গুরু অমগী মখাদা কনগা ওয়বদি মসিনা স্বর্গগী মুত্তাইবা পীবা ঙম্মী।

ৱাহং ৯— মরু-মরু ওইবা উপনিষদশিংগী ইতিহাসকী মথং মনাও তাকপগা লোয়নননা মথোয়গী মরু ওইবা সিদ্ধান্ত শন্দোকনা তাকউ।

পাউখুম ঃ— উপনিষদ শব্দ 'উপ' অমসুং 'নি' উপসর্গদা লোয়নন 'সদ' ধাতুদা প্রত্যয় তঙগা উপনিষদ শেম্মী। 'সদ' ধাতুগী অর্থ অহুম। (১) বিশরন হায়বদি অমাংবা (২) 'গতি' হায়বদি কংবা, (৩) 'অবসান' হায়বদি কোমথোকহনবা খুদম ওইনা উপ + নি + সদ কী অর্থ - কনাগুরুগী মনাক্ত কয়া হায়বদি গুরুগী মনাক্তা শিষ্যনা বিদ্যা তম্বা কয়নি। মসিগী অমাংবা ৱাহৈগী অর্থদি মথক্কী মসুন্না ওইরমী অদুবু উপনিষদকী অর্থ অশেংবদি - য়াম্না থুপ্না সিদ্ধান্তগী অর্থসু লৌনরম্মী। মরমদি উপনিষদশিংদা 'ইতিহস্যম' অমসুং 'ইতি উপনিষদম' ৱাহৈ অসি মখম কয়াদা লাকই। মসিদগী খঙবা ঙম্মী মহুদি রহস্য ৱাহৈশিংবু উপনিষদকী মমিং ৱাহৈনি। উপনিষদকী অর্থদি আধাত্ম বিদ্যাশুনি হায়বদি মসিগী অধ্যয়ন তৌবনা তম্বা খুদিংদগী নাথোকনা মুমুক্ষুশিংগী সংসারগী অবিদ্যা মাংহল্লী। মসিগী পাওতাক ইম্না চংলাবা মী অহুগী সংসারদা অমুক হন্না

পোকয়ে। জগত গুরু আদি শঙ্করাচার্য্যনা কঠোপনিষদ অমসুং তৈত্তিরীয় উপনিষদকী ব্যাখ্যা তৌবদা উপনিষদ্‌কী অর্থ ব্রহ্মগী স্বরূপলক্ষণ, জীব কনাগনো কৌই, অমসুং জগৎকা তৈনবীবা মরীলৈনবা বিষয়শিংগী মপুং ফানা বিবচন তৌবদু উপনিষদ হায়বদা খোংদোকই। মসিগী অদিনা মখোয়গী উপনিষদ কৌরি হাই।

উপনিষদশিংগী চাওখৎলকলগী মরমদা হৌখ্রবা তৌবদগী খঙবা ওয়ে মহুদি মখোয়গী দার্শনিক বিচারগী ইহান হায়। হৌখিবা অসি ঋগ্বেদগী সূক্তশিংদগী কংবা ঙমী, সূক্তশিং অসিদা লাইশিংবু মখোয়না খাঙবতবা অহুবু লাবরন মীয়ামদ সংহিতা অমসুং ব্রাহ্মণ গ্রন্থগী মতমদা যজ্ঞগী মরী তৈনবা মহাও য়াওবা বিচারদা ইবা লাইরিক্কি, তৌইগুমসুং আর্য মচাশিংগী তৈহাও তৈরবা বুদ্ধি শক্তিনা যজ্ঞগী অকুপ্পা অমসুং মহাও য়াওদবা অসিদা পম্ঙহনা তৈবা ওয়ুমদে, মখোয়না আত্মা অমসুং ব্রহ্ম, জীব, জগতকী মরমদা বিচার হেক হেক লাকখী, অমুক্ত মখোয়গী বিবেচন উপনিষদশিংদা য়াওরী। হায়রিবা দার্শনিক বিচার ইহান-হান্না নিংথৌ মচাশিংদা লাকপ উই অমসুং হয়রী। নিংথৌমচাশিংনা পুরোহিতশিংবু উপনিষদকী জ্ঞান তম্বীরম্বগী দর্শন করই। কৌষিতকী ব্রাহ্মণগী রাজা প্রতর্দন শতপথ ব্রাহ্মণগী রাজা জনক, বৃহদারন্যক উপনিষদকী অশ্বপতি, কৈকেয়নসিংবা অসিগুম্বা মথংগী নিংথৌশিংনি পুরোহিতশিংবু উপনিষদকী দার্শনিক জ্ঞানগী শিক্ষা পীরম্মী। মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা

অধ্যয়ন তৌবগী খণ্ডলে মতুদি ব্রাহ্মণ পুরোহিতশিং খক্তগা মরী লৈনবা বিধানগী কান্নবা বাহ্নশিংদে লুপকুম্বা লৈরম্মী, অদুগ নিংথৌশিংনা উপনিষদকী ব্রহ্ম বিদ্যাগী থৌরাং হৌখিনবদা নেলম্মী। মতৌ অসুম্না উপনিষদশিংগী জ্ঞান কংবদা ব্রাহ্মণ জাতিদগী অতোপ্পা নিংথৌ মচশিংনা লৌখ্রনি। বৌদ্ধ অমসুং জৈন সম্প্রদায় অসি অনিসু দার্শনিক বিচারশিংনা থোকখংগা অমনি, মখোয়না ব্রাহ্মণ ধর্ম হায়বাদ যজ্ঞ বিচারতগী মরু ওইনা লৌবদু নীংগা কাহনখি। অদুন ওইনমক পুরোহিত খরদি দার্শনিক বিচারগী জ্ঞান লৈরম্মী। থোইগুমসুং যজ্ঞগা মরী লৈনবা বিচারনা মখোয়গী কান্নবা অমনি। মরমদি যজ্ঞতা মখোয়গী জীবিকা ওইরম্মী, অদুবু ব্রাহ্মণশিংগী গুরুকুলদা দার্শনিক বিচারদা পুক্নিং চংলম্মী। বিনটরনিটজকী মত মতুং ইন্না ব্রাহ্মণ জাতি খীবমগী মতুং ইন্না মখোয় অহোংবা পুরকপগী পাঙ্গল লৈরম্মী। বুদ্ধগী শক্তি উরবগা মখোয়সু অবতার পরমপরা হৌদোক্তুনা চংনহনবি অমসুং আশ্রম ধর্ম লিংখত্লুনা সংন্যাস মার্গ পুমমকী ওইনা হাংদোকখি। মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণ-বর্গ তপা তপ্পা উপনিষদকী সিদ্ধান্তদা তম্নবা হৌরকখি।

মথক্তা লৈনখিবা বিচারদগী খঙবা ঙম্মে মদুদি ব্রাহ্মণশিংগী য়াম্না চাওখংপা মমাংদগী হৌনা উপনিষদ সিধান্ত অসিগী মরা ফংই, অদুম ওইনা মৈকসমূলর মহোদয়নদি ব্রাহ্মণ ধর্মগী চহি ২০০ গী মতুং উপনিষদশিংগী মতম্না হায়রম্মী। মসিদা হায়নিংবা বাক্য অমনা উপনিষদ খরদি ব্রাহ্মণ ধর্মগী মতুং চহি ২০০ গী

ওইরম্বা য়াই অদুবু উপনিষদ অপুনবা ব্রাহ্মণশিংগী মতুং ওইনা য়ারোই। উপনিষদশিংগী রচনা ইবগী মতম বিদ্বানশিংদা মত য়াম্না মান্নদে অদুবু মখোয় পুম্নমক্না য়াম্নব অমদি মরু ওইবা উপনিষদশিং লেংখিবগী মতম বুদ্ধ ভগবান পোকত্রিঙৈদনি। লোক মান্য তিলককী মত ইমদি মৈত্রিয় উপনিষদ মসিদা মক্কম কয়াদা ছান্দোগ্য, বৃহদারন্যক, তৈত্তরীয়, কঠ, ঈশানচিংবা উপনিষদশিংগী মাহৈপরেংশিং খুদম ওইনা পীরমী — চাওরাক্না খৃঃ মমাং চহি ১২০০ দা ইথিবা ওইরকনি। মরম অসিনা মসি চুম্না মানি মহুদি মথক্তা পীখীবা মরু ওইবা উপনিষদশিং খৃঃ মমাং চহি ১৫০০ দা ইবা পুম্নমক লোইরে। বিদ্বান খরদি মখোয়গী বৈদিক সাহিত্যগী শিরোমনি কৌথুনা মখোয়বু হেন্না অরাবা অমনি হায়নিংই। তৌইগুমসু নোংচুপলোমগী বিদ্বানশিংনদি উপ-নিষদশিংবু অহুক হক্না অরাবা অমনি হায়বা য়ানিংদে। অনৌবা বিদ্বানশিংদি মৈকসমূলরগী মত মতুং ইন্না, উপনিষদশিংগী ইখবগী মতম খৃঃ মমাং চহি ৬০০ তগী ৪০০ ওইগনি। অদুবু ম.সদা স্নেহননিঙাই লৈত্রবা মাক্সমূলর মহাক্না হায়রবা উপনিষদশিং বৈদিক সাহিত্যগী অরোইবা শরুক্নি। মাশমগী মতুংদা বেদান্ত-দর্শন-প্রণালীশিং ওইরকখিবনি। উপনিষদশিংগী মশিংদা মরু ওইবা উপনিষদশিংগী ঐতিহাসিক মথং-মনাও অসুম্না :—

(১) ঋগ বেদগী উপনিষদ — ঐতরেয় অমসুং কৌষিতকী।

(২) যজুর্বেদগী উপনিষদ — কৃষ্ণ-যজুর্বেদগী তৈত্তরীয় উপনিষদ অমসুং শুক্ল-যজুর্বেদগী বৃহদারন্যক উপনিষদ।

(৩) সামবেদগী উপনিষদ — ছান্দোগ্য অমসুং কেন-উপনিষদনি।

মথক্তা পীরীবা উপনিষদ ৬ খুদিংদা অরীবনি, মখোয়শিংদা বেদান্ত সিদ্ধান্তগী মুখ্য হৌরকফম য়াওই। অতোপ্পা উপনিষদ খরদি মখোয়গী মতুংদা ইবনি, মসি বৌদ্ধ-কালদগীদি মমাংদনি। তৌইগুমসুং হায়রিবা উপনিষদশিংদা আহন্যবী শরুক য়াওদে। মখোয়শিংগী মরক্তা মরুওইবশিংদি মসিনি —

১) কঠোপনিষদ — মসি কৃষ্ণ-যজুর্বেদগা মরী লৈনবা মাল্লী।

২) শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ — মসিসু কৃষ্ণ-যজুর্বেদগীনি।

৩) মহানারায়ন উপনিষদ মসিসু যজুর্বেদগীনি।

৪) ঈশা উপনিষদ - মসি যাম্না মক ওইবা উপনিষদনি অমসুং মসি বাজসনেয়ি-সংহিতাগী অরোইবা শরুকনি। মসি শুক্ল যজুর্বেদগীনি।

৫) মুণ্ডক উপনিষদ — মসি গদ্য-পদ্য অনিমক্তা ইবনি অমসুং মসি অথর্ববেদগীনি।

৬) প্রশ্ন উপনিষদ — মসিসু তত্থায় অমা গদ্য অমসুং তত্থায় অমনা পদ্য (কাব্য) না ফংই অমসুং অথর্ববেদগা মরী লৈনৈ।

মথক্তা হায়খিবা উপনিষদ ৬ তক্তা বেদান্ত সিদ্ধান্ত বিবেচন তৌই অদুবু মসিদা সাংখ্য অমসুং য়োগগী সিদ্ধান্তগী শংদাক্লা সর্মাক্কাসু তোবা থেংনৈ। আদি শঙ্করাচার্য না উপনিষদ ১২ খওবু অরাবা উপনিষদনি হায়রগনা মখোয়গী টিকা ইখি অদুবু মসিদা লওদা মৈত্রায়িনী অমসুং মাণ্ডুক্য উপনিষদসু অরীবা

লাইরিকনি। তৌইগুমন্নং মসিগী লেংখিবা বুদ্ধ ভগবানগী মতুংদনি অতুম্ব ওইনা অনি অসিবুস্থ হল্লীবনি। মদুগী অস্তুম্না স্মৃথা উপনিষদ ১৪ অসিবু প্রাচীন অমন্নুং প্রমাণ ওই হায়না থাজবৈ। তৌইগুমন্নং মহানারায়ন উপনিষদকী দৌদ্দা কোংবা অথেব লৈ, মহম অসিনা মসিগী প্রমাণিক ওইদ্রা চাংবৈ। ■

## উপনিষদশিংগী সিদ্ধান্ত

১) ব্রহ্ম সিদ্ধান্ত — উপনিষদশিদ পুংমকাস্থ ক্রম অমন্নুং আখ্যানা সিদ্ধান্ত ওইবা ভাক্তনি। ব্রহ্ম অসিমকপু উপনিষদশিংদা আখনি হায়না তাকই অমস্নুং বিধ পুম্ববু ব্রহ্ম কৌই হায়রিব। ব্রহ্ম অসিবু বেদদ। 'প্রার্থনা' নত্রগ। 'জাদু-সিদ্ধান্ত' নচিংবগী অর্থদা লৌই। বেদদা 'ব্রহ্ম' রাহৈসিগী অর্থদা ভক্তি অমস্নুং শদ্ধাগী ভাব অর্থ য়াওদে। তৌইগুমস্নুং মতুংদা বেদ মন্ত্রশিংগী লেংখ (সংকলন) হৌরকপদদি বেদ অহমবু 'বেদত্রয়ী' নত্রগা 'ত্রয়ী বিদ্যা'গী মিংদা কৌনরম্মী, মতমহৃদা 'ত্রয়বিদ্যা'বু 'ব্রাহ্মণ' কৌনরকখি। তৌইগুমস্নুং বেদশিংদা ঈশ্বরগী ওইবা বেদ অস্থুমা কৌবদগী 'ব্রহ্মণ' শব্দবুস্থ 'স্বয়ংভু' নচিংবা রাহৈনা কৌনরকপা হৌবী। মরম অদিনা 'ব্রহ্ম' শব্দবু অক্কা নত্রগা

ঈশ্বরগী উপাধি পুরাহিংশিংদা থোনখিবনি। উপনিষদশিংদা বিচার অমি পোংদোরকপা মতমদা ব্রহ্ম শব্দবু সবিশেষ-বিশেষ ওইগা (সগুণ) অমসুং নির্বিশেষ (নির্গুণ) গী মওংদা লাকখি। মুণ্ডক-উপনিষদতা নির্বিশেষ (নির্গুণব্রহ্ম) গী বর্ণনা অসুম্না তৌরি —

"যত্তদদ্রেশ্যমগ্রাহ্যমগোত্রমবর্ণ চক্ষুঃ শ্রোত্রমতদপানিপাদম"

অমসুং সবিশেষ ব্রহ্মগী বর্ণনা অসুম্না পীরী — "নিত্যং বিভুংসর্বগতং সুসূক্ষ্মং তদব্যয়ং তদভূতযোনি পরিপশ্যন্তি ধীরাঃ" নির্গুণ ব্রহ্মগী আচার্যশিংনা তোঙান তোঙান্না মত পীনে। জগদ গুরু আদি শঙ্করাচার্যনা নির্গুণ ব্রহ্মগী বিবেচন তৌই অমসুং রামানুজাচার্যনা সগুণ ব্রহ্মগী প্রতিপাদকনি। তৌইগুমসুং উপনিষদ শিংদা সগুণ-নির্গুণ ব্রহ্মগী নরমদা লৈবা য়াওই।

২) আত্মাগা মরী লৈনবা সিদ্ধান্ত — উপনিষদশিংদা শাণ্ডিল্য ঋষিগী মত ওইনা আত্মাগী মরী লৈনবনি তাক্লি। আত্ম বু অজর (পোকপা লৈতবা, অমর-শিবা লৈতবা) অমসুং আত্মা অসিমক ব্রহ্মনি অমসুং আত্মাসিমক পুম্নমক্নি। আত্মা অসিদা জগদ পুম্বা তিন্দুনা লৈবনি "তত্ত্বমসি" বাহৈগী সিদ্ধান্ত য়াওই, মতুংদা মসি য়াম্না মরিক মগুণ লৈবা অমা ওইরকখি। মতম অসিদা আত্মা অমসুং পরমাত্মা অমসুং সংসার ব্রহ্মগী অমত্তনি (একতা) হায়না তাকই। হায়রিবা একতা অমসুং ব্রহ্মগী ব্যাপকতা (জগদ শিনবা থুংনা লৈবা) গী ৱারী শ্বেতকেতু অমসুং উদ্দালক ঋষিগী ৱারীদা অসুম্না পীরী—মহক্কি ঈশিংদা থুম হিনশিল্লবদি থুমগী মশক উবা ঙমদে মতৌ অহুঙুম্না

ব্রহ্ম হায়বগীসিদু জীব পুরুষকা নৈপিনা আপা। অমসুং বিশ্ব পুরুষকা শীনথুনা লৈরীগনি অহুম উবদি করে। মতৌ অদিগুম্বা গার্গী বাচাগী অমসুং রাজা অজাতশত্রুগী বরীদুদু ব্রহ্মগী শীনথুবগী বাকই য়াওই। ছান্দোগ্য উপনিষদতা ইন্দ্র অমসুং বিরোচনগী রাগীদা আত্মাগী স্বরূপকী খণ্ডনবা তাক্লি। বৃহ-দারন্যক উপনিষদতা যাজ্ঞবল্ক্য অমসুং মৈত্রেয়ীগী তাগী শান্নবগী মনুংদা আত্মাগী অজর-অমর ওইবগী অমসুং আত্মাগী অমত্তা বর্ণন য়ায়দা হুত্তাইবা য়াগী অমা ওইনা য়াখ্রে। মহুদা ব্রহ্ম অমসুং সংসারবুদু আত্মাগী মনুংদা লৈ নি তক্লি।

৩) প্রান সিদ্ধান্ত ইন্দ্রিয় খুদিংদগী প্রাণবু খাইদগী মরু ওইনা তক্লী। ছান্দোগ্য-উপনিষদতা য়াগী বাতাই শান্নবা অমা লাকই মহুদি মতম অমদা ইন্দ্রিয় খুদিং অমনা অমদগা অচৌবনি হায়দুনা মখোয় মপাল থংনরম্মা। অদোংইবদা মখোয়গী বায়েনবা নবা প্রজাপতি মনাক্ত চংলম্মী। প্রজাপাতিনা মখোয়দা হায়রম্মী মহাদি অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিং য়াওরবসু হকচাং অসি লৈবা ঙম্মী প্রাণ (খবায়) য়াওরবদি হকচাং লৈব ঙমদে হায়বদি শীংরে। মরম অসিনা প্রাণনা অখোইবনি। বিষয় আগ মনে.[illegible]জ্ঞানগা মথা লৈবা অধ্যান, তৌইগুনসুং আসপম্বা হুত্তাইবা অমসুং য়াম্না স্বাভাবিক বর্ণন উপনিষদশিংদা য়াওই। মহুদা প্রাণ অনির্মক আত্মানি হায়না তাক্লী।

৪) আবাগমনকী সিদ্ধান্ত (মপোক লাংতনবী সিদ্ধান্ত) বৃহদারন্যক উপনিষদতা প্রাণবু আপাপি তাকপগা লোয়ননা অমুক

হৌরা লোকশংগী সিদ্ধান্ত তাক্লি। মসিনা আত্মা হকচাং অমা থাদোকপা অমগা অতোপ্পা অনৌবা হকচাং অমুক লৌই, মসিনি সিদ্ধান্ত অসিনা তাক্লিবা।

৫) কর্ম সিদ্ধান্ত — বৃহদারণ্যক উপনিষদকী আর্ত ভাগ অমসুং য়াজ্ঞবল্ক্যগী ৱারীদা য়াওরি মহুক্কি কর্ম-সিদ্ধান্ত। ইবা মতম্দা য়াজ্ঞবল্ক্যনা অহুম্না হায় মতুংদি মীওইবনা শীরবা তুরো মহাক্কী পার্থিব হকচাংগী শরক খুদিং মাগী মাগী হৌরকফমদা তিনবী। অদুগা মুপা মীহুগী কর্ম ফল থত্তুনা লেংলোই। মরম অসিনা মীহুৎ অফবা কর্ম তৌবগী অফবা মপোক অমসুং ফত্তবা কর্ম তৌরগা ফত্তবা মপোক ফংই। সিদ্ধান্ত অসিদা মরু ওই। হায়রিবা লিবদি চরিত্র (লমচৎ-শাজং) দা পাওতাক পীবনি সিদ্ধান্ত অসি বৌদ্ধ ধর্মদসু য়াম্না য়ানৈ।

৬) নৈতিক সিদ্ধান্ত — উপনিষদশিংদা নৈতিক সিদ্ধান্তসী ওইবা পাওতাক য়াম্না য়াওদে, খুদম ওইনা বৃহদারণ্যক উপনিষদতা প্রজাপতিনা লাই পুরম্ফম অমসুং হিংচাবশিংদা রাহে অহুমথক্তা ওইবা পাওতাক পীখি। হায়রিবা রাহে অহুমদুদি মখাংশিংবা— 'দ দ দ' নিমশিংগী অর্থদি অহানবদগী দাম্য হায়বদি আত্মা সংয়ম অনিশুবদা 'দত্ত' হায়বদি দান তৌবা অমসুং অহুমশুবা 'দয়ধ্বম' হায়বদি দয়া তৌ। মথক্তা পীরিবা নৈতিক সিদ্ধান্ত অসিগী মরু ওইবদি মীওইবনা অফবা কর্ম তৌগদবনি অমসুং ফত্তবা কর্মদগী লাপথোকপদবনি। সত্য ওইবা আত্মা মশক খঙনবা হোৎনহনা ব্রহ্মগী মুংঙাইবা ফংনবনি।

মতৌ অদুগা উপনিষদশিংদ ব্রহ্ম অমসুং আত্মাগী মপুং ফানা নৈনরী। কমাগুম্বা থরদি উপনিষদশিংগী বৈরাগ্যগা মরী লৈনবা বিচারশিংবু ভারতীয় নিরাশাবাদনি হায়রৈ, মরমদি মখোয়না সংসারগী মুত্তাইববু অশাবনি খল্লী, খুদম ওইনা বৌদ্ধ-শিংনা মৈত্রায়নী-উপনিষদবু অদুম্ন লৌই। তৌইগুমদুং অদুম্না খনবদি য়ায়রা লানগনি। মরমদি উপনিষদশিং আত্মাবু আনন্দ-স্বরূপ অমনি হাকই। অদিগুম্ব পরমানন্দস্বরূপ আত্মা নত্রগা ব্রহ্মদা ফংবা পামজববু নিরাশাবাদনি হায়বা য়াগোই, থোওইনদুম লাইদগী অথোইবা আশাবাদি অমনি। উপনিষদশিংবু মতুং খরা লৈরগা য়ায়া য়ানররম্মী বাদরায়নগী বেদান্ত সূত্র হায়রিবা উপনিষদশিংদগী হৌরককমনি। জগদগুরু আদি শঙ্করাচার্য অমসুং রামানুজাচার্যগী সিদ্ধান্তশিংগী হৌরকফম মুখম হায়রিবা উপনিষদ অসিনি। প্রাচীন বৌদ্ধ সিদ্ধান্তগীসু উপনিষদশিংদা কায়দোংহনা লিংখৎখিবনি। মসিগী অদিনা উপনিষদ মীওইবা জাতীগী অথোইবা জ্ঞানগী পুক্কোনে, মতুংদি চহি লীশিং লীশিং কয়াদগী মীওইবা জাতীবু জ্ঞান পীরক্লি। মীওইবা জাতীগী ইতিহাসকা নৈনব-শিংগীদমক্তি মীওইবগী বিচারগী লাইদগী ফজবা অমদি জ্ঞানগী অথুপশিংনি উপনিষদ অসিদা য়াওবগুম অতৈ অমদা ফংবা রাগনি। ■

অধ্যায় ৩

# সূত্র-কাল

ব্রাহং ১০— সংস্কৃত সাহিত্যগী মনুংদা সূত্র-সাহিত্যগী পুখোরকপগী তাকপগা লোয়ননা সূত্র-গ্রন্থশিং (বেদাঙ্গ) শিংগী বিবরন তাকপগা লোয়ননা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগা মরী লৈনবগী সমীক্ষা তৌ।

পাউথুম ঃ— মাণ্ডুক্য-উপনিষদদা মথল অনিগী বিদ্যাগী মরমদা তাকই। অহানবনা 'পরা' অমসুং অনিশুবনা 'অপরা' হায়না কৌই। পরা বিদ্যানা অখোইবনি, মসিনা অক্ষর ব্রহ্মগী জ্ঞান ফংই। অপরা বিদ্যা চতুষটয়ী (সাধন মরী) অমসুং ষডবেদাঙ্গ (বেদগী অঙ্গ তরুক) নি। ষডবেদাঙ্গগী মনুংদা কল্প, শিক্ষা, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, ছন্দ অমসুং জ্যোতিষ তরুক অসিনি। মমাংঙৈদদি হায়রিবা বেদাঙ্গশিং অসিনা মপ্পা মখোয়গী জ্ঞান ফংবতা নত্তনা লাইরিকশিং অসি তম্বনা বেদগী অর্থ খঙবদা অচৌবা মতেং পীরম্মী। হায়রিবা বেদাঙ্গশিংগী হৌরকফম মতমসি ব্রাহমণশিংগী অমসুং আরন্যকশিংদা য়াওই। তপ্পা-তপ্পা হায়রিবা বিষয়শিংসিদা তোঙান্না তাক্কখী অমসুং অরোইবদদি মখোয়বু বেদাঙ্গ হায়না খঙনরে।

অশেংবদি সূত্র কাল হৌরকখিবা অসি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী মতুংদনি। মতম অসিদদি ঐখোয়না বেদবু ‘ শ্রুতি ’ কৌরম্বদগী ‘ স্মৃতি ’ কৌনরে। সূত্রগী আর্থদি হায়্না তেম্না যাহৈ থয়না কোংদোকপনি। সূত্র কয়ামূক্তী কাওলুকপুগ্ন সূত্র কৌই। মসি য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংনি। সূত্রশিংদা য়াম্না পীকপা অমদি য়াম্না তেনবা বাক্যশিংগী মমুংদা য়াম্না চাওবা অর্থগী কোং-দোকপা ওমী। ব্রাহ্মণ-কালদা যজ্ঞগী বিধি-নিয়ম অসি অসুক্কা মতিক পাক চাওখিরবী মরম অসিনি। মসিবু চিনক্কা ওইনা থম্বা ওয়বগীদমক অপিকপা সূত্রশিংগী হৈব, য়ান্ন, মক ওইরকখি। বিচার তৌনিঙাই ওইবা বিষয়শিংবু নিংশিংহনা মতম চুম্নদা থম্বনগীদমক অসিগুম্বা অপিকপা অতেনব, ‘ সূত্র ’ শিংদগা অচৌবা ম,য় পাকখি। সংসারগী লৈরিবা সাহিত্য পুংমক্তা ভারতীয় ‘ সূত্র-শৈলী ’ য়াম্না ওকপা অমসুং মপা লৈতবা অমনি। অসিগুম্বা সূত্র সাহিত্যগী চংনবী অসুক্কী মতিক হেনগংলকখী মহুনা য়ারিবমখৈ তেনবা ওয়্নবা বিদ্বান পুম্নমক্না হোংলরকখি। মসিদা পতঞ্জলি মহাধীনা অসুম্না হৈরম্মী — “অর্দ্ধ মাত্র লাঘবেন পুত্রোৎসব মন্যন্তে বৈয়াকরনা ঃ ”। হান্নরিবা মমেক তথ্যায় অমত্তং পিকহনবদা মচা নিপা পোকপগুম হরাওই। মসুংদ। সূত্রশিংবু খঙবা পুম্নমক্কী ওইহনকত্রে। মরম অসিদগী সূত্রশিংগী টিকা-ব্যাখ্যা কয়া হৈনরকখি। হৌজিক্কী সূত্র গ্রন্থ খুদিংগী অচৌ অচৌবা ভাষ্য টিকা কয়া কংই মথোয়গী মতেংনা সূত্রশিংগী অর্থ হৈরায় লায়না খঙবা ঙম্মী।

মখোই অদুম্না সূত্র সাহিত্যগী অমা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদগী থাজনৈ। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংঅা গদ্য (ৱাৎলোং) য়াম্না ৱেনবা বাক্যশিংদা ইরম্মী, সূত্র-সাহিত্যদু অসিগুম্ব। অতেনবা গদ্যগী মগুন শীঙথায়। মতুংগী সংস্কৃত সাহিত্যদা য়াম্না শাংবা ৱাহৈ মরাম তপশিনবা সমাস-শৈলী উবিবনি সূত্র সাহিত্যদগী পোক-খিবনি। মমাংগী সূত্র গ্রন্থ পুম্নমক নৈনরবা বিষয়দি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং অমসুং আরন্যক-গ্রন্থশিংনি। মরম অসিনা শৈলীগী কাথক্তা নত্তনা বিষয়গী দৃষ্টি য়েংলগসু সূত্র সাহিত্যগী চাওখৎ-লকপসি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদগী হৌরকখিবনী। মরমদি ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী বিষয় খুদিংবু সূত্র সাহিত্যদা ঙথাকপা লৈতনা য়াওই। অসুম্না থাজনৈ মতুংদি আশ্বালায়ন অমসুং শৌনক সূত্র-ইবা অ'নগী সূত্রশিংগী গ্রন্থ ইখিবনি ঐতরেয় ব্রাহ্মণ নত্রগা ঐতরেয় আরন্যক অসিদগীনি।

## মরু ওইবা সূত্র গ্রন্থশিং অমসুং মখোয়গী কোংদোক্লীবা বিষয়

১) কল্প সূত্র—সূত্র সাহিত্য বেদাঙ্গ কৌনৈ। হায়রিবা সূত্র গ্রন্থশিং নত্রগা বেদাঙ্গ (বেদগী কায়াতশিং) শিংদা 'কল্প সূত্র' খাইদগী মরু ওইবা অমসুং অরিবনি থাজনৈ মখোয়-শিংদা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী ব্যাখ্যা তৌই। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী যজ্ঞানুষ্ঠানশিংগা বিধিশিংবু তেম্না চানকাদা থম্নবগীদমক হায়রীবা কল্প সূত্রশি লেংখিবনী। কল্পসূত্রশি মখল অনিথেক্লা থায়রী—

(১) শ্রৌত-স্ত্র, (২) স্মার্ত স্ত্র। শ্রৌতগী অর্থদি — শ্রুতি হায়বদি বেদ নত্রগা যজ্ঞগা মরী লৈনৈ হায়বনি অহুগা স্মার্ত-স্ত্র মওং অনিদা ফংই, মসিদা খরনা 'গৃহ্য-স্ত্রনি অমসুং খরনা 'ধর্ম-স্ত্রনি।

১) শ্রৌত স্ত্র — শ্রৌত-স্ত্র যজ্ঞ-ক্রিয়াশিং অমসুং মখোয়গী নিয়মনচিংবু চীনকা কায়গা নীওশিংহুনা থম্নবনী। স্ত্র অসি ঋত্বিজশিং অমসুং পুরোহিতশিংগীদমক ইথিবনী। শ্রৌত স্ত্রশিংদা মথল অহুমগী মৈ হায়বদি অহবানীয় ( ইকৌবা মৈ ), গার্হপত্য ( য়ুমগী মৈ ) অমসুং দক্ষিণাগ্নি মৈ হৌবা, অগ্নিহোত্র, দর্শ নত্রগা পৌর্ণমাস্য কৌবা যজ্ঞ, পশু-যজ্ঞ ঋতু যজ্ঞ, সোম যজ্ঞনচিংবগী বর্ণন তৌরী। মরম অসিনা শ্রৌত স্ত্র ধার্মীক ইতিহাসকী মফুং চনবা যজ্ঞানুষ্ঠানশিংদা য়াম্না কায়বা পীবা লাইরিক্নি।

২) গৃহ্য স্ত্র— গৃহ্য-স্ত্রশিংদা মথল কয়াগী বিষয়শিংগী মরমদা ইরী। মখোয়শিংহুগী মরক্তা মীওইবনা গর্ভ লৈবদগী শিব কাওবগী সংস্কার খুদিং অমসুং শ্রাদ্ধ-তর্পণনচিংবগী বর্ণন তৌই। রীতি অমসুং থৌরম পোৎলমশিংগী বর্ণন তৌবনা মসিগী মরুওইবা বিষয়ন। সংস্কারশিংগী মরমদা অমদি মতমহুগী আচার-বিচার, নিয়মনচিংববু উরুবগা থওবা ওন্মী। হায়রিবা সংস্কার ১৬ সিদা লুপ্তণ থাংবা ( উপনয়ন ) অমসুং বিবাহ ( লুহোংবা ) সংস্কারগী সঙ্গো-পাঙ্গ হায়বদি য়াম্না কুপ্না লৈনবা গৃহ্য-স্ত্রশিংদা ফংই। লোয়নলা পঞ্চ মহাযজ্ঞনচিংবগীসু মসিদা

মথক্কীগুম বর্ণন তৌবা উই, খুদম ওইনা 'শতপথ ব্রাহ্মণ' অসিগী। পঞ্চ মহাযজ্ঞবু শুম্বানবা খুদিংনা তাক্লা চংকদবনি মরুওইনা নীপা (গৃহস্বামা) দমক্তদি তৌদবা মায়ক্না অমনি। পঞ্চ যজ্ঞ হায়বদি দেব, পিতৃ, ঋষি, অসুর (অজ্ঞানবা জীবশিং) অমসুং অতিথীশিংগী নুংশীগী সেবা তৌবগী খুত্থাংনি। মতৌ অসুম্না অরুক অমসুং মুমিনাংবাইগী যজ্ঞ — পূর্ণ যজ্ঞ, অর্ধপৌর্ণমাস্য যজ্ঞ অগ্নিহোত্র চাতুর্মাস্য যজ্ঞ চিংবগীসু মরুওইনা বর্ণন তৌবা থেংনৈ। মশিদা নত্তনা গৃহনির্মাণ (য়ুমশারোল), পশুপালন (শা যণ য়োকপা), কৃষি (লৌউ শিংউ) জাস্থ তোনা, উংনব অক-ফন্তগী খুদম ওইবমচিংবগী মথল কল্লাগী বিষয়শিংদা হীবা থেংনৈ। শ্রাদ্ধ কর্মগী মরমদদি য়াম্না পাক শম্না ইরম্মী মহুথি মসিগীদমক তোঞানা অমুক (শ্রাদ্ধ কল্প) হায়না থায়দোক্লা ইরম্মী। মতৌ অসুম্না গৃহ্য সূত্রদা সাহিত্যগী মচাক থাওহ্নবসু মতমগী ভারতীয় সমাজগী য়ুম্বাল কৈবাল, অচার বিচার, প্রান্ত প্রান্ত (মেট) শিংগী রীতি রিবাজ, জীবনগী মথল মথা খবক থৌরম অমসুং সমাজগী নুংগী য়াথল্লোন অমদি হৈনবীশিংগী মপুং ফানা পরিচয় ফংই। হায়রিবা গৃহ্যসূত্রশিংদা বর্ণন তৌরীবা লুহোংগ থোংদোং চংনবী অসি গ্রীক, রোমন, ট্যুটানিক শ্রোবানীকশিংগী লুহোং থোংদোংগী চংনবীশিং চংনবগী ইতিহাসকী মমাংদা লৈরম্মী। মতৌ অসুম্না গৃহ্য-সূত্রশিংদা শমাজ-শাস্ত্র অমসুং জাতী শাস্ত্রগা মরী লৈনবা মচং ওইবা বাকম মরীক চুম্না য়াওই।

৩) ধর্ম সূত্র—ধর্ম সূত্র গৃহ্য সূত্রশিংগী তাক্তক অমগুম

য়াওই। মসি গৃহ্য-সূত্রগী শরুক অমনি। মসিদা বাল্মীক নিয়মশিং অমসুং মিংগী অমদি প্রজাশিংগী চৎনবা নিয়মশিং পাক শন্না বর্ণন তৌই। হায়রিবা ধর্ম-সূত্রশিং অসিদগী যাজ্ঞবল্ক্য স্মৃতি, মনুস্মৃতিনচিংবা স্মৃতি গ্রন্থশিংগী হৌরকফম অমনি চাওখৎলকফম্নি মসিনা ব্যবহার শাস্ত্রশিংসিদি. য়াম্না মরুওইবা গ্রন্থ অমনি।

৪) শুল্ব-সূত্র— 'শুল্ব'গী অর্থদি ওননবা থৌরিগুম হায়বনি। শুল্ব সূত্রশিংগী ইথিলগী মরমদি যজ্ঞগী ভূমি অমসুং বেদিশিং ওন্না শেম্নগী নিয়মশিং তাকই। সূত্র অসি শ্রৌত সূত্রগা মরী লৈনৈ, মরমদি মসিসু যজ্ঞানুষ্ঠানগী মপুং ফাহনব শরুক অমনি। শুল্ব সূত্রদা বেদীগী পাক চাওবা ওনবা মশিংগী দমক মকম থীবা অমসুং বেদী শেম্বনচিংবগী পাক-শন্ন বর্ণন তৌই। সূত্র অসি ভারতীয় জ্যামিতিশাস্ত্রগী য়াম্না লাইবা লাইরিক্নি। মসিদসু নত্তনা জ্যামিতিশাস্ত্রগী সিদ্ধান্ত পূর্থোকথিবগী মতুং পুরকপু নোংচুপ্‌-লোমগী বিদ্বানশিংনা খাজনরিবা য়ুনানী দার্শনিক 'পাইথোগোরস'নু খাল্লনৈ, অহনু জ্যামিতি শাস্ত্রগী ভারতদি চহি চা কয়াগী মমাংগী হায়রিবা শুল্ব-সূত্রশিংদা লৈরম্মনি।

মথক্তা তাক্লিবা কল্প-সূত্র পুম্নমক্কী ইথিলগী মরমদি বেদগী অর্থ ফজনা খঙনবগীদমক্তনি, মরমদি মথোয়দা য়ুম্না যজ্ঞগী বিধি তাকপদা নত্তনা পার্থনা অমসুং ক্রিয়াগা মরী লৈনবা মন্ত্র অমদি মহুগী শিজনবা মওংমচিংবা মসিদা তাক্লী। কল্প-সূত্রশিংগী মথং-মনাও মথাংদা অস্মা পীয়ী।

ক) ঋগ্বেদগী কল্পসূত্র — আশ্বলায়ন অমসুং সংখ্যা-য়ননি। অনি অসিদা শ্রৌত-সূত্র অমসুং গৃহ্য-সূত্র য়াওই।

খ) শুক্ল-যজুর্বেদগী কল্পসূত্র— কাত্যায়ন শ্রৌত সূত্র, পারস্কর-গৃহ্য-সূত্র অমসুং কাত্যায়ন শুল্বসূত্র মসিদা সূত্রগ্রন্থ অহুম লৈ।

গ) কৃষ্ণ যজুর্বেদগী কল্প-সূত্র— মসিগী বৌধায়ন অমসুং আপস্তম্ব শাখাগী কল্প-সূত্র মাইপৈ খুদিংদা মপুং ফাই। মরমদি মসিদা শ্রৌত, গৃহ্য, ধর্ম অমসুং শুল্ব মখল খুদিংগী সূত্র য়াওরী।

ঘ) সামবেদগী কল্প সূত্র— লাটায়ন অমসুং দ্রাহ্যায়ন শ্রৌত-সূত্র, জৈমিনীয় শ্রৌত-সূত্র জৈমিনী গৃহ্য-সূত্র, গোভিল অমসুং খদির গৃহ্য সূত্র মসিং লৈবনি। বেদ অসিগী আর্ষেব কল্প-সূত্রসু লৈ।

ঙ) অথর্ববেদগী কল্প সূত্র— বেতান শ্রৌত-সূত্র অমসুং কৌশিক সূত্র মসিং চংলি। মসিদা মখল কয়াগী জাদু, ইন্দ্রজাল নচিংবগী বর্ণন তৌই। প্রাচীন ভারতকী ফত্তব হৈনবীশিং অমসুং জাদুনচিংবগী তন্ত্রবিদ্যাদগী সূত্রশিংসি য়াম্না মরু ওই।

২) শিক্ষা-সূত্র — শিক্ষা-সূত্রসু কল্প-সূত্রশিংগী মতো-ল্লম অরীবা অমনি। কল্প-সূত্র ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগা মপুং ফাহন-বগুম, শিক্ষা সূত্রশিংনসু সংহিতা গ্রন্থগী মপুং ফাহনবা লাইরিকশিংনি। শিক্ষা-সূত্রশিংদা বৈদিক সংহিতাশিংগী খোন্থোক চুম্না-চুম্না তৌহনবা নিয়ম তাকই। শিক্ষা-সূত্রশিংগী অরীবা মঙ তৈত্তিরীয় উপনিষদ (১—২) দা থাকই, মসিদা সূত্রশিংগী

প্রকরণ ৫ গী ইবা থোংনৈ। প্রকরণশিংসিদা মথংশিংনা বর্ণ, স্বর মাত্রা, বল, শাম অমসুং সন্তানগী মিংদা তাক্লি। সংহিতা পাঠ অমসুং পদশিক্ষাগী থুাইদগী মীরবা মওংনি। মসিনা শেংনা থওলে মহুদি শিক্ষা সূত্রশিংগী পান্দমদি যজ্ঞগী মন্ত্রশিং উচ্চারণ চুম্না তৌনবা অমসুং বেদগী উচ্চারণদা করিগুম্বা অরানবা য়াওহিদনবনি। ঋগবেদগী সংহিতাপাঠগী পদপাঠ শাকল্য মুনিনা তৌখি, মসি ঐতরেয় আরন্যদা য়াওই।

শম্না হায়রবদা সংহিতা পাঠ অমসুং পদপাঠ শিক্ষাগী থুাইদগী অরীবা মওংনি। শিক্ষা কৌবা বেদাঙ্গ অসিগী থুাইদগী অরীবা রচনাশিংদি 'প্রাতি শাখ্য' নি, মসিদা সংহিতা পাঠ তৌহনা পদপাঠ শেম্বগী নিয়ম পীরি। লোয়ননা ধ্বনি-নিয়মশিংসু ইঙ্গিত ওইনা তাক্লি। স্বর মথেকশিংগী দীর্ঘ, হ্রস্ব, প্লুত উচ্চারণগী বিধি, বল, মাত্রা অমসুং বর্ণশিংগী লঘু-গুরু ওইবগী নিয়মশিং অমসুং সংহিতাশিংগী উচ্চারণ অমসুং ধ্বনিশিংগী নিয়ম খুদিং শিক্ষা-সূত্রশিংদা ফজনা ইবা উই। ঋগ-বেদগী প্রতিশাখ্য আশ্বলায়নগী গুরু শৌনকনা ইবনি হায়নৈ। গ্রন্থ অসি পদ্য (শৈরেং) মওংনি, মসি প্রাচীন-কালদা সূত্রগী মওংদা লৈরম্মী। তৈত্তিরিয় প্রাতিশাখ্য সূত্র তৈত্তিরীয় সংহিতাগীনি। কাত্যায়ননা ইবা বাজসনেয়ি সংহিতাগী বাজসনেয়ি প্রাতিশাখ্য সূত্র অমা লৈ। লোয়ননা অথর্ববেদগী প্রাতিশাখ্য সূত্র অমা লৈ, মসি শৌনক শাখাগীনি হায়না থাজনৈ। সামবেদগী প্রাতিশাখ্য সূত্র অমসু লৈ, মসিবু পুষ্প সূত্র হায়নসু খঙনৈ।

অমসুং মসি দাম বগী উত্তরগাগী প্রাতিশাখ্য সম্নদি। মসিগী লোয়নন পঞ্চবিধি সূত্র অমসু ফংই, মসি মখোয়দা শক্রবা সাম-বেদগী গীতশিংগী নিয়ম খুদিং পীরি। মথক্তা তাক্লিবা প্রাতি-শাখ্যশিংগী কাম্নগা মথক্ত অনি থোক্লা য়ানে। অহানবগী মসিনা সংস্কৃত ব্যাকরণগী ইতিহাসতা পীরী। অনিশুবনা অসিনা তাকপদি প্রাতিশাখ্যশিংগী মতমদগী হৌজিক ফাওবা চহি লীশিং কয়া হৌত্রবস্থু সংহিতাশিংগী পাঠ তৌবদা করিগুম্বা অমত্তা খেন্নবা লৈত্রিবসে। প্রাতিশাখ্য ব্যাকরণগী লাইরিক অমদি নত্তে, অদুবু মখোয়না ব্যাকরণগী বিষয়শিংদা লৈনবা উই।

প্রাতিশাখ্যশিংগী কান্নবদি মসি শিক্ষা বেদাঙ্গগী থাইদগী লীন্নবা মওং অমনি। মসিদা নত্তনা শিক্ষাগা মন্নী লৈনবা গ্রন্থ থরগসু ফংই মসি ভারদ্বাজ, ব্যাস, বসিষ্ঠ, যাজ্ঞবল্ক্যনচিংব-শিংনা ইবনি হায়নৈ। তৌইগুমসুং মসি কোন্না ইবীবনী। গ্রন্থ থরদি অরীবসু য়াওই; মতুদি তৈত্তিরীয় প্রাতিশাখ্যগী মন্নী লৈ-নবা ব্যাস শিক্ষা কৌবা অমা থেংনৈ, মসি য়াম্না লীরবা অমনি। মসিদা নত্তনা শিক্ষা বেদাঙ্গগা মান্নরপ তৌবা "অনুক্রমনিবা" থবা ফংই, মসিদা বৈদিক সংহিতাশিংগী সূচী পীরি অমসুং কাত্যায়ননা হবনী থাজনৈ।

৩] নিরুক্ত ঃ নিরুক্তদা হুপ্পা ঐখোয়না মতম অসিদা মহর্ষি য়াস্কগী গ্রন্থ খক্তং ফংই। অদুবু অতোপ্পা গ্রন্থ কয়াসু ইখি-রমগনি হায়বদা চিংনম লৈতে, তৌইগুমসুং ওসদি অতৈ অতোপ্পা অমা ফংখিদরে। নিরুক্ত কৌবা বেদাঙ্গদগী খণ্ডলে

মহুদি ঋগবেদগী পাঠ অচুম্বা অমনি। অনেক্ক চঙি ওইমা অমদি "নিঘণ্টু" সু যহুথি য়াস্কনা ইবনি হায়রে। মসিদা হাইছেলিংগী মখোং পীরী। তৌইগুমসু মুক্তা য়েংলবদি নিঘণ্টু য়াস্ক মিরিবনা ইবা নত্ত, মরমদি য়াস্কনা অসি মহাক মথাখা য়াওরদ্রী। মহাক্কী হায় মহাক্দি নিঘণ্টু মমাংদগী ঋষিশিংনা ইবখ্রবী। য়াস্কনা শুন্না মসিগী টীকা ইবনি। নিঘণ্টু অসিসু বেদগী অর্থ কন্না খঙবা ঙম্নবা ইথীবনি। নিঘণ্টুদা হায়রিবশিংবু মতম মতম থোক্লা লুচী পীরী মসিবু অমুক শব্দক অর্থ থোক্লা হায়দোকই মখোয়গী মথং মনাও মথংশিংনা ১) নিঘণ্টু কাণ্ড ২) নৈগম কাণ্ড ৩) দৈবত কাণ্ড নি। নিঘণ্টু কাণ্ডদা বৈদিক মন্ত্র শব্দশিংগী অমসুং মঙাক মকাওইবা পীরী। নৈগম কাণ্ডদা বেদকী অরুবা হায়শিংগী ব্যাখ্যা। শেষ্ক্ষি অচুপা দৈবত কাণ্ডদা পৃথিবী আকাশ অমসুং অন্তরিক্ষকী দেবশিংগী বর্ণন থোক্লা ব্যাখ্যানা তাক্লী। বৈদিক ভাষ্যশিংনা নিরুক্তগী কম খুদংদগী য়াংনা দৈ। য়াস্ক ঋষিগী মতম অরেপ্পা তাকপদা বৃদ্ধা থোকই অহুমূ খৃঃ মমাং ৫০০ অমসুং ৬০০ অহুম্বাইদা য়াস্ক শোয়দনা ওইরমগনি।

৪) ছন্দ ঃ—সূত্র-সাহিত্যদা ছন্দ-সাহিত্যগীসু বর্ণন তৌই। ছন্দ সাহিত্যসু বেদাঙ্গ ( বেদগী শরুক ) অমনি। সামবেদগী নিদানসূত্র ছন্দগী সূত্র মঙ্গী, মতমদি মসিদা ছন্দ থক্তংগী বিবেচন তৌখা ওই। অহুমূ সামবেদগী স্রোত্র অমসুং উপৈগা মরী লৈনবা নিয়ম থক্সু মসিদা য়াওই। ব্যাকরণগী মিংয়েংদসু ছন্দ গ্রহশিং য়াম্না কাম্বা অমনি। ঋগবেদ অমসুং যজুর্বেদগীসু ছন্দগা

মরী লৈনবা গ্রন্থবু 'পিঙ্গল' হায়না কৌই। তৌইগুম্বসু মসিগী শাখা অমি লৈ। মরম অসিনা মসি মখুংদা ইবা মাঙ্গী। লোয়নবা মসিদা ৱাওবা ছন্দ খরগী বিচার তৌবদা ভুল। ইখিবা কাব্যশিংদা ৱাঙ্গমা থোকনে।

৫) জ্যোতিষ ঃ— জোতিষ অসিসু বেদাঙ্গ অমনি। জ্যোতিষকা মরী লৈনবা সূত্রশিংদা [জ্যোতিষ অঙ্গ] কৌবা অপীকপা গ্রন্থ অমা লৈ, মসিদা নক্ষত্র ২৭, গা অমসুং শুক্লপক্ষশিংবা গ্রহুং শিংদা বিচার তৌরি। মসিদ নক্ষত্র ২৭ কী মরাইদা মুমিং অমসুং থানা লৈবগী মতমদা মসুং কানা বিচার তৌই অমসুং নক্ষত্রশিং কপ্পা থৌকগী নিয়মশিংবা তাকই।

৬) ব্যাকরণ ঃ— ব্যাকরণগা মরী লৈনবা প্রাচীন গ্রন্থশিংদি অমাম্বা শাংখিদ্রবা ফংদ্রে। বেদাঙ্গ অসিগী ইখিংদগী মরমসু লেহ হুক্কপা খুদোং চাবগীদমক্তনি। অরন্যকশিংদা থীখোরদা মফম মকখদা ব্যাকরণগী-সূত্রদা খাইদগী লীরবা গ্রন্থ কংলিকদি, পানিনি-গী 'অষ্টাধ্যায়ী' খাইদগী মখিং লৈবা অমদি কায়রা সূত্রগী লাইরিক্তি। ■

অধ্যায় ৪

# মহাকাব্য-কাল

**রাহং ১১— রামায়নগী লেংখিবগী মতম অমসুং মসিদা হাপচিনখিবা শরুক্কী সমীক্ষা তৌ।**

পাউখুম ঃ— ভারতীয় সাহিত্যে শাস্ত্রী রামায়নবু অহানবা অমসুং রামায়ন ইখিবা বাল্মীকি মুনিবু অহানবা কবিনি হায়। রামায়নদা হুপা যুদ্ধ (লল), অমসুং বিজয় ওইবগী বর্ণন তৌবতা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মশিদা অলংকার শাস্ত্রগী ভাষাগী মথুংদা মীওইবগী পুন্সি অমসুং প্রকৃতিগী থাইদগী ফজরবা অমসুং অরাংবা সাহিত্যগী চিত্র মশিদা মপুং ফানা বণন তৌরী। মতৌ অসুম্না রামায়ন ইতিহাসিক কাব্য অমা ওইবগা লোয়ননা অলংকারিক শৈলীগীসু অয়েৌবা য়োনা ফজরবা মওংদা ইবা মহাকাব্যনি। সংসারগী লৈখিবা লাইবিক খুদিংদগী থাইদগী হুম্না মীয়াম পাম্নবা মহাকাব্যনি অমসুং মহাকাব্য অদিনা লেংখিবা মতমদগী হৌজিক যাওবগী কাব্য-লেখক অমসুং নাটকাবশিংগী থম্মোয় ওইরিবা মথোয়গী অপাম্নবা রাবনগী লংলা পীরিবা অমসুং অনৌবা থৌনা ফংহন্দুনা লাক্লি। মসি কাব্য-মহাকাব্য, নাটক অমসুং বারী রচনা খুদিংমক্কা জন্মদাত্রী (পোক্কফম) ওইরী অমসুং মসিগী বিষ্ণু, গরুড়, ভাগবত

অগ্নিন চিংবা পুরাণ ১৮ শিংদা শ্রীরামগী পরাক্রমগী ৱারী য়াওই। ভাস, কালিদাস অমসুং সংস্কৃতকী অতোপ্পা অরাপ্পা কবিশিংনসু মহাকাব্য অসিগী মতিক-মগুণদগী মহাকাব্য কয়া ইখী, অহুম্বা বৌদ্ধ ধর্মগী মহাকাব্য অশ্বঘোষনসু চিংনবা অমত্তা য়াওদনা রামায়নদগী কাব্যগী মচাক কয়া লৌখিনা ইখী। জৈন সাধু বিমলসুরি ( খৃঃ অহানবা শাস্বাত ) গী গ্রন্থসু রামায়ণ মহা-কাব্যদগী লৌখিনা ইখিবনি। বৌদ্ধ গ্রন্থশিংগী তিব্বতিশিং অমসুং চীনাগী অনুবাদশিংদসু রামগী থৌনা ফবা, জয়, পরাক্রমগী ৱারীনা পীক থল্লী, মসিনা তাকপদি রামায়ন মহাকাব্য অসিমক্কী শীনবনি। . স্যাম, বালী অমসুং মসিগী অনকপদা লৈবা লৈবাকশিং অমসুং দ্বীপশিংদা রামায়নগী মরুওইবা পাত্রশিংগী য়াম্না ফজ-ফজরবা কলাপূর্ণ মূর্তিশিং ফংহ। মতৌ অসুম্না রামায়নগী মসুংদা য়াওবা রামগী শাগৈ খুদিংদা মগুণ শন্দোকপা উই। মসিগী মরমদি রামায়নগী রামগী ৱারীসু অঙকপা অমসুং পুক্নিং হুবা অমা ওইবননি।

হৌজিক্কী রামায়নদা হাপচিনবা অমদি পাঠ খেন্নবা কয়া য়াওই, মসিগী অশেংবা অচুম্বা থন্দোকপা য়াম্না লুই, খুদম ওইনা — রামায়নগী অহানবা কাণ্ড অমসুং মুনি ওন্থোকপা কাণ্ড বিদ্বান কয়ামুক্না বাল্মীকি মুনিনা ইবা নত্তে হায়না থাজনৈ। মখোয়গা মত মতুং ইন্না কাণ্ড অনি অমসুং পুরাণগী ৱারী কয়া রামায়ণদা য়াওরিবাসি কুশিলব নত্রগা অতোপ্পা কবিশিংনা প্রজা মীয়ায়া পাম্নবা হাপচিনখিবনি।

রামায়নগী বালকাণ্ডদা ব্রাহ্মণ ধর্মগা মরী লৈনবা ৱারী কয়া য়াওরী অমসুং ৱারীশিং অদু মহাভারত অমসুং পুরাণশিংদসু য়াওই। মথোৎশিংগী মরক্তা ঋষি শৃঙ্গ, বশিষ্ঠ, বিশ্বামিত্র, শুনঃশেফ, রোহিতাশ্ব, হরিশ্চন্দ্র, বামন, কার্তিকেয়, সগরপুত্রশিংবা ৱারীশিংনি, হায়রিবশিংসি মপুং ওইনা ৱারী ইথমশথনা য়াওই। অৱেংজবা কাণ্ডসু মহাভারতকা চপ মান্নব। ধার্মীক ৱারীশিং য়াওই। রামায়নগী মরক ওইবা ৱারীদদি সীতাগী বন বাস অমসুং লব-কুশবু সিংহাসন শিন্নরগা। রামগী স্বর্গারোহন নি অদুবু মসিদা য়যাতি, নহুষ, ইন্দ্র, বৃত্রাসুর, বসিষ্ঠ অগস্ত্যগী জন্ম কথা অমসুং পুরুরবা উর্বশী নচিংবা ৱারা কয়ামুম য়াওরী। মতো অসুম মফম কয়াদা অমগা-অমগা চানদব। ৱারী কয়া কাণ্ড অনিসিদা য়াওই। মসিদসু নত্তনা অহানবা অমসুং তরেৎশুব। কাণ্ডগী ভাষা শৈলীসু অতোপ্পা কাণ্ডশিংগা পুম্নখন খেন্নে। অনিশুবা ৱাকন্না কাণ্ড অনিসিদা রামবু বিষ্ণুগী অবতার ওইনা লৌহ অদুগা অতোপ্পা কাণ্ডশিংদদি রামবু পুরুষোত্তম হায়না শীঙথাই। অহেনশুবা, অমনা কাণ্ড অনিসিদা ৱারীগী খোংজেল অটৈ কাণ্ডদা চৎপগুম চত্তে। কাণ্ড অনিসিদা লাকপা ৱারী মচাশিংনা মপুং ওইবা ৱারীগা প্রবাহ ( ঈচেগ ) লেপ্নগুম তোপ্রে, অদুম ওইনমক মহাভারত কাবদা ৱারা য়াৎপগুম্মদি য়াওদে। 'ৱিন্টরনিটজ অমসুং অতোপ্পা বিদ্বান কয়াদি' মৎতা শীন্নবা প্রমাণশিংনা মরম ওইদুনা কাণ্ড অনি অসিবু হাপচিখিবনি হায়। মসিগী অচোবা মরম অমনা বাস কাণ্ডগী

অহানবা অমসুং অহুমশুবা সর্গদা বিষয় সূচী ( লীষ্ট ) পীরী-বদুগা উত্তরকাণ্ড হায়বদি তরেৎশুবা কাণ্ড য়াওদে।

'জেকোবী' গী মত মতুং-ইন্নদি রামায়নগী রারী লোয়-শিনবগী সূচনা লঙ্কা কাণ্ডদা লৈই। মরম অসিনা উত্তরকাণ্ড লোয়দনমক তুংগী ওইগনি। লোয়নবা মসিগী বারী থম্বদি মখোয়গী লংদা-লংজিন অতোপ্পা কাণ্ডশিংদা শুকয়াওন্নাওরে। অদুম ওইনা উত্তরকাণ্ড য়াম্না লুইনা লৈরবা তুংগীদি নত্তে। মন্নদি বৌদ্ধশিংগী 'দশরথজাতক' দা পালী ভাষাগী মহুংদা উত্তরকাণ্ডগী মওংদা ইবা শ্লোক অমা য়াওরী। হায়রিবা জাতক অসি খৃঃ মমাং অহুমশুবা শতাব্দীন থাজনৈ। মরম অসিনা মসি চুম্লবা রাক্কমনি হায়বদি উত্তরকাণ্ডগী ইখিবা জাতকী মমাংদা ওইরম্মগনি।

আদি কাব্য হায়না খঙনবা রামায়ন 'চতুর্বিংশতি সাহসি' (২৪০০) হায়নসু কৌনৈ। বিদ্বানশিংনা হায়নবা অমদি মসিগা শ্লোক লিশিং অমগা অহোবা ময়েক গায়ত্রী মন্ত্রগী ময়েকশিনা হৌই অহুগা গায়ত্রী মন্ত্রগী ময়েক ( অক্ষর ) থুদিং কাব্য অসিদা য়াওই। মিংয়েং অসোম্মদা য়েংলগদি নোংচুপকা বিদ্বানশিংগী মত চুনদবা অরেম্বা ওই। তোইশুমসুং অহানবদা গায়ত্রী মন্ত্রগী রাফম সিদ্ধ তৌব তাবনি। হাপচিনবনি থাক্কবা কাণ্ডবুনদি মসিগী পাঠ অমত্তা ওইবগী মওংদসু চিংনবা লোকই মরমদি বম্বই, বঙ্গাল, মদ্রাস অমসুং কশ্মীরা সংস্করনশিংদা পাঠ য়াম্না থেন্নৈ। মরম অসিনা মসি অরেপ্পা হায়বা ঙমদে হায়বদি

করম্ব। সংস্করন চুমই, করম্বনা চুমদে অমসুং রামায়নগী অচুম্বা অশেংবা মওং করম্বদা য়াওরী হায়বা ঙমদে।

বাহ্য সাক্ষ্য—( অপাঙ্থোংগী শাক্ষী ) রামায়ন মহাকব্যগী বিকাশ অমসুং রচনা-কাল য়েংলুরগা খঙবা ঙম্মী মহুদি বৈদিক সাহিত্যদা 'রামায়ন'গী মরমদা করিমত্তা ইবা থেংনদে। অদুবু 'রাম কথা'গী মমি থবদি ওবা উই। তৌইগুমসুং মসিসু শেংনা হায়বা ঙমদে মহুদি উপনিষদশিংদা য়ু,ওবা প্রসিদ্ধ রাজা জনক রামায়ন কাব্যগী মিথিলাধীশ জনক ওইরীব্রা ? 'বেবর মহোদয়না' রামায়নগী মরী অসি যজুর্বেদদা তিনশিন্নবা হোৎনরম্মী অমসুং জেকোবীনা ইন্দ্র অমসুং বৃত্রাসুরগী লালবু রাম রাবনগী লালনি হায়নবা হোৎনখি। ঋগবেদদা সীতা দেবীগী মওংদা বর্ণন তৌই। সূত্র-গ্রন্থশিংদা সীতাগী প্রার্থনা তৌবা থেংনৈ, অদুবু বৈদিক সাহিত্যগী ময়েক শেংবা অমসুং য়াম্না শুন্না অর্থদা ইবা অমসুং মসিগী লোন য়েংলগা করিগুম্বা অরেপ্পা মত অমা পীবা য়াম্না লুই।

বৌদ্ধ অমসুং জৈন সাহিত্যদসু রামগী মযেক শেংনা য়াওই। বৌদ্ধ কবি কুমারলাত ( খৃঃ ১০০ গী কল্পনা মন্দিকা ) দা ইবা থেংনৈ মহুদি রামায়ন মঙম অদুদা প্রজা মীয়াম্না পারম্মী। জৈন কবী বিমলসূরিনা রামগী রাবীবু মহাকী 'পদ্মচরিত্র' কৌবা প্রাকৃত ভাষাগী মহাকাব্যদা য়াওই। কাব্য অসিগী রচনা কাল মহাবীর স্বামীগী শিংবা মতুং চহি ৫০০, খৃঃ ৭২ দা ইখিবনি। মহাকবি অশ্বঘোষনা খৃঃ ৭৮ দা

ইবা মহাক্কী 'বুদ্ধচরিত্র' কৌবা মহাকাব্যদা রামায়নগী সুন্দরকাণ্ডগী উপমা কয়া অমসুং উৎপ্রেক্ষা কয়া মহাক্কী লাইরিক্তা ইরী। বৌদ্ধশিংগী 'দশরথ জাতক' দা রামগী রাজ্জী মপুং ফানা ফাওই, মসিদা রামবু বুদ্ধগী মমাংদনি হায়না ইরম্মী। জাতকশিংগী মতম খৃঃ মমাং চহি ৩০০ দনি হায়না খাজদে। মরম অসিনা মসি চুমবা থাকমনি মহাদি রামায়ন হায়রিবা মতমসিগী মমাংদা কাণ্ড তারেৎমক ইবা। লোয়রমগনি অমসুং বৌদ্ধ অমসুং জৈনশিংনা রামগী রাজ্জী খজবু খওবা ওইরমদে, হায়বদি মসিগী কাণ্ড তারেংমকপু মতম অহানবু ফঙনা খঙনরম্মী।

বিন্টরনিটজ না বৌদ্ধ-গ্রন্থশিং অমসুং রামায়নগী মথংমনাও পরিংদা ইবনি থাজবা নোংচুপলোমগী বিদ্বানশিংগী মত লৌহনা অমুম্না ইরম্মী মহাদি 'ভেবিদ মহোদয়' না বৌদ্ধ-গ্রন্থশিং অমসুং রামায়নগী হৌরকখিবা অসি ভারতকী নোংপোক প্রদেশনি হায়রম্মী। তৌইওমসুং মহাক্কী মত ওইনদি রামায়ন ইখিরসি বৌদ্ধশিংগী 'দশরথ জাতক' গী মতুংদা ইখিবা ওইরমগনি মরমদি 'দশরথ জাতক' তা দশরথকী মৃত্যুগী সন্দেশ ভরতনা মহুগী পাউ পুরকপা, রাম অমসুং সীতাগী তর্পণ তৌবা, রামনা ভরতপু খেন্বা, রামগী চহি ১০০০ অমা শাসন তৌখিবনচিংগী বর্ণন তৌরী। মতৌ অমুম্না মমাংঙৈগী বৌদ্ধ-রাজাশিংদা সু। রাম অমসুং রাজ্জী রাওবা অমসুং রাক্ষশিংহদা হিংচাবা কয়া (দৈত্য) রাক্ষসশিংগী বর্ণন তৌনা-তৌনা রাবন, রাক্ষস,

অমসুং য়োংশিংগী রারী য়াওরুমদবনা মশি শক্তঃ মমাং চহি চনি-চহুম হায়বনি ত্রিপিটক সাহিত্য ইবা মতম অসিগী মমাংদা রামায়ণ-কাব্যগী মওংদা লৈত্রি, হুপ্না রামগা রারী ওইনা মৌখিকী মওংদা লৈরী। তৌরগুমসুং 'দশরথ জাতক' তা উত্তরকাণ্ডগী শ্লোক অমদা পালি লোন্দা হান্দাকপা অমসুং রামায়নদা বৌদ্ধশিংগী মরমদা করিগুম্বা রাহৈ অমা ফাওবা ইরমদবা অদিনা। তাকপদি রামায়ন জাতক-কথাগী হৌরকফম ওই হায়বদি সিদ্ধ ওইরে অমসুং রামায়নগী নির্মাণ জাতক-কথাশিংগী মমাংদা ইখিরনি। রামায়নগী মফম অমদা 'বুদ্ধ' হায়না রাহৈ য়াওই অহুবু মসি অতোপ্পা অর্থদা য়াওবনি অমদি হাপচিনখিবনি।

ডেবিডকী মতৌগুম বেবরগী মতমসু অসুম্না হায় মহাদি রামায়নগী হৌরকপগী রারী অসি বৌদ্ধ সাহিত্যগী রাম-কথা অহুমক্লি। তৌইগুমসুং মখোয়গী মত অসি চুমদবা মান্নী। মরমদি বৌদ্ধশিংগী অহানবা অমসুং প্রমান-গ্রন্থ রামগী পুকচেল চাওবা, অচুম্বা চৎপগী অমসুং নোঙ্গুকপগী থাগৎপা অমসুং মহাকপু বীরনায়ক, সত্য পুরুষ অমনি থাজৈ হায়রিবসিনা রা-মায়নগী অচৌবা মমী তাবগী তশেংনা ফোংদোকই। অহুম ওইনমক অসুম্না হায়বা য়াই মহাদি বৌদ্ধ লোক মখোয়গী বিচারগী অহোবদা রামায়ন মাহকাব্য থঙলমদবসু য়াই অমসুং থওব তারবসু ব্রাহ্মণ ধর্মগী বিরোধী ওইবা মরম্না রামগী রারোবু অশেংবা বর্ণন তৌদত্রা নত্রগা মখোয়না থৌশাদবনরা। তৌইগুমসুং

মসিদি চুমবা রানি মহুদি রামায়ন বৌদ্ধশিংগী মমাংদা ইখিবনি। বিধান খরদি ছন্দ রচনাগী মওং হেংলগা রামায়নসু বৌদ্ধ-গ্রন্থশিংগী তুংদা ইখিবনি। অহুবু মসি ওইথোক ওইদবা পংহাই হায়রবনি। তৈকোবী মহৌদয়নসু ভাষা শৈলী হেংলগা রামায়ন বৌদ্ধদগী অরীবা অমনি হায়রবা য়াবি। মহাকী মত মতুং ইন্না অশোককী মতমদা সংস্কৃতকী প্রয়োগ তৌরমদে অদুগা পালি ভাষা মওম ওহুদা য়াম্না চংনরম্মী। মতম অদুদা সংস্কৃত ভাষা প্রজা মীয়ামগী লোণ ওইদ্রে। মতম অদুদা সংস্কৃত সুপ্না সাহিত্য ভাষা খক্তী লোণ ওইরে। অশ্বঘোষনচিংবা বৌদ্ধ সংস্কৃত ভাষাদা মখোয়গী সাহিত্য ইখি। মরম অসিনা রামায়নগী প্রাচীনতা মপুং ফানা চুনহে।

আন্তর সাক্ষ্য ( নুংগী সাক্ষী )— মথক্তা দৈনখিব মপান্দগী সাক্ষীশিংগীতা নত্তনা মুংগী ওইবা সাক্ষীশিংদসু নিংশিংনা খরদং থমজনা বিচার তৌগনী মহুদি পাটলিপুত্র নগরগী স্থাপনা খৃঃ মমাং চহি ৫০০ মগধ নরেশ অজাতশত্রুনা গঙ্গা অমসুং সোনগী সঙ্গমদা শেমখিবনি। রামায়নদা রাম গঙ্গা অমসুং সোন সঙ্গম লান্দুনা বন চংখিবগী বর্ণন তৌই, তৌইগুমসুং পাটলিপুত্রগী বর্ণন তৌদে। মরম অসিনা রামায়নগী খৃঃ মমাং চাহি ৫০০ দা ইথ্রবনি হায়বসি চুমে।

অমশুংবনা, কোসল রাজ্যগী রাজধানী রামায়নদা অযোধ্যানি তাক্লী, অদুম ওইনা বৌদ্ধ গ্রন্থশিংদা সাকেত হায়না কৌই। লবনা মহাকী রাজধানী শ্রাবস্তীদা শেমখী। মরম অসিনা

রামায়নগী রচনা মতম অহানা শোয়দনা ইখিরমগনি কৌশল প্রদেশকী রাজধানী শ্রাবস্তী ওয়্রিদৈ হান্নবদি অযোধ্যা ওইং-খ্রীদৈ শ্রাবস্তীগী রাজধানী শেমখিবগী বারী মতুংদগী খাওই। মহুখি কৌশল-নরেশ প্রসেনজিত শ্রাবস্তীদা শাসন তৌরম্মী, মরম অসিনা রামায়ন প্রাচীন ওই।

অহুমশুবনা, রামায়নদা বিশালা অমসুং মিথিলা লৈবাক অনিসি স্বতন্ত্র ওইনা লৈরম্মী। বিশালাগী স্থাপনা ইক্ষাকু-পুত্র বিশালানা শেমখিবনি অমসুং মিথিলাগী নিংথৌ রাজা জনক সীতাগী মপানা ওইরম্মী। তৌইগুমসুং বৌদ্ধগী মতমদা লৈবাক অনিসি বৈশালী হায়না কৌহনা অমত্তদা পুনশ্রে অমসুং গণতন্ত্র লৈবাক চংনরম্মী। মরম অসিনা রামায়ন বৌদ্ধ ধর্মগী মমাংদনি হায়বা চুম্মে।

মরীশুবা, ভারতবর্ষগী খা থংবা শরুকী রামায়নদা য়াম্না তমথীবা জঙ্গলী জাতীশিং লৈরম্বগী বর্ণন তৌই। মফম অসিদা ঋক্ষ, বানরনচিংবা চাওথকুবা অমসুং ত্রাইবেল জাতীশিং খুন তারম্মী। আর্য-সভ্যতাগী শন্দোকপগী মমাংদা খা ভারত যাম্না চাওখৎলমদে, মরম অসিনা খা ভারতা আর্য জাতী শন্দোক-ত্রিদৈদা রামায়ন ইত্রবনি।

মঙাশুবা, রামায়নগী অহানবা বালকাণ্ডগী মতুং ইন্না অন্নম্না হায়বা য়াই মহুখি অমাং ভারত আর্য জাতীশিংগী 'কৌসল, অঙ্গ, কান্যকুব্জ মগধ, মিথিলানচিংবা অপিক-অপিকপা লৈবাক লৈরম্মী। হায়রিবা রাজনীতি ফীবমশিং অসি বুদ্ধ ভগবান

পোকখ্রিংঙগনি। মরম অসিনা বৌদ্ধশিংগী মমাংদা রামায়ন ইবা লোয়রে।

তরুকপুবা, প্রোফেসর সিলবেন না, বিষয় অসিদা চুম্না থিজিনখী। মহাক্কী থাজবনি মহাক্কী বৌদ্ধ গ্রন্থ 'সদ্ধর্ম স্মৃতু উৎথান' চিংনবা লৈতনা হায়বা য়াই মহুদি লাইরিক অসি বাল্মীকি মুনিগী লমন তোল্লী। মথক্তা পীরবা গ্রন্থগী জম্বুদ্বীপকী বর্ণন রামায়নগী দিগ বর্ণনগা চপ মান্নে মসিদসু নত্তনা গ্রন্থ অসিদা য়াওবা তুরেলশিং, সমুদ্র, লৈবাকশিং, অমসুং দ্বীপশিংগী বর্ণনসু চপ মান্নবা মওংদা ইবা থেংনৈ।

অরোইবদা, ঐখোয়না মসি লেপ্পা ঙম্মে মহুদি রামায়ন ইখিবা অসি বৌদ্ধ ধর্মদগী হান্না অমসুং মসিগী রচনা কাল খৃঃ মমাং চহি ৫০০ গী অহৃাই ওইরমগনি। প্রোঃ বেমর না রামায়নদা মক্ষম অনিথক্তা ইবা 'যবন' রাহৈ অনিসিগী মতু মতুং ইন্না রামায়ন য়ুনানীশিংগী মখি তায় অমসুং মসি মখোয়গী মতুংদা ইখিবনি, তোইশুমসুং প্রোঃ জেকোবী না মথক্কী অসিবু য়ানিংদবা কোংদোক্লুনা হায় মহুদি রামায়নদা লাকপা যবন রাহৈ অসিমক খৃঃ ৩০০ গী মতুংদা ইহনা হাপচিনখিবনি। মরমদি কারণুম্বা বাল্মীকি বুদ্ধগী তুংদা পোকখিবা ওইরবাদ মীয়ামগী লোল প্রাকৃত ভাষাদা মীপুংমবা পাংনবা রামায়ন মহাকাব্য ইরমগদবনি। মরম অসিনা চিংনবা লৈতনা ঐখোয়না হায়বা ঙম্মে মহুদি রামায়নগী রচনা-কাল বুদ্ধ-কালগী মমাং খৃঃ মমাং চহি ৫০০ অহৃবাইদনি।

ৱাহং ৬২—মহাভারতকী রচনা কাল অমসুং মরু ওইবা বিষয়গী মরমদা সমীক্ষা তৌ।

পাউখুম :- মহাভারতকী মহৎগী মরমদা ভারতকী মিংথেংদা হায়রবা তারবদি মহাভারত ফল মরী পীনবা, থবক খুদিং মায়পাকহনবা অমসুং কোকিলগী চুংশিরবা শৈশকী মতৌগুম অরাবা পুম্নমকপু কোকহনবনি। মসিগী বিজয়গী শৈশক পুন্সিবা বিজয় কংহল্লী অমসুং ভারতীয় সংস্কৃতিবু অয়োবা থাক্তা মশক কক্কহল্লী শান্তিগী পুন্সী মরেল হৌরকফম মহাকাব্য অসিনা পুন্সীগী লুরলুরবা সমস্যা পুম্নমকপু কোকহনবা ওইবা মহাকাব্যনি। মসিবু মঙাখবা য়েদনিংহ হায়নৈ। মসিবু নদী মাথবগী মতৌগুম অাখাইনা লাইরিক্কি হায়নৈ অমসুং মসিগীতুংদা ইতিহাসকী ওইবা কাব্য খুদিংমকী জন্মদাতা অমসুং হৌরককম্নি। মসিগী ৱারীশিং মজম অহুগী সমাজগী পুন্সীগী অচার-বিচারশিংগী ময়েক শেংনা য়াওই। মসিদা য়াওরীবা বিদুর নীতি মীশিংগী ব্যবহারগী আদর্শ নিয়ম ফজনা তাকই। লোয়নবা রাজনীতিগী অমুকী মতিক পাক শন্না মসিদা য়াওই। মথাদা ইরিবশিমক অহুম্বনি—

"অর্থ ধর্ম কামে চ মোক্ষং চ ভারতবর্ষভঃ।
যদিহাস্তি তদন্যত্র যন্নেহাস্তি ন তদক্কচিদ॥"

তৌইগুমনসু নোংচুপলোমগী বিদ্বানশিংগী মঙ্গ মতুং ইন্নদি মসি কনাগুম্বা ইতিহাস কলাবু ফজনা থডদবা সাহিত্যগী ব্যক্তিগা মরী লৈনদবা থৌদোকশিংগী শেমজিন্না লাইরিক্কি। মথোয়না

মশিগী কাব্য কলাগী মিংশেলদসু যাম্না অমসুং ইতিহাসকী ওইনা মরুওইবা মতাকুত্তা য়াওরে। তৌইগুমসু মশিগী মথোৎনসু য়াম্লিংই মহুদি মশিদা বর্ণন তৌরীবা কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিংগী লান ফাওবগী মরীং ইতিহাস চুমবা নানী। নোংচুপলোমগী বিদ্বানশিংনা মশিগী ইতিহাসিক ওইবা য়াম্ভি-প্রবন্ধ অমসুং মশিবু য়ুম্ফাওবগী মতৌগুম পুম্নমক পাম্বা অমা নম্বনসু মশিনা ঐখোয়দা মতম অদুগী সমাজিক অমসুং রাজ-নীতিগী বিচার ময়েক শেংনা থত্তনা ঙমী। মশিগী কান্নবা মশি থক্কগী নত্তে মহুদি মশিদা ঐখোয়দা শক্তি-বিদ্যা শীনবিবা অমসুং লানগী হৈশিংবা বিদ্যানশিংবা কয়া শীরীবশিন্না লৈরনা মশিন। মশিদা য়াওরিবা কন্নবা উপদেশ ওইবা লাইরিক গীতা নচিংবগী পাওতাকী শরুক কয়া অসিনা মশিবু 'পঞ্চম বেদ' কৌবদা মত্তিক চায়। মরম অসিনা মসি সংগীতি, ধর্ম অমসুং আচার বিচার পুম্নমক্কী মিৎয়েংদা ভারতীয় সংস্কৃতিগী আখান্নি। অদুগা মসিদা কবিতাগী ওইবা কন্নসু মকম কয়াদা অমসুং পাক শন্না য়াওই।

বৈদিক সাহিত্য পুম্বদা করিগুম্বা মরম অমত্তদা মহাভারত মহাকাব্যগী মমি ফাওবা য়াওদে। অদুম ওইনা ব্রাহ্মণ-গ্রন্থশিং উপনিষদশিংদা ইতিহাস, পুরাণ, গাথা, নারাশংসীনচিংবা য়াওই অদুগা মহাভারতসু থম্না থৈদোক-থৈজিন তৌহনা য়াওই। অদুবু মথক্তা তাক্লিবা লাইরিকশিংদা কুরু-ক্ষেত্রগী অচৌবা লান-ফম ইতিহাসিক ওইরবা অশিগী থোৌদোক অমত্তসু পাম্নমদে।

ব্রাহ্মণ-গ্রন্থশিংদা কুরু-ক্ষেত্রগী মরমদা ইরম্বদি মুপ্পা লাইশিং অমসুং মীওইবগী উৎসব পাঙথোক্লম্বগী বারী য়াওই। মসিদা শেংনা খঙবা ঙম্মে মহুদি মহাভারতকা যুক্ত বৈদিক কালদা শোক্লম্বা ওইরবদি করিগুম্বা বৈদিক গ্রন্থ অমসুং শকুন্তলাগী মচানীপা ভরতকী বর্ণন ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা ফংই অমসুং অথর্ববেদকী কুন্তাপ গীতশিংদা পরীক্ষিতকী শান্তি পাম্বা বিচারগী যজ্ঞগী য়াম্না খাগৎলি। যজুর্বেদগী গ্রন্থশিংদসু মফম কয়াদা কুরু-পাঞ্চাল অমসুং বিচিত্রবীর্যগী মচা যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞগী বর্ণন তৌবা ফংলৈ। অদুবু বৈদিক সাহিত্য পুম্নমক্তা পাণ্ডু দুঃশাসন, যুধিষ্ঠির, দুর্যোধন, কর্ণনচিংবা মহাভারতকী মরুওইবা পাত্রশিংগী মমিং ফাওবা য়াওবা ফংনদে। ব্রাহ্মণ গ্রন্থ অমদা অর্জুনগী মিং অমখক্তং য়াওই মহুবু ইন্দ্রগী অথুপ্পা মমিং ওইনা য়াওবনি।

মহাভারততা শোয়াখিবা কুরুক্ষেত্রগী লানগী বর্ণন ইহান হান্না শাংখ্যায়ন শ্রৌত সূত্রদা ফংই। আশ্বালায়ন গৃহ্যসূত্রশিংদা ভারত মত্রগা মহাভারতকী মরমদ ইবা ফংলৈ অমসুং মসিবু বেদ ভুম্না মতুংদা তমগদবনি হাকই। পানিনি মাহাকনা যুধিষ্ঠির, ভীম, বিদুরনচিংবা মাহৈশিং ব্যাকরণ সিদ্ধ তৌবগা লোয়নন। 'মহাভারত' হায়বা উচ্চারণগী মরমদা 'অষ্টাধ্যায়ী' সূত্রদা ইরম্মী। তৌইগুমসুং পতঞ্জলি মহর্ষিনা ইহান হান্না কৌরব-পাণ্ডবশিংগী কুরুক্ষেত্রগী লানগী মরমদা তম্মী।

ত্রিপিটকশিংদসু মহাভারতকী মরমদা ইবা ফংনদে অদুবু জাতক বারীশিংদদি মসিবু 'গাথা' হায়নসু কৌবনা। কৃষ্ণগী বারীবু

পাক-শান্না ইনবা, হোংনবা উই, অদুম ওইনা 'হরিবংশ পুরাণ'
অমসুং মহাভারতকী 'মৌসল পর্ব' গী য়াথৌশিং অসিদা খাওই।
মসিদা জাতক কথাশিংদা পালি ভাষাগী মনুংদা পাণ্ডব, ধনঞ্জয়
যুধিষ্ঠির, ধৃতরাষ্ট্র, বিদুরনচিংবগী মিং ইবা থোক্নে অমসুং দ্রৌপদী,
ধনঞ্জয়, বিদুরগীসু বর্ণন তৌবা থোক্লে।

মথক্তা নৈনখিবা খরা অসিমগী খণ্ডবা ঙমী মহাদি মহা-
ভারতকী রচনা-কাল বৈদিক সাহিত্যগী মতুং অমসুং বৌদ্ধ ধর্মগী
মমাংদা ইখিএনি। মরম অসিনা চাওখ্রক্লা খৃঃ মমাং চহি ৪০০
দগী মসি শোয়দনা লৈরে অমসুং মতম অসিদা ওইবনা সূত্র
সাহিত্যশিংদসু মসিগী খুদম ফংলিবনি। অদুগুম্বা, পালি সাহিত্য
খৃঃ মমাং শতাব্দী ৩ নত্রগা ৪ দা ইখিবা রচনাগী মহাভারতা
খুদম থংদে। অদুগুম্বনা, মহাভারতকা উপদেশকী ওইবা ৱারী
কয়া বৈদিক সাহিত্যদগী লৌখিনি অদুগা মহাভারতকী ৱারী
কয়ামুক্তা জৈন অমসুং বৌদ্ধ সাহিত্যদা য়াওই। মরীগুম্বনা,
ভারতবাসীশিংনা কলিযুগ হৌবসি মহাভারতকী লান মতুংদগীনি
থাজনৈ, মসিগী মতুং হয়্যা জ্যোতিষগী মশিং পাবদা ৩১০২ খৃঃ
মমাংদা সিদ্ধ ওই। তৌইগুমসুং 'বিণ্টেরনিট্জ' না জ্যোতিষ
মশিং অসি য়ারমদে। মহাক্না হায় মহাদি মহাভারতকী রাজ-
নীতিক ইতিহাস শিশুনাগ বংশগী মগধরাজ বিম্বসার অজাতশত্রু-
দগী হৌবনি, মসিগী বর্ণন পুরাণশিংদসু য়াওই অমসুং বুদ্ধকালা-
নদসু থোক্নে। তৌইগুমসুং চন্দ্রগুপ্ত মৌর্য (খৃঃ মমাং ৩২১) গী
য়াথৌদদি য়াওদে। হায়রিবা মতমসিদা নিংথৌশিংগী মথং-মনাও

মাইন্না ইতিহাস ইবা হৌই। মরম অসিনা মহাভারতকী চন্দ্রগুপ্ত মৌর্য্যগী মমাংদা ইরে হায়বসি চুমললি। মথাংগুবনা, মহাভারতকী বর্ণন গুপ্তকালীন খুংদা হক্তুনা ইবা অমদা থেংনবগী মতুং ইন্না 'শত সহস্রী' অস্‌মা ইরম্মী। মরম অসিনা মহাভারতকী হৌজিকী লৈরিবা মওং অসিগী খ্রামথবদা চহি ১৫০০ মমাংদগী চং-নরক্রমগনি হায়বদা চিংনকম লৈতে। তরুকগুবনা, দলহনমনগী সাক্ষী অমনা হায়বদি পানিনি শোরদনমক অশেংবা মহাভারতকী জ্ঞান লৈরম্মী। পানিনি মহর্ষিগী মতম খৃঃ মমাং চহি ৪০০ নি হায়না লৌই। মরম অসিনা মহাকী মমাংদগী হৌনা মহাভারত ইখিবনি হায়বদা চুমগনি। ভরেংগুবনা, আশ্বলায়ন গৃহ্যসূত্র অমসুং বৌধায়ন ধর্মসূত্রদা মহাভারতকী মরমদা ইবা থেংনৈ, অমসুং মসিগী সূত্রশিংসি খৃঃ মমাং চহি ৫০০ নত্রগা ৪০০ নি থাজে। নিপালগুবনা, 'ফোক্লনীজ' না মহাকী গ্রন্থ 'ইণ্ডিকা' (ভারত) লাইরিক অসিদা ইরি, মহুদি কহানি থরদি মহাভারত থক্তদা ইবা থেংনৈ। মাপলগুবনা, মহাভারতা ব্রহ্মবু খাইদগী চাওবা লাইনি শীংথাই। পালি সাহিত্যগা মতুং ইন্না মহাভারত খৃঃ মমাং মথাংগুবা শতাব্দীগী মমাংদা ওইগনি। তরাগুবনা, পানিনিগী সূত্রশিংদা ভারত ইরম্বন অমসুং মসিগী সূত্র ইখি-বসি খৃঃ মমাং চহি ৪০০ গী মমাংদনি। মরম অসিনা মুংগী সাক্ষী, পানগী সাক্ষী নৈনবদগী থক্তবা ওমলে মহুদি প্রাচীন মহাভারতকী রচনা কাল অসি খৃঃ মমাং চহি ৮০০ দগী ৬০০ কাওবগী মথুংদা ওইরমগনি।

মহাভারতকী ইরিবা বিষয় মতম মতমগী মরক্তা হাপচিনবা শরুক য়াম্না য়াওই। মহাভারত অসি ততক অহুমদা বিকাস তৌখিবগী মগুং মংই। অহানবদা মসি 'জয়' হায়না কৌ-নরমী, অহুমগী তুংদা 'ভারত' অহুম্না কৌখি অমসুং অরোইবা অহুমশুবদা মসিবু 'মহাভারত' কৌখি। মসিগী অহানবা অমিং 'জয়' কৌরমী, হায়রবদি মসিগী শ্লোকমক্তা ইবা য়াওই 'জয়' অসিনি।

মারায়ণম নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তম।
দেবীং সরস্বতী চৈব ততো জয়মুদীরয়েত ॥

অহানবা মতমদা মসিদা য়াম্না মচা য়াওরমদে। মসিদা সুপ্না কৌরব-পাণ্ডবশিংগী লাল শোক্নবগী য়াম্না শংদোক্না বর্ণন তৌরমী। মৈকডানল না হায়বগী মতুং ইন্না অশেংবা মহাভারত্তা সুপ্না শ্লোক ৮৮০০ থক্রনি। মসিগী তাককা অহুম ওইবা বিকাসকী মাইগে মথাদা পীরিবা শ্লোক অসিনা তাকই —। আদি পর্বদা অহুম্না ইরী —

মন্বাদি ভারতং কেচিদস্তিকাদি তথাপরে।
তথা পরিচয়াদ্যন্যো বিপ্রাঃ সম্যগধীয়তে ॥

অর্থ — বিদ্বান খরদি মহাভারতকী হৌবসি মনু উপাখ্যাননি, খরনা আস্তিক উপাখ্যানদগী হৌবনি। অমসুং খরা অমনা পরিচয় উপাখ্যানদগী হৌবনি।

মথক্তা লীরীরা মতম অহুমশী মহুৎপগী অহানবা মহুগী উপাখ্যান ' জয় ' হায়রবশিংগী হোৎপা ওইরবা খাই। চৌইশুমহুং মতোমা অনিশুবনা ' ভারত 'কী অহৌবনা আস্তিক উপাখ্যান-দগী হৌবনি অমসুং মতম অসি শৌরকপনদি শ্লোকশিংগী মশিং লিশিং কুনমরী য়োম শুরে। লাইরিক অসি বৈশম্পায়ন ঋষিনা সর্প সত্রদা জনমেজয়দা তম্বীখি। অহুমশুবা কাল শৌরকপদা-মদিগী ' পরিচয় উপখ্যানদগীনি অমসুং মতম অসিদা অহৌবা মসিগী শ্লোক মশিং লাক্ষ অমা শুরে। মতম অসিগী য়াম্না চাওবা গ্রন্থ অসিবু সৌপ্তিকনা শৌনক ঋষিবু তম্বীখি। গ্রন্থ অসিদা হাপচিল্লখিবা শরুক য়াম্না য়াওই। মরম অসিনা মহা-ভারত মতম অমত্তদা ইবা গ্রন্থ নত্তে অমসুং কনাগুম্বা মী অমত্তনা ইবস্থ নত্তে।

মসিদা মরু ওইবা য়াম্নীশিং পর্ব ১৮ থোক্লা খায়দোকই, অরোইবদা ' হরিবংশ পুরাণ ' পরিশিষ্ট ( অথোইবা ) শরুক অমা য়াওহনখি। পর্ব ১৮ লৈবা মহাভারত অসিস্থ য়াম্না লীরবা অমনি, মরমদি আশ্বালায়ন গৃহ্যসূত্রশিংদা মহাভারত অমসুং হরিবংশ অনিসিমক্কী য়াওই। লোয়ননা বোধায়ন সূত্রদা বিষ্ণু সহস্রনামগী চৎনবীগী য়াম্না শেংনা মতুং ইন্নী। মসিগী পর্ব ১৮ শিংগী মমিং মথংশিংনা অস্থম্না লীরী  ( ১ ) আদি, ( ২ ) সভা, ( ৩ ) বন, ( ৪ ) বিরাট, ( ৫ ) বিষ্ণু, ( ৬ ) ভীষ্ম, ( ৭ ) দ্রোন, ( ৮ ) কর্ণ, ( ৯ ) শল্য, ( ১০ ) সৌপ্তিক, ( ১১ ) স্ত্রী, ( ১২) শান্তি, ( ১৩ ) অনুশাসন, ( ১৪ ) অশ্বমেধ ( ১৫ ) আশ্রমবাসী,

( ১৬ ) মৌসল, ( ১৭ ) মহাপ্রস্থানিক ( ১৮ ) স্বর্গারোহন।

মতৌ অসুম্না আদিপর্বদগী স্বর্গারোহন পর্ব ফাওবা কৌরব-পাণ্ডবশিংগী অভাং ওইরিবৈদগী হৌরগা অরোইবদা পরীক্ষিতত্তা প্রজা ঙাক শেনবা শীররগা পাণ্ডবশিংগা স্বর্গারোহন ফাওবগী বর্ণন তৌই। 'হরিবংশ' পুরাণদা শ্লোক শীংখিং ১৬ নি অদুগা মহাভারতকী শ্লোক মশীং পুর্ব ভাগ অসিদনা ৯৫,৮২৬ নি। মতৌ অসুম্না মসিগী শ্লোক মশীং পুম্না লাক্ষ অমনি মসি মহাভারত অমসুং হরিবংশ অনিমক তিনলগা ওইবনি। 'হরিবংশ' পুরাণদা ভাগ অহুম খোক্না খায়দোকই। অহানবদা শ্রীকৃষ্ণগী মপা-মপুশিংগী ৱারী, অনিশুবদনা শ্রীকৃষ্ণগী পরাক্রমগী ৱারী অমসুং অহুমশুবনা কলিযুগ লাকপগী ফত্তবা খুদমশিংগী বর্ণন তৌই।

মহাভারতা মরুওইবা ৱারীদা নত্তনা উপাখ্যান খরগুম্না লাওই, মহুৎ মথং-মন ও অদুম্না পীরী — ১ ) শকুন্তলোপখ্যান, ২ ) মৎস্যোপাখ্যান, ৩ ) রামোপখ্যান, ৪ ) শিবি উপাখ্যান, ৫ ) সাবিত্রী উপাখ্যান, ৬ ) নলোপাখ্যান। উপাখ্যানশিংগী মরুংদা অহানবা উপাখ্যানদি আদি পর্বদা য়াওই অমসুং অতৈ উপখ্যান পুম্নক বন পর্বদা য়াওই।

মথক্তা পীরিবা উপখ্যানশিং নত্তনা পৌরানিক গাথাশিংসু য়াওই, মখোয়গী মিংশিংদি — ১ ) জনমেজয়গী নাগা যজ্ঞগী ৱারী, ২ ) সমুদ্র মন্থনগী ৱারী, ৩ ) কদ্রু বনিতাগী ৱারী, ৪ ) চ্যবন ঋষি অমসুং সুকন্যাগী ৱারী, ৫ ) ইন্দ্র বৃত্রাসুরগী ৱারীনি।

হায়রিবা ব্যক্তিশিংগী মরমদা বিস্টরনিটজকী মত মতুং ইয়া ব্রাহ্মণশিংনা মশোয়গী মতিক মগুণ থকহল্লবা হোৎলব। ওইবা বারীশিংদি হাপচিনখিবনী। পাখ্যানশিংসিদা নত্তনা ব্যক্তি খরগী মপিদা য়াওই মখোয়গী মখল্দা পীরী —

১ ) যদু প্রলয় কথা; ২ ) অগ্নিগী প্রলয় কথা; ৩ ) মৃত্যু কথা, ৪ ) ধ্রুব শুদকা আখ্যান ৫ ) অগস্ত্যগী বাখী, ৬ ) বিশ্বামিত্র অমসুং বশিষ্ঠকী সংঘর্ষ কথা ৭ ) আকনিকী কথা অমসুং ৮ ) নচিকেতা কথা। হায়রিবা ব্যক্তিশিংগী পাম্বমদি ব্রাহ্মণশিংনা ক্ষত্রিশিংবু মথাক থম্মনকদবমতনি।

মতৌ অদুনা মহাভারত পুম্বা ইতিহাসিক ওইবা বারী চাশিং অমসুং ব্যক্তিশিংনা থম্মা য়াওবা লাইরিক্কী মপিদা পাওতাকী ওইবা বারী য়াম্না য়াওই অমদি রাজনীতিগী দাবঁপেচ ( হরবা ) গী বারী য়াম্না কন্দবা অমদি অচম্বা মওংদা য়াওই। ধর্ম, নীতি অমসুং পাওতাক ওইবা দৃশটান্ত য়াম্না য়াওই। মহাভারত গ্রন্থদা উপজাতি অমসুং বংশ ছন্দ থম্না য়াওই অদুবু অয়াম্বদি শ্লোকশিং ছন্দদা ইখিবনি। মমাংঙৈগী গদ্য ( বারেং ) থম্বদা কহানি খরসু য়াওই। মশিগী মথক্তা প্রবেশক বাক্যনা য়ামই; থুদম ওইনা — কৃষ্ণ উবাচ, ভীষ্ম উবাচ, অসিনচিংবা। লাইরিক্কী মকন থুমিংদা ধর্মগী স্বরূপ হায়খিবগী মচং ওইবা মখাদা পীরিবা শ্লোক অমিদা য়াওরে —

যস্মিন যথা য়ো মনুষ্যস্তস্মিন তথা বর্ত্তিতব্যং সংধর্মঃ।
মায়াচারী মায়য়া বাধিতব্যঃ সাধ্বাচার সাধুনা প্রত্যুপেয়ঃ॥

অর্থ — অশেংবা থর্মদি মসিনি মহুঁদি অকবদা কবা কত্তবদা কত্তবা তৌবা। লৌনম চাওবনু লৌনম তৌহনা মায়থোকা পীগনু অমসুং অচুম্বা চংপেলিংদা অচুম্বা চংলু।

ম্রাহং ১৩ — রামায়ন অমসুং মহাভারতকী রচনা-কাল অমসুং অথোক্পী ইরিবা থিবক্‌কী খিংথেংদা চাংদমনবা উত্তরনা সমীক্ষা তৌ।

পাউখুম — রামায়ন অমসুং মহাভারতকী বারীগী মরমদা মুক্না য়েংলবদি ঐথোক্না খঙবা ঙমগনি মধুকি রামায়ন মহাকাব্য অমনি অদুগা মহাভারতনা ইতিহাসকী গ্রন্থনি। রামায়নদা বারীগী ওইবা মওংদগী কাব্য ককবনা য়াম্না হেন্না অদুগা মসিদা মপুং ওইবা বারী হায়বদু শ্রীরামকী পুন্সী বারী অমসুং রাম-রাবন লান থেংনবগী বারীনা অয়াবনী। তোইগুমসুং মহাভারতা শকক থরা থাকদোক্লগা অতৈদি কাব্যগী অংশ য়াওদে। মামগী মরুওইবা বারী লালগী বর্ণন তৌবগা লোয়নবা মতমদুগী নিংথৌশিংগী মতিক-মগুণ শিংথাবগী বর্ণন তৌবনা মক ওই। মসিদা প্রাচীন-কালগী তোঙান-তোঙানবা বারীশিংনা মপুং ওইবা বারীগী থোদোকশিংগা মরী লৈনদনা তোঙানবা বারী লাইরিক ওইবা য়াবা কয়া অসিদা য়াওই।

মহাকাব্য অনিশিগী ভু-গালিক সিমনাসু য়াম্না পাক-চাওই। রামায়নদা ভারতকী খা নাইগৈদা বিন্ধ্যা অমসুং দণ্ডক বন কাওবনিং নোংপোকতা বিদেহ রাজ্য কাওবা অমসুং নোংচুপ্তা সৌরাষ্ট্রা কাওবা ইরমী। তোইগুমসুং মহাভারতকী মতমদি আর্যবর্ত

হায়বদি ভারতকী মখিনা য়াম্না পাকথোক চাওশোক্থিরমই। মসিগী নোংপোকী সিমনা গঙ্গাসাগর সঙ্গম ফাওবা ওইরম্মী, খাদা চোল, মালাবার প্রদেশ ফাওবা শন্দোক্লম্মী। মসিদগী মতুং লকাগী নিংথৌনা যুধিষ্টিরগী রাজসূয় যজ্ঞদা উপহার পুহনা লাক্লম্মি, মরম অসিনা লঙ্কা ফাওবা মহাভারতকী মতুং ইন্না ভারতকী সিম্না ওইরম্মী।

হায়রিবা মহাকাব্য অনিসিগী মনুংদা রামায়ন কবি অমগী খোং-নৌরবা অমসুং ভাবনা শীকথল্লবা মথাকী কলমগী হৈ-সিংবগী পান্থক অমনি, মসিগী শৈরেংশিংদা ইচম-চম্বগী মুভাইবা, খোইথুনবা, অখোংপা অমসুং রাহৈগা অর্থগা চান্নবগী ফজবা য়াওই। মসিদা কবি অমথক্তগী থম্মোইগী ফজবা ফোংদোকপনি। তৌইগুমসুং মহাভারতকী 'জয়' দগী 'মহাভারত' য়ৌরকপা অমসুং অসি শেমকপদা অইবা কয়াগী মখুৎ য়াওরবনি। অদুগা রামায়নদা অতোপ্পা অইবা য়াওখিবগী থুদম ফংদে। মুপ্পা লব-কুশ অনিনা ঈশৈ ওইনা শকপা খবগী বর্ণন মসিদা য়াওই। তৌইগুমসুং মহাভারতকী অইবনি হায়বসি জগত প্রসিদ্ধনি। মসি গনেশনা মমেক ইখিবনি। মসিদা কাব্যগী ফজবগী মহত্তা রারী মপুং ওইবনা মরু ওইরনি অমসুং সংর্ধন শৈগী হায়বদি শেমজিন্দুনা রারী মুভাইহনবনা মপুং ওই। অদুগনা হায়রবদা মহাভারত কাব্য, কবিতাগী মওংদা ইবা ইতিহাসিক গ্রন্থ অমনি।

কাব্য অনিসি ইখিবগী মতম লেপ্পদা কন্নৌনা হায়রা ইখিবনো,

বিষয় অসিদা চাওনা মত থেরবা লৈ। ডাঃ বেবরগী থাজবদি রামায়নদা কন্নরব। মাহৈ রাতা অমসুং খণ্ডবদা রামা লায়বা অসিনা মহাভারতকী রামায়ন কাব্যন। মতুংদা ইখিবনি হায়। মথকী মত ওইনা রামায়নদগী মহাভারত প্রাচীনা হায়না ইখিবনি অমসুং অসিগুম্বিদু অহুবু ভারতবাসীশিংনদি মখোয়গী বিচারদা মসিগী থম। ত্রেতা মসমদি বাল্মীকিনা ইহান-হানবা কবিনি অহুগা ব্যাস মসিগী তুংদা পোকখি হায়বসিনি। যুগকী মিৎয়েংদা হায়রগসু বাল্মীকি ত্রেতা-যুগকী কবিনি, মসমদি মহাক্না ত্রেতা যুগতা পোকখিন। শ্রীরামচন্দ্রগী গুণগী শক খোঙ্গুনা বর্ণন তৌখী। অদুগা বেদ-ব্যাসনা দ্বাপর-যুগকী কবিনি, মসমদি মহাক্না দ্বাপর যুগতা অবতার ওইনা পোকখিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বর্ণন তৌখী। বিষ্ণু ভগবানগী অবতারশিংদা শ্রীরামগী মথংদা শ্রীকৃষ্ণ অবতার লোখী। মসম পুম্নমকসিনা রামায়ন কাব্যনা প্রাচীন ওই হায়বসি চুমবনি।

ডাঃ বেবরগী মথকী মত অসিদা নত্তনা বিন্টরনিটজনা অসুম্না হায় মহাক্না অশেংবা রামায়ন হায়বদি অনিশুবা কাণ্ডদগী মঙাশুবা কাণ্ড ফাওবা রামবু বিষ্ণুগী অবতার ওই হায়গা য়ায়রদে, মসিদা সুপ্না অখোইবা মী অমনি শীংথারী। লোয়নদা অবতারবাদগী সিদ্ধান্ত কৃষ্ণগী যুগ থক্কদা। হোথিবনি অদুগা রাম বিষ্ণুগী অবতার ওইরবাদি মহাক কৃষ্ণগী তুংদা পোকখিবা তাবনি। হায়রদি মসিনি পানিনি অমসুং পতঞ্জলি মহর্ষি অনিনা অর্জুন, যুধিষ্ঠির অমদি মহাভারতকী মরমদা ইবা খেংনৈ অদুগা

রাযশীদি ইরক্তা থেংনদে। মরম অসিনা রামায়ন মহাভারতকী তুংদা ইখি হায়রবসিনি।

প্রোঃ জেকোবী না মতদি রামায়ন কাব্যনা মহাভারত গ্রন্থদগী অরীবা অমদি প্রাচীন লাইরিক হায়রবসিনি অমসুং মহাভারত ইখিবসি রামায়ন মহাকাব্যদগী লৌহনা ইখিবনি হৌইগুনসুং বিন্টেরনিটজ মহোদয়না মসিগী ওয়া তৈনবদা প্রমাণ সিক তৌহনা ডাকই। মহাক্না হায়বদি রামায়ননা মহাভারতকী হেন্না কাব্যগী ওইবা মচাকশিং য়াওনা বর্ণন তৌই। রামায়নদা কালিদাসগুম্বা অনৌবা কবিগী কবিতাগী চংখোনবা য়াওই। মরম অসিনা রামায়ন মহাভারতগী অনৌবা অমদি কোয়া ইখিবনি। মহাভারত গ্রন্থদা মমাংতৈদগী খুদম ওইবা 'উবাচ' নচিংবা য়ারেং (গদ্য) গী কাব্য কই, অদুগা রামায়নদা মসি য়াওদে। রামায়নদা সভাগী ওইবা কবিতা শৈলীনা অয়াম্বনী। মহা-ভারতকী বর্ণনগী মফম খুদিংদা ক্ষেত্রি জাতিগী অ•ন অখোয়গী বারী ওইনা তৌই, কুন্তী দ্রৌপদীনচিংবা ক্ষেত্রী শাগেগী থৌনা লৈবা নুপী ডাক্রুগী খুদম্নি। মথোয়গী রাইহৈশীং মহারানী অমগী নাপন কাবা য়াওই। মথোয় অতোপ্পগা ইকায়রবা পীবা থাজবা সুকপম-উমদে। দুর্যোধনগী দ্রৌপদীদা কা হেনবা ব্যবহারদগী মহাভারত লাজ্জাও থোকখিবনি। কীচক অমসুং জয়দ্রথ হাং-খিবগী মরমসু অমগুনি। অদুগা রামায়নদা রাবণনা সীতাদা নত্তবা লমচং অমসুং অকনবা বাহে শীজমরবসু সীতা হিন্দু অমগী য়াম্না ইং-তম্না নুপী অমগী মতৌগুম তুমিন্না লৈথি।

কৌথৱা। অমসুং কৈরুক্ষীগী মশিগা চপ মাল্লে। মহাভাৰতকী লাল-লেখক মশামক উহৌবদোনা তৌই অহুগা ৰামায়নকী বাল্মীকি তারুব, য়াবী ইৰগুম তৌই। ৰাম ৰাবনগী লালদা চাংনবা-শক্তিথ অমদি থবক থৌওংদ। ৰাম্মা অৱনবা-অকি চুমুংবা পোক্তে অহুমু কৰ্ণ অৰ্জুন নচিংবদদি অকন-অকনবা মাহে অমসুং অঙকপা থৌ-দোক কয়া উংলি। মথক্তা নৈনখিব। অশিনা তশেংনা থঙলে মহুদি মহাভাৰতকী ইব। মতমদা অহানবা সভ্যতাগী মতম ওইনা তৌই অহুগা ৰামায়ন ভাৰতীয় সভ্যতাগী অৱোবা থাক্কী মতমদা ইথিবনি, হায়বদি ৰামায়ন মাহাভাৰতগী কোম্রা ইখিবনি।

মতাং অসিদা নৈনবা য়াবা বাকম অমদা মহাভাৰত প্ৰাচীন নোংচুপ ভাৰতকী সভ্যতানি অহুগা ৰামায়নদা নোংপোক ভাৰতকী থমথেংনা চাওথংপগী মরি তাই। মৰম অসিনা মতম থেমবা নওনা মকম থেমথসু ওইৰম্বা য়াই। মৰম অসিদগী জেকোবীনা হায়বা মহাভাৰত ৰামায়নদগী লৌৰগা ইবনি, মসি অয়ানবা ওইগনি, মৰমদি মহাভাৰত মতমদা নোংচুমপোমগী মীশিংনসু শৰুক য়াখি অমসুং ৰামায়নদা মরুওইবা থৌদোক অয়াখদি কোশল প্ৰদেশতা থোকখি, হায়ৰিব, মকম অসিমক বাপমী কৈ মুংগীসু নিবাসস্থান ওইৰম্মী।

তৌইগুমসুং বিন্টৰনিটজগী মাৱোক্তসু অসুম্না হায়া য়াই, মহুদি মহাভাৰতকী পাত্ৰশিং অমসুং থৌদোকশিংদসু ব্যবহাৰিক ওইবনা য়াম্মী। জুৱাৰ শান্নবা অমসুং নিংথৌ কয় মুমবনা মৰম ওইহনা লান শোক্লব। অদিনচিংবা থৌদোকশিং ব্যবহাৰিক

অমসুং বিশ্বাস তৌবা য়াই। অহুগা রামায়নদা অত্যাওবা দুত মথক্তা খোং শাহনা য়োংমী সাগ্গী ময়াম লান্দুনা লাল শোক্লখিবা অমসুং বিজয় ওইখিবা, রাবণগী মকোক তরা পানবা অনি-নরিংগা খোওংশিংসি মীওইবা। সংস্কৃতিগী অহাঁমবা হৌরকপগী ইঙ্গিত তৌই, মরমদি মতম অহুদা মনিগুম্বা খিবংরাস তৌনমগা য়াই।

রামায়নদা আর্য সভ্যতাগী মশাগী অশেংবা মওংদা লৈবা উই, মসিদা ম্লেছ জাতিগী করিগুম্বা মমি ফাওবা তাদে। তৌই-গুমসুং মহাভারতকী মতমদা লাক্ষা-গ্রন্থ শাখিবা মী পুরোচন কোবা অমা, মহাক ম্লেছ জাতিনি। অসিনচু নত্তনা কৌরব-পাণ্ডবশিংগী লান্দা মায়গৈ অনিমক্তা ম্লেছ রাজা কয়ানা শরুক য়াখী। মতম অহুদা ভারত বাসীশিংসু ম্লেছ লোন খঙলম্মী। বিদুরনা হায়রিবা ম্লেছ লোনাদা হুন্দিতনা লাক্ষা গ্রন্থ ওইবনি তাকখি।

ভূগোলিকী মিংথেংদদি মহাভারত-রামায়নগা কোয়া তুংদা ইখিবনি শিক্ষ তৌই। রামায়ন কালদা খা ভারত জঙ্গলী য়োং-শাওমগুম্বা চাওখতবা জাতিশিং লৈরম্মী। আর্য জাতি দুপ্পা বিনধ্যাচেল কাওবদং শম্লোক্লম্মী। তৌইগুমসুং মহাভারতকী মতমদদি খা ভারতকী নিংথৌশিংনা রাজসুয় যজ্ঞদা অথেনপোং পুনরক্লম্মী।

রামায়নদগী মহাভারত লানদনা হৈশিংবা অমদি কলা-কৌশল য়ামা হেল্লী। রামায়নদা সীতা স্বয়ম্বর তৌবদা তেন অমা

দ্রৌপদী কাম্যক বনদা জয়দ্রথনা হুহনা পুথী অমসুং মহাকপু অমুক লৌশিনবা মতমদা করিগুম্বা অখিংবা য়াদবা অয়ত্তা য়াওখিদে। মরম অসিনা মখক্তা পীরীবা ভাবনা সিদগীসু রামায়ন কাব্যনা প্রাচীন ওই হায়বদা মতিক চায়।

লোয়নদনা মহাভারত গ্রন্থদা রাম-উপাখ্যান য়াওই, অদুগা রামাযুদ্দদি মহাভারতকী করিগুম্বা রারী অমণী ইবা থেংনদে। মসিদগীসু রামায়ন মহাভারতকী প্রাচীন সিদ্ধ তৌই। বিণ্টরনিট্জ মহোদয়না মহাভারতকী রাম উপাখ্যানবু হাপচিনখিব। (প্রক্ষিপ্ত) নিহায়জরবসু ভারতীয় যুগ খারদোকপা অমসুং ভারতকী ধর্ম বিশ্বাসকী মরমদগীসু রামায়ন মহাভারতকী মমাংদা ইথী হায়বসিদা য়াকম থোকই।

মসিদা নত্তনা মহাকাব্য অনিসিদা কোসল অমসুং পঞ্জাবকী রীতি-নীতিগী বর্ণন অনিমক্তা তৌই। শৈলীসু চাওরাক্রা ইমান, মাশ্নৈ। হাপ্‌কিনস মহোদয়না চাওরাক্রা মকম ৩০০ লোম থীহুনা পুথোকখী মহু অয়াম্বনা মাশ্নৈ। অনিমক্তা উপমা-অলংকার অমসুং যুদ্ধগী বর্ণন তৌবসু চাওরাক্রা মান্নৈ। অনিসিদা সীতা অমসুং দ্রৌপদীগী জন্ম কথা অতকপা থোকোকা মরী লৈনৈ। মখোয় অনিগী লুহোংবগী স্বয়ংম্বর তৌহুনা পাংথোকই, অদুবু মখোয় মশানা অপাম্বা বন্দুনা পাংথোকই। অনিমক্তা স্বয়ংম্বরগী পাঙ্গল চাংয়েং তৌবনা অশেংবা গুণ ওই। মখোয় অনিগী মপুরোইবা বন যাত্রা তৌই অমসুং মখোয় অনিমক কত্তবশিংনা হুহনা পুই, লোয়নননা মহাকাব্য অনিমক্তা অয়াম্বা রারী বৈদিক-কালগী রারী য়াওই। মতৌ অদুম্না অনিসিদা মায়ব মতাং য়াম্না য়াওই।

তৌইগুমমসুং মায়বা মায়নবা কয়া য়াওরবসু অরোইবদা হায়রগদবদি মহাভারতকী রামায়ন মহাকাব্যনা হায়না ইথিবনি মহাভারত গ্রন্থ মসিগী মতুংদা ইবনি হায়রগিনি। লাইরিক অনিমকী হাপচিনবা শরুক য়াওথিবদগী মখোয়গী অশেংবা শক্তম রায়না মাংরে। মরম অসিদগী মখোয়গী মতম লেপ্নদা য়ায়না রানা থোক্লে। তৌইগুমসুং আদি কবি বাল্মীকি অমসুং ব্যাস দেব অমসুং রাম-কৃষ্ণগী মতম লেপ্নদা ভারতীয় বিদ্বানশিংদা করিগুম্বা চিংনবা অয়ানবা অমত্তা য়াওদে। মরম অসিননি মহাভারতকী রচনা-কাল চাওরাক্না খৃঃ মমাং চহি ৪০০ নত্রগা ৫০০ নি থাক্লে অমসুং রামায়নগী রচনা কাল খৃঃ মমা চহি ৫০০ নত্রগা ৬০০ নি হায়না লেপ্নী। ■

অধ্যায়-৫

# পুরাণ-কাল

হায়হং ১৪ — ভারতকী প্রাচীন সাহিত্যদা পুরাণশিংগী মফম করিনো? মসিগী মপুং ফানা নৈনদুনা তাকউ।

পাউখুম — ভারতীয় সাহিত্যদা রচনা-কাল অমসুং বর্ণ্য বিষয়গী মিংয়েংনা থম্লগা পুরাণশিংগী মফমদা লেপ্না ওইথোক্তবরক নত্রবসু য়ায়না রাবা অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

অতোপংনা হায়রবদা মসিগী মতম ইতিহাসকী মরমদা করমদগী ধর্মগী মহুৎনা খাম্না হেন্নী। মরমদি বৈদিক সাহিত্যগী মতুংদা হিন্দু ধর্মদা খাইদগী হেন্না পাম্মখিবা লাইশিংগী মচুংদা পুরাণশিংনা খাইদগী হেন্নী। হায়রিবা পুরাণশিংদা শিব অমসুং বিষ্ণুগী গুণ শকশোনবনা মরু ওই। মরম অসিনা 'বৈদিক' কালগী মথংদা ভারতবর্ষদা মথক্ত হায়রিবা দেবতা অগ্নি অসিনা নত্রগা মখোয়গী মায়বা লাইশিংগী শায়কম ওইরকখি। পুরাণশিংগী মতম লেংবদা মসিগী আখ্যান বৈদিক কালগী কথাশিং অমসুং কহানিশিং লৌহুনা ইবনি। পুরাণশিংগী বেদ অমসুং ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদা য়াওবা উপাখ্যানশিংবু থরা ওহে তুনা য়াওই।

'পুরাণ' হায়বা অথর্ববেদ অমসুং ব্রাহ্মণ গ্রন্থদা সুক্ত মিয়াংশ তৌবদা শিজিন্নৈ। মহাভারতা মসি 'পুরাণমখ্যানম' অমুম্না প্রাচীন ৱারীগী মওংদা য়াওই। অশেংবা অহানবা পুরাণশিং থডনবা হৌরকখিবদি বায়ু, ব্রহ্মাণ্ড অমসুং বিষ্ণু পুরাণদগী খঙবা হৌই। অসুম্না হায়নবা লৈ মহুদি ব্যাসনা বেদ মরীবু মহাকী শিষ্যশিংদা পীবী। মহুদি তুংদা মখোয়না আখ্যায়িকশিং কহানিশিং, গীত অমসুং পরম্পরা ওইনা লৈবা ৱারীশিং লৌরগা পুরাণ অমথক ইখী অমসুং ইতিহাসকা লোয়ননা মহাক্না (ব্যাসনা) মহাকী মওংগুবা শিষ্য লোমহর্ষণবু তম্বীখী। মসিগী তুংদা মহাক্না মহাভারত ইখী। মসিদা ঐখোয়না হায়নিংবদি অনিরিদি মহুদি মথাংতৈগী মতমদা মখল কয়াগী পরম্পরা ওইবা ৱারীশিং লৌরম্মী। হায়রিবা ৱারীশিং লৌহনা পুরাণশিং ইখীবা

ওইরম্বগানি হায়রম্লিনি। বাক্তব অসি, মায়া চুনশুনি নিঙই মখমদি থাখিক মন্ত্রশিংদি বেদদা অমসুং সংহিতাশিংদা থোক্লিরম্বগে; অদুগা পুরাণী মসমক্তী চৎনরম্বগা মখী লৈনবা ঋষীশিং মকন কনানা থোক্লিরম্বগনি ? মরম অসিনা মখোয়শিংবু পুরাণশিংগী থিংবা থোক্লিন্দুনা ইঙ্খিবনী। মতৌ অসুম্বা মমাংঙৈগী ওইরবা ঋষীশিং গাথাশিং অমসুং কহ্না কয়া থোক্লে। পুরাণশিং হায়বা হৌখিবনী মংশ্য, বিষ্ণুমচিংবা প্রাচীন পুরাণশিংগী লক্ষণ মখাদা অসুম্না পীরী —

সর্গশ্চ প্রতিসর্গশ্চ বংশ মন্বন্তরানি চ।
বংশানুচরিতং চৈব পুরাণং পঞ্চলক্ষণম ॥

মসিগী অর্থদি অনুলোম সৃষ্টি, অমসুং প্রতিলোম সৃষ্টি, ঋষি বংশশিং, মন্বন্তরশিং অমসুং নিংথৌশিংগী শাগোৎশিংগী বর্ণন তৌবা মঙা অসিনা পুরাণশিংগী লক্ষণ অমনি হায়না লৌনে। শ্লোক অসি অসেংবদি অহানবা পুরাণদগী লৌবা মাখী; মরমদি অতৈ পুরাণশিংদা ধার্মিক সিদ্ধান্ত তীর্থ মহাত্ম্য, ধর্মগী শাখা কয়াগী বিষয় কয়া অতৈ পুরাণশিংদা উবা ফংদে। অহুম ওইনা পুরাণ পুম্নমক্তা মখক্তা পীরীবা লক্ষণ মঙাগী থারৌশিং ফংদে। হায়বদি পুরাণ খরনা মসিদগী হেন্না ময়াওই অচৌবা, খরা অমদন বাংনা য়াওই।

ব্রাহ্মণ-গ্রন্থশিং, উপনিষদশিং অমসুং বৌদ্ধ-গ্রন্থশিংদা 'পুরাণ' বাহৈগী ইতিহাস অমগী অর্থ ওইনা লৌরম্মী। মসিগুম্বা প্রমাণ অমত্তা ফংদে মহুদি পুরাণশিং নত্রগা ইতিহাস নত্রগা পুরাণ

ইতিহাস অনিমক গুপ্পা রাহৈগী লাইরিককিশিং মথাংদা লেপ্লমদ্রা ? অহুম ওইবা অথর্ব বেদদা মকম অমদা বেদ রাহৈগা লোয়না পুরাণ রাহে যংই, মহুদা য়াওরিবা পুরাণ রাহে করিগুম্বা পুরাণ গ্রন্থ অমগী ইঙ্গিত ওইরমগনি। মখাগুবা অমস্তুং মরিগুপা খৃঃ মমাং চহিগী গৌতম ধর্মসূত্র অমদা পুরাণ কৌরা অমগী মন্ত্রশিং ইরী, তৌইগুমসুং মসিদি চুমব, রাকম অমনি মতুঙ্গি সূত্র সাহিত্যদা ইবা পুরাণ গ্রন্থ হৌজিক খণ্ডনরিবা পুরাণ-শিংসি নত্তে, হায়রবদি সূত্র গ্রন্থশিংদা য়াওবা পুরাণশিং হৌজিক ফংখিরবা নত্রগা খণ্ডরিনা নত্রে হায়রগা অহুগুম। পুরাণশিংদগী হৌজিক ফংলিবা পুরাণশিং ইখিবগী মওংগুম তাকই।

**রচনা-কাল** — পুরাণশিংগী ইথীবগী মতম লেপ্পদা ঐখোয়না হুংগী ওইবা রাখল অমসুং মপানগী ওইবা সাক্ষীগী মতেং লোব তায়। অহানবদা মপানগী সাক্ষীদা য়েংহুনা বিচার তৌসি। ঐখোয়না অহানবদা হায়গদবদি অলবরুনী কৌবনা খৃঃ ১০৩০ দা মহাক্না পুরাণ ১৮ গী সুচি অমা পীরী মহুদা বিষ্ণু, বায়ু, মতস্য-নচিংবা পুরাণশিংগী মিং পল্লী। মহাক্না মতুং কাইনখংগী পুরাণ 'বিষ্ণু ধর্মোত্তরপুরাণ' পাক্রবগী রাকমস্তু পল্লী। মরম অসিনা মীয়াম্না হায়নবা রাকম অমা হায়রবদি শিব অমসুং বিষ্ণুগী পূজা তৌবগী পুরাণ পুম্নমক্কা য়াওই হায়রবসি লাল্লী, মহু মতুং কোমা ইখিবা রানি।

অনিগুবনা • খৃষ্টকী মাপলগুবা শতাব্দীদা পোকখিবা আদি

গুরু শঙ্কারাচার্যনা মহাক্কী বেদান্ত ভাষ্যশিংদা পুরাণশিংগী খুদম কয়া পীখী। অহুমগুবনা, নিপালগুবা শতাব্দীনা কুমারিল ভট্ট (খৃ ৭৫০) না পুরাণশিংগী মরমদা ইবা থেংনৈ। মরীগুবনা, তরেংগুবা শতাব্দীগী (৬২০) মহাকবি বান-না মহাক্কী 'কাদম্বরী' কাব্যদা পুরাণশিং পান্নী। মঙাগুবা, খৃঃ ৪৭৫ গী ময়া অহুরাইদা ফংবা ভূদান-পত্রশিংদসু পুরাণশিংগী শ্লোক ইবা থেংনৈ। হায়রিবসিনা পুরাণশিং লেপ্পী হায়বা খঙবা ঙম্মী। তরুকগুবদা, মতস্য, বায়ু অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ ইরম্বা মতুং ইন্না ভবিষ্য ইখীবা ওইরমগনি। মসিগা লোয়ননা হুইমগুবা শতাব্দীগা আপস্তম্ব সূত্রদা ভবিষৎ পুরাণগী মরমদা ইরম্মী। তরেংগুবা, কৌটিল্যগী অর্থশাস্ত্র পুরাণশিংগী ময়েক শেংনা বর্ণন তৌই। অর্থশাস্ত্র অসিদা ভাওশিরবা রাজকুমারশিংবু পুরাণগী পাওতাক পীহনা ফহনগদবনি তাক্লম্মী অমসুং পুরাণ খঙবা পণ্ডিতশিংবু লৈবাক্কী অচৌবা কমনচিংবা পীবগী রাকম ইরম্মী। শাস্ত্র অসি খৃঃ ৩০০ অহুরাইদা ইবনি। নিপালগুবা, গৌতম অমসুং আপস্তম্ব সূত্রশিংদা খৃঃ মমাং চহি ৫০০, অসিনা পুরাণশিংবু মথোয়না প্রমাণ ওইনা লৌরম্মী। আপস্তাম্ব সূত্রদদি পদ্ম পুরাণগা শ্লোক অনি অমসুং ভবিষৎ পুরাণগী শ্লোক অমা লৌহনা হংম্মী। শাখ্যায়ন শ্রৌত্র সূত্র অমসুং আশ্বালায়ন সূত্রশিংদসু পুরাণশিংগী মরমদা ইবা থেংনৈ। তরাগুবা, ছান্দোগ্য উপনিষদ অমসুং বৌদ্ধশিংগা সুত্তনিপাত অসিদা মঙাগুবা বেদনি হায়না ইরম্মী। তরামাথোই অথর্ববেদদা উচিছষ্ট কৌবা পরম পুরুষনা বেদ মন্ত্রীগী

মতুংদা পুরাণশিং হীনবা য়াবং শীবী। মরম পুরাণশিনা মশামগী সাক্ষীগী থিংহেজা যাসি চুপ্পবা বাসি মথুদি পুরাণশিং বৈদিক-কালগী মতুংদা লৈরমে হায়বশিনি।

হৌজিক অমুক অওইরশাক্ষ্য ( শুংগী লম্বী ) রেখমা-বিচার তৌদি 'সিদ্ধি মহোদয়' গী মত মতুং ইন্না পুরাণশিংদা কলি-যুগকী নিংথৌশিংগী বর্ণন তৌই। বিষ্ণু পুরাণদা মৌর্য বংশ নিং-থৌশিংগী ( ৩২৬-১৮০ খৃঃ মমাং ). মৎস্য পুরাণদা আন্ধ্র বংশী নিংথৌশিংগী ( মশিগী অরোইবা চহি খৃঃ ২২৫ গী অহৌবাইদা ) বায়ু পুরাণদা গুপ্তবংশী নিংথৌশিংগী ( খৃঃ মথং ৩২০-৩০০ ) অমসুং আভীর, শক, যবন, হূণ নচিংবা ম্লেচ্ছ বংশকী নিংথৌ-শিংগী বর্ণনসু ফংই। লোয়নবা পুরাণশিংদা কলিযুগকী বর্ণনসু তৌই। মসু ভবিষ্য বানীগী মওংদা ওইনা তৌই। মসিনা ওচুথনি খন্দুনা অয়াম্বা নোংচুপলোমগী বিদ্বানশিংদা কলিযুগকী নিংথৌশিংসিগী বর্ণন তৌবনা মরম ওইহনা মুস্লিমশিংগী লানগা মাঙ্গবগুম উবদগী মখোয়না অহুম্না পুরাণশিংগী মতম সংস্কৃতকী প্রাচীন সাহিত্যদা পুরাণশিংনা ইকোন-কোন্না ইথিবনী হায়না লেপ্লগী। মৎস্য-পুরাণদা আন্ধ্রশিংগী লৈবা তাখিবগা লোয়নবা মসিগী তুংদা থোকখিবা কিলকিল যবনশিংগী বর্ণন তৌবা ফাওই।

মংতৌ অহুম্না অহমুক্ষ্যা শতাব্দীগী নিংথৌশিং কাওরগী মতুং কানা বিবরন পুরাণশিংদা য়াওরী। মসিগী মথক্তা চিন্তামনি বিনায়ক বৈদ্য 'ভাগবত পুরাণগী মতম শঙ্করাচার্যগী মতুং অমসুং

গীত গোবিন্দগীদা মমাংদা ইথীবনী হায় , মতৌ অসুম্না মাপল-গুবা শতাব্দীগী মতুং অমসুং ১১৬৪ খৃ: গীদা মমাং হায়বদি তরামথোইগুবা শতাব্দীদা পুরাণশিংগী মতম ওইবা ভাবনি। বিষ্ণু পুরাণদা লাকপা কলিযুগ বর্ণনগী মতুং ইন্না মসি মরিগুবা শতাব্দী ওইগনি। মতৌ অসুম্না ভবিষ্যৎ-পুরাণদা ইবা ইতিহাসকা মরী লৈনবগী মতুং ইন্না অহুমগুবা শতাব্দীনি লৌমী। বায়ু-পুরাণ মসিদগীসু হেন্না নৌবা অমনি। চিন্তামণি বিনায়ক বৈদ্যনা বায়ু পুরাণগী শ্লোক অমগী মতুং ইন্না মসিদা গুপ্ত শক্তিগী মাং-থরকখিবগী বর্ণন তৌবনি হায়বা প্রমাণ তৌখ্রনা মসিবু খৃ: ৫০০ গী মতুংদা ইখিবনি হায়রমী। মথক্তা নৈনখিবা অসিনা মসিমখি ঐখোয়না লেপ্পা উঠ্রে মতুংদি পুরাণশিংসি গুপ্ত কালগী মতুংগীদি নত্তরে, ময়মদি খৃ: গী তরকগুবা শতাব্দীগী মমাংদগী হৌরগা ৭০০ খৃ: ফাওবা মথোয়গী ইথীবগী মতম ওইরম্বা য়াই। হায়রিবা ১৩০০ চহিশিংগী মতম মনুংদা অসিগুম্বা মীয়াম প্রজাগী ইতিহাস ওইবা পুরাণশিং অসি ইখিবা ওইরমগনি। ময়মদি পুরাণশিংদা শ্রীহর্ষ অমসুং মতুংগী নিংথৌশিংগী বর্ণন তৌবা থেংনদে। মতৌ অসুম্না গুপ্ত-কাল ফাওবা পুরাণশিং ইবা লোইখ্রে হায়বদিনি।

বর্ণ্য বিষয় ( ইরিবা হিরমশিং ) — প্রাচীন সাহিত্যদা 'পুরাণ' হায়বগী একবচনদা ইবা থেংনে। ময়ম অসিদগী পুরাণ অমখক্তা ওইরমগনি হায়বদি লাননগনি। এক্যচনগী মওংদা ইংসি বেদ, শ্রুতি, স্মৃতিনচিংবসু থেংনৈ, মসিগুম্না পুরাণ হায়বগী মীয়াম্না খংবীগনী। পুরাণশিংগী অহান-অকোন নাইবা ইথীবগী

অসেম্বা ঐখোয়না মহাভারত গ্রন্থ য়েংলগ। চৌরবদি করিগুম্বা অদোম্বা অসেম। মতম থম্বা ওইথোক্লোই, মরমদি পুরাণ অমাম্বদি মহাভারতকী মমাংদা ইখিবনি তমসুং থরদি মতুংদা। ইখীবনু য়াওই। অমুম্বা পুরাণ পুরমক মহাভারতকী অরীনা। মসেদ অমসুং মতোংদগী অসোবমু মসেং মরমদি পুরাণশিংগী বর্ণন তৌবগী মওং অমি বীর গাথাগী মতৌগুম মথং-মথাও নাইনা ইখিবা। মসে। মথায়শিংদা অরীংঅনৌ অনিমকী রাজাগী মওংদা ইবা থেংনৈ। পুরাণশিংনা করিগুম্বা মকনশিং মহাভারতকা চপ মান্নবা বারী য়াওরিবশিং অমুগুম্বা মমশিং শোয়দনা চপ মান্নবা হিরমদা ইখিবা ওইরমগনি থরী। ওইরম্বা য়াবা অমসু পুরাণশিংগী বারীশিং অহানবদা থুংগী বারী ওইনা। তৌরম্বদগী তপ্না-তপ্না মথায়গী লাইরিক ওইনা ইনরকখিবদগী মমৈথংদা হৌজিক্কী পুরাণ অমি ওইখিবনি। বায়ু পুরাণদা মফম অমদা অসুম্বা ইরম্মী মতুংদি অহানবদা পুরাণ মঙাখক্তা ওইরমী। তৌইগুম্নসুং হৌজিক্কি মথাদ। পীরীবা পুরাণ ১৮ অমি লৈই।

১) ব্রহ্ম, ২) বিষ্ণু, ৩) অগ্নি, ৪) বায়ু, ৫) মৎস্য, ৬) স্কন্দ, ৭) কর্ম, ৮) লিঙ্গ, ৯) ভবিষ্য, ১০) পদ্ম, ১১) ভাগবত ১২) ব্রহ্মাণ্ড ১৩) গরুড়, ১৪) মার্কেণ্ডেয়, ১৫) ব্রহ্মবৈবর্ত, ১৬) বামন, ১৭) বারাহ, ১৮) শিব।

মথক্কী পুরাণ ১৮ অসিদা পুম্নমক শ্লোক মশিং লাক্ষ মরিদগী হেল্লি, মসিদা থম্বনা লিশিং তরেৎ শ্লোকশিং লৈ অমুগা থম্মদন। শ্লোক মশিং লিশিং ৮১ য়াওই। খ্বাইদগী হেন্না শক থঙনরব।

বিষ্ণু পুরাণদা সুপ্পা শ্লোক লিশিং ভরেংথক্তা য়াওই ॥

পুরাণশিং অসিদা ইবগী মওং অমত্তা মায়নে। মখোয়শিংগী ময়ক্তা থরনা বর্ণাশ্রম, ব্রাহ্মণ, ধর্ম, শ্রাদ্ধ, ব্রত শংখ্য অমসুং যোগ-গা মরী লৈননা বর্ণনা তৌই অদুগা থরনা মহাভারত কালগী নিংথৌশিংগী শাগৈশিং অমসুং গুপ্ত কালীন নিংথৌশিংগী ইতিহাস য়াওই। পুরাণশিং অসিদা ইতিহাসকী মিথংথংনা থন্না হেক্তা মপুং ফাই। মখোয়গী ইতিহাসিক ওইরগী প্রমাণশিং মশিদা বর্ণনা তৌরীবা। নিংথৌ শাগৈশিং অমসুং মীওইশিং অদু বৌদ্ধ অমসুং জৈন গ্রন্থশিংদসু য়াওই। মরম অসিনা মসি চুমবা য়াগী মহুদি পুরাণশিং ইথীবসি খুঃ গী মমাংদনি হায়বসিনি। পুরাণ-শিংগী অইবগী মরমদা হিন্দুশিংনা মসি থাজে মহুদি পুরাণ পুরুষক বেদ ব্যাসনা ইথীবনি অমসুং কলিযুগ হৌরকপা মতমদনি নত্রগা মহাক্তা থোংজিন্দুনা লেংথোকখীবনি। বিষ্ণু পুরাণদা ব্যাসবু বিষ্ণুগী অবতারনি হায়। মহাক্তা লোমহর্ষণদা পুরাণশিং তম্বীখি অদুগা লোমহর্ষণনা উগ্রশ্রবানা মসিগী প্রচার প্রসার তৌখী। পুরাণশিংসি বেদ থক্তনবা মতেং ওইবা লাইরিকশিংনি। মখোয়শিং ইথীবগী মরমদি স্ত্রী, শূদ্র অমসুং জাত লৈতবা (অন্ত্যজ) শিংগা দমকনি। মরমদি মখোয় অহুম অসি বেদ তম্বা য়াহনদে। পুরাণশিংদগী থক্তবা ওন্মী মহুদি পুরাণশিং লৈরিবেদা কর্তা নত্রগা ভাকথোরব মীশিং সূত, চারণ, নচিংবশিংনা ওইরমী। মসিগী জাতিশিংনা লাইশিংগী অমসুং নিংথৌশিংগী শাগৈগী মথং মনাও মখোয়না থগ্রম্মী। পুরাণ পুরুষকী বর্ণন 'সূত' শিংনা

তৌই, হায়রিবা সুত অসি ব্রাহ্মণ মত্তে। সুতশিংবু বেদগা কাবিযশ্রা মরী লৈনরবদে। হায়রিবা সুত জাতি অসি মথক্তী রাজন অসিদা নত্তনা পুরাণশিংগী পুরোহিত ওইবগী মথেক লাবা ঙমি জাই।

মতৌ অসুম্না পুরাণশিংগী কায়রবা অসি ধার্মীক, রাজনীতি, সমাজিক, ইতিহাসিক অমসুং ভূগোলিকনচিংবগী লমদা য়াম্না কায়রবা ফংথি। ধর্মগী মিংয়েংদদি পুরাণশিংদা বেদগী ধর্মগী পুাইদগী লাইরা লোন্দা ইবা অমগুম্বনি। মরমদি মূর্তীপূজা অমসুং দ্বৈত-অদ্বৈগী ভাবনা চেনবা পুরাণিক বারীশিংনা মীয়ামদা অকনবা খাজবা পোকহনখি। ভনিগুবনা, মুণ্ডদা হক্কুনা ইরম্বা অমসুং বিদেশকী যাত্রা বর্ণন তৌবগী মওংদা রাজনীতিগী মহৎসু হুম্বা ওইরমদে অহমগুবা, মংখারশিংদা মতমহুগী সমাজগী মওং য়াম্না ফজবা মওংদা অমদি চংখানবা শৈশীদা পাক শম্না বর্ণন তৌরম্বা থেংনৈ। মরিগুবা, মসিদা ইরৌবা তীর্থ যাত্রাগী বর্ণন তৌবশিনা মতমহুগী ভূগোলগী মথেক শেংনা তাকই। খিথ মহোন্দমনা শিক্ষ তৌহনা তাক্সী মহৌদি মৎস্য পুরাণদা আন্ধ্র নিংথৌশিংগী শাসন তৌরম্বগী বর্ণন তৌরীবা ইতিহাসিক চুম্মবা বানি অমসুং ইবগী মওংসু য়াম্না ফজ। ক্ষোত্রি মচাশিংগী পরমপরাগী ওইবা চৎনবীসু য়াম্না ফজবা মওংদা বর্ণন তৌই। লোম্বননা মমিং লৈরবা নিংথৌশিংগী ফজনা বর্ণন তৌবসু থংনৈ।

বেদ অমসু. পুরাণশিংদা য়াম্না নক্কবা মরী লৈব। মখারদা উবা ফংই। সংস্কার লৈত্রিবা চাওখৎতব জাতিশিংগীদমক বেদশু

জ্ঞান লৈবনু পুরাণশিংদা খোমজিন্দুনা লৈবা উই। মতৌ অসুমনা পুরাণশিংনা পুক্রিংনা, মিৎনা অমসুং রাইহেনা হায়রবা ওমজবা পরম তত্ত্ব পুরমকী ওইহল্লে। বৈদিক ধর্মবু মীয়াম্না য়াম্না পাম্নহন-ঙিবগী মনাদি পুরাণশিংননি। সুত জাতিগী মীওইশিংনা পুরাণ ইথী নত্রগা রারী ওইনা পুথোকই, মসিগী মরমদা পার্জীটর মহোদয়গী মত মতুং ইন্না লোমহর্ষন কৌবসিনু সুত জাতি অমনি অমসুং জাতি অসি ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রি অনিগী অপুনবা বর্ণ সংকর মচা অমনি দোলাই থৌবা নত্রগা দোলাই শাবা ওইরম্মী। পুরাণশিং করিগুম্বদা মসিবু য়াম্না থাগৎলি অহুগা করিগুম্বনা মীয়াম্না মসিবু করিগু থৌওইবীদবগী মওংদা লৈরম্মী। হৌজিক ফাওবদা পুরাণশিংগী রারীনচিংবদা মীয়াম্না অময়া খল্লমী মহুদি মসিগী রারী থাজনিঙাই ওইদে। তৌইগুমসুং হৌজিক্তি তপ্না তপ্না মখোয়গী থৌদোকশিংগী রারীশিংদা বিশ্বাস তৌনরক্লে। মরম অসিনা হায়রিবা পুরাণশিংদা পদ্ম পরাগত রারীশিং য়াওহিবগী মওং কায়জরবনু, মসি ব্রাহ্মণশিংগী প্রাচীন পরমপরাগী অমত্তা ঙাইরবা থুদম্নি। মখোয়গী খাইদগী মরুওইবা কান্নবদি মসিনি মখোয়দা বেদ ব্রাহ্মণগী মরী লৈনবা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী চং-নবীগা ক্ষেত্রি মচাশিংগী পরমপরাগীসু ময়েক শেংনা থওবা ওমহল্লী মরমদি প্রাচীন ভারতকী রাজবংশিসিংগী মরীদা অহোৎবগা রাফম অহু তাক্লি — ১) সূর্য বংশ, ২) চন্দ্র বশং। আশা তৌই মহুদি পুরাণশিংবু ইতিহাসিক গ্রন্থ অমনি লৌহ।। মসিবু কুপ্পা পুক্লং চংনা তপ্না তারবদি, প্রাচীন ভারতকী কান্নরবা রা কল্লা অমসুং জ্ঞান ফংগনি খল্লী।

পুরাণশিংদা স্থুমা শুক, কোশল, 'মগধনচিংবা অচৌ-অতৌবা নিংথৌরেলশিংগী মতমগী মঙোয়গী শাগৈশিংগী পাক-শনবা বর্ণন তৌবখক্তা নত্তে। হায়রবদি পুরাণশিংদা তুংদা লাকিখিবা শিংথাগী নরশিংগী ওঙ্গ কাবশিং 'অমস্তং অন্ধ্রশিংগীস্থ পাক-শনবা বর্ণন তৌরী। মতৌ অস্থুমা ভারতকী প্রাচীন ইতিহাসকী য়ামা পাক-শনবা মওংদা পুরাণশিংদা বর্ণন তৌহনা য়াওরী। হায়-রিবশিনা ভারতীয় পরম্পরাগী ওইবা পুরাণগী মথং-মথং চাও-খংলকখিবগী ইতিহাসিক ওইবা মচাকশিং নৈনবদা য়াম্না কান্নগদবা অমনি।

